**PRITHIBIGEE FUNGAWARI KHARA**

[ A collection of folk tales of the world by Ksh Subadani and L Indira Devi, Imphal, 1994 ]

**Rs. 45/-**




অহানবা ফোঙবা আগষ্ট, ১৯৯৫

লাইবিক্ মশিং ১০০০

ফংফম থোকপা অইখোইশিং

অফোংবা লোবেম্বম ইন্দিরা দেবী
রাংখৈ কোন্সম লৈকাই
ইম্ফাল ৭৯৫ ০১

নম্ফম পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

মখুম যেকপা লাইরেঙ্কম জয়চন্দ্র সিংহ

মখুমগী ব্লোক অমসুং

ফোটো ব্লোক : লিটল ইন্দষ্ট্রিজ, বিজয়গোবীন্দ

মমল : লুপা ৪৫/-


---

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীগী হান্না ফোংলবা লাইবিক্শিং :

১। মাঙখ্রবা ঈশৈগী সুব ( শৈরেং ) ২। লাইবক ( উপন্যাস )

৩। নহাক্পু ঐগী কনানো ( রাবীমচা ) ৪। নুংগী চিনবাল্ ( রাবীমচা )



ফোংউ তত্তনা হায়রম্বা লাইরিক্সি কৎলবনি ইপ্পা।

লৌরেম্বম ৺দিনচন্দ্র ( ইমো ) নফমদা।

# রাহৈ খরদং

করিদগী লাইরিক্সি ইখিবনো হায়বা তারবদি নোংমা খবরদা পানবা লাইরিক রাৎপগী অতুগা মরু ওইনা ইংরাজিদা হন্দোক্পা লাইরিক্ ইরৈ লৈতবগী মতাংদা ইবা থেঙনখি। মতুমক্তা পূক্লিং থৌগৎপা ওইনা অমগুং ইশিবা খনখিবদগী New Delhi গী Sterling Publishers Private Limited না ফোংবা ফোক্ টেল্সগী লাইরিক্সি অহলম্ অঙাংস্ত পাবা য়াবা হায়তুনা ইবা হৌখি। পৃথিবীগী ওইনা সেরিজ নাইনা ফোঙলিবা পৃথিবীগী ফোক্ টেলনশিং অনিদগী লম লম্গী ওইনা অমমমত্তং ওইনা খন্-গংলগা খোম্জিল্লগা ফোংজবনি; লাইরিক্ অসিদা চিংথবা লম খরা য়াওরি মতু Sterling Publishers না ফোংলক্তবতুদা য়াও-জদ্রে। লাইরিক্ অসি ঐগী মরুপ লৌরেম্বম ইন্দিরাগা পুন্না ইমিন্নজবনি। লাইরিক অসি ইরিভৈদা ইপ্না লৌরেম্বম দিনচন্দ্র (ইমো) না ফোংদোকও হায়না য়াম্না কন্না তকশিল্লম্মী অতুবু ঙসিদি খঙহৌদনা য়াম্না তমথিবা মীহাৎ অমদা মন্নং মতম চাদনা সংসার থাদোকখ্রে। লাইবক থিবনা লাইরিক্ অসি মা মশা লৈত্রবা তুংদা ফাংদোক্লে। য়াম্না নীংঙমদে।

লাইরিক্ অসিগী প্রুফগী মতাংদা ইশাগী অনাবনা মরম্ ওইতুনা চেন্থোক্ চেনশিন্ তৌবা ঙম্দবদগী ঐগী ইনাওন্নুপা খোমদ্রাম শ্যামকিশ্বরনা প্রুফ লৌথোক লৌশিনগী অচৌবা ভার অমা পুবি অতুগা পদ্মা প্রিন্টর্সগী ইচিন-ইনাওশিংনসু থরায় য়াওনা য়েংশিনবি। মসিগীদমক্তদি ঐনা লম্ন তোনশিঞ্জরবনি।

লাইরিক্ অসিগী মশাদ অরাংপা অশোয়বা কয়ামরুম লৈবা শোয়দবনি অতুবু করিগুম্বদা লাইরিক্ অসিনা নুংঙাইবা মরিক অমগী মহাও অমত্তং পীবা ঙম্লবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াম্লে হায়না খঞ্জগনি।

১৩জুলাই, ১৯৯১

শুবদনী

# য়াওফম্

# শীংচনবা নুপা

কোরিয়াগী ফুঙ্গারারী

মমাংঙৈদা গাংন্নোন হায়বা খুঙ্গং অমদা নহাওইরিবা শীংচনবা নুপা অমা মাগী মমাগা লোয়ননা লৈমিন্নরম্মী। মহাক য়াম্না পুক-চেল শেংবা, থৌজাল হৈবা অমসুং থবক কন্না শুবা নুপা অমনি তৌবতবু মহাক অসুক্কী মতিক্ লাইরে। মহাক্কী মমান্নবশিংদি নুপী থিহনা য়ুম লেপ্তুনা সুংঙাই য়াইফনা লৈনখ্রে অহুবু মহাক্কীদি পৈশা লৈতহনা হৌজিক্ ফাওবা লুহোংদরি। মচানুপাগী খনবদা মহাক্কী মমাহু অসুক্কী মতিক, মখায় ৱারম্মী।

নোংমা মহাক্না উ মকক্ মকক্ কক্লিঙৈদা ইখঙ খঙহৌদনা য়াম্না লাংবগী মখোল অমা তারম্মী। মহাক্না শিংজং অহু থমহনা খোঞ্জেল অহু কদোমদগী লাক্লিবনো হায়হনা মনা থাঙ্গত্তুনা তারম্মী অমসুং কোয়লৈ লৈহনা য়েংলম্মী। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক্না লৈরিবা মাইকৈ অদোমদা য়াম্না ফজরবা শজি অমনা য়াঙনা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেল্লরুম্মী অহুগা মঙোন্দা হায়রক্লম্মী— "থৌজাল হৈরবা ইবুংঙো, ফৎখিত্রবা মী অমনা ঐবু হাংকে হায়না তান্নরক্লে, ঐবু অমুক্তা মাগী মখুত্তগী কনবীয়ু।" মহাক্না শজিহুবু মাগী মকক্ মকক্ কত্তুনা থম্লিবা উগী মরুমহুদা লোত্তুনা তুমিন লৈনবা য়াথং তৌরম্মী। ঙহাক্কী মতুংদা মখুত্তা লিরুং-তেন পায়বা নুপা অমা লাক্তুনা মঙোন্দা হঙলম্মী— শোমদা শজি অমা চেনশিনখিবহু উহৌব্রা? উরগদি মাইকৈ কদোমদা চৎখিবগে? শীংচনবা নুপাহুনা য়াম্না তপ্না মোং-হাদনা খুম্লম্মী— ঙহাক্কী মমাংদা শজি অমদি লাক্লম্মী. শজিহু মাইকৈ শোমদা চৎখি হায়না থিন্দুনা তাক্লম্মী।

মীকুপ্ অমফাও পন্তরমদনা শাদানবা নুপা অহুনা চীংগী অওম্বত্ত কাহুনা শজিহু থিবা চৎখিরম্মী। নুপাহুনা চৎপ্রবা মতুংদা শীংচনবা নুপাহুনা শাদানবহু চংখ্রে হায়হুনা শজিহু কৌথোক্লম্মী। শজিহু লোংফমদগী থোরক্রম্মী অহুগা শীংচনবা নুপাহুদা হায়রম্মী—নহাক্না ঐগী পুন্সিবু কনবীরে অহুনা ঐনা নঙোন্দা লমন তোনশিল্ল-বনি। নহাক য়াম্না লাইরৈ হায়বা ঐ খঙই অহুনা ঐনা নঙবু কম-দৌনা নুংঙাইগদগে হায়বহুগী লম্বী অমদি ভাক্কনি। ঐনা হায়গ-দৌবিবা রাসে নহাক য়াম্না মুন্না তাশিল্লু কমদৌনা লল-থুম ময়াম্বগী মপু ওইহ্না নুংঙাইনা পানগদগে হায়বহু। ডাইমণ্ড মাউণ্টেনগী মতোন চৌংদোন অনীগী কারক্তা পাং অমা লৈবনি। মফম অহুদা পাম্বী, শিংনাং, লৈ-শু, উ-রা, অশংবা নাপী অমম্নুং মোংশোংনচিংবা কয়া লৈবনি। মফম্ অহু য়েংবদা অস্বক্কী মতিক পূক্নীং ভনা ফজবনি। নঙন্না মফম্ অহুদা চৎপা তাববদি নুমিং তারমদাইদা য়োগনি অহুবু নুমিং তারক্লে হায়হুনা মফম্ অহুদগী থোদোক অমনা নত্রগা অমনা থোক্পদি তৌগন্নু। তশেংনা নুমিদাংগী মমশিল-লক্লবা, মতমদা ফজরবা চুমথাং অমা অতিয়াদগী থোরক্কনি, মহুদা মশক মতৌ ফজরবী স্বর্গগী লৈশাবী নিপান্না চুমথাংদা ফমগনি। হায়রিবা লৈশাবী নিপান অসি নুমিং খুদিংগী অসিগুম্বা মতম অসিদা লাক্কনি। মখোয়না মীং থক্লিংডাই ওইবা মমল য়াম্লবা মনি মুক্তাগী ফি রোন শেত্নুনা লাক্কনি অহুগা পাতুগী মপান্দা ফিশিংহু থমহুনা ঈরোইগনি। ঈরোইবা লোইরবা মতুংদা পাতুদগী কাখৎলক্লুনা ফিরোলশিংহু শে চিনগনি অহুগা চুমথাংদা কাহুনা স্বর্গগী লমহুদা চংকনি। লৈশাবীশিং অহুদগী নঙনা অপাম্বা অমা খল্লগা লুহোংউ।

অসিগুম্বা নঙগুম্বা রা অসিবু লাইরবা শিংচনবা ঐঙোন্দা করম্না ওইথোক্কদগে?

শজিহুনা হায়রম্মী— ঐনা হায়বিবা রা মর্রাম অসিবু ইল্লদদি শোয়দনা ওইথোক্কনি। নঙনা মরুম অমদা লোত্তুনা লৈরগা

মখোয়না ফি-রোল লৌথোক্লগা থম্বা মফম অহু মুল্লা য়েংশিল্লু অহুগা নওনা লুহোংগে হায়না খল্লিবা লৈশাবীতুগী ফিরোলশিংহু মখোয়না থিবা ফংলোইদবা মফম অমরা লোংশিল্লগা থম্মু। স্বর্গগী লৈশাবীতুনা কৈদৌঙৈদসু মাগী ফিরোলশিংহু য়াওদনা স্বর্গগী লমহুদা চংপা য়ারোই। মাগা লাকখিন্নবা মমান্নবীশিংহু লোয়না চংনপ্রবা মতুং, মহাক মথক্তা ভাইহোৌরবদা নওনা মাগী মনাক্তা চংলু অহুগা তরাম তরাম কৌ। অহুদগী য়াম্না তপ্না করিমত্তা খওশিন্নদবা শাহুনা মাগী মরমদা হওউ। মানা মাগী ফি লৈরমদবগী রারীহু লিরবা মতুংদা মহাকপু নহাক্কী নুপী ওইনা লুহোংগে হায়বা য়ারবদি ফিহু পুথোরক্কে হায়য়ু। নওনা মাবু লুহোংহুনা লৌরবদি নওগী অরাংঅপা অমত্তা লৈররোই অহুবু নওনা কাউরোইদবা রা অমনা নহাক্না অওাং মরি শুনা পোক্তিফাওবদি মহাক্কী ফিরোলশিংহু কৈদৌঙৈদসু পীরোইদবনি। করিগুম্বা নহাক্না মীনুংশি চাউবা শাহুনা পীরবদি নগাক অরাবা তাগনি।

রারী পুন্নমক্তু তারবা মতুংদা শীংচনবা নুপাহুনা হায়রম্মী — হৌজিক্তি ডাইমণ্ড মাউন্টেন চংপগী থ্বাইদগী শম্বা লম্বীহু করম্বনো তাকপীরো।

শজিহুনা মতোন্দা ডাইমণ্ড মাউন্টেনগী চীংদোলহু তান্না চংননবগী লম্বেলহু তাক্লম্মী অহুগা শজিহু অশোংবা উমং অমদা চংখিরম্মী।

শীংচনবা নুপাহু ময়ুমদ হল্লক্লম্মী। নুমিদাংহুদা মহাক্না শজিহুনা হায়বা রাহুবা তুম্বা য়ারমদে। মশিবু অহুম্বা ওইরমগদ্রা অরানবা ওইরমগদ্রা হায়বগী চিংনবা অমদি লৈরম্মী। অহুম ওইনমক নোংঙানবগী অয়ুক অহুদদি মহাক ডাইমণ্ড মাউন্টেনলোমদা চংলম্মী। মহাক্না নুংখিলচুপ্পহুমা চংলবা মতুংদা নুমিদাংরাইরমদা ডাইমণ্ড মাউন্টেন্দা থুগুলম্মী। ওহাক পোখারবা মতুংদা মহাক্না

চীংদু কাবা হৌরম্মী অমসুং শজিদুনা তাল্লক তাল্লকপদু থেঙনবা হৌরম্মী। মহাক্না নিক নিক লাওবা ঈশিংনা পীক থনবা পাৎ, লৈ-শু, উহৈ-ৱাহৈ, অশংবা নাপী অমসুং মথল কয়াগী উচেকশিংনা খোঙবা পুক্নীং হুনিঙাই ওইরবা শজিদুনা তাল্লকপা মফমদু থেঙ-নরম্মী। মহাক্না চীংদোল অনীগী মরক্তা লৈরিবা পাৎতু তম্না চঙশিল্লম্মী অমসুং মফম চাবা জগা অমা য়েংদুনা মুমিং তারকপদু ঙাইরম্মী।

ঙহাক্কী মতুংদা মুমিং তারক্লম্মী। উচেকশিংনা মকোন মকোন্দা চঙখিরম্মী অমসুং অঙৈংবা মুংশিং শিংপা হৌরম্মী। অতি-য়াসি য়েংবদা তশেং তশেংলম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা অতিয়াদা চুমথাং থোরক্লম্মী, চুমথাংদুদা মশক মতৌ ফজরবী নৈশাবী নিপান ফম্বদু উরম্মী, চুমথাংদুদগী নৈশাবীশিং অদু পাৎলোম তম্না লাক্লম্মী। নোক্লদুনা ৱারী শার শারদুনা ফজরবী নৈশাবীশিং অদুনা মখোয়না শেংলিবা ফিরোলশিং অদু লৌথোক্লম্মী অদুগা পাৎতুগী মপান্দা থম্লগা অঙৈংবা পাৎকী ঈশিংতুদা চোংথরম্মী অমসুং হরাওনা মখোয় মশেল ঈরোইরম্মী। শীংচনবা মুপাদুনা য়াম্না ঙক্না মখোয়না তৌরিবদু তুমিন্না য়েংলম্মী। মহাক্না মথক্তা শজিনা হায়রম্লিবা ৱাশিং অদু অচুবা ঙাক্তনি হায়না খঙরম্মী।

ঙহাক ঈরোইরবা মতুংদা মুপীশিংদু ঈশিংদগী কাখৎলম্মী অমসুং মখোয়গী ফিজোলশিংদু শেংচিন্দুনা চুমথাংগী মথক্তা অতিয়া তম্না কাখিরম্মী অমসুং মশক উদনা মাঙখিরম্মী। মহাক্না শজিদুবু চামরক হন্না থাগত্তুনা ময়ুম মাইকৈ পাঙলম্মী। মহাক্না ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা মথংগী মুমিত্তদি মহাক্কী মুপী অমা শোয়দনা থল্লগনি হায়না মোন্দা মুংঙাইনা চৎলম্মী।

ময়ুম য়ৌরবদা মহাক্না শজিদুগী ৱা অমসুং মহাক্না থেঙনরকপ-শিংদু মমাদা করিমত্তা হায়দোক্লমদে। মহাক্না য়াম্না খৌরাংনা ডাইমণ্ড মাউন্টেন্দা চৎননবা মুংথিলগী মতমদু য়ৌরকপা ঙাইরম্মী।

মহাক্না মকম অংদা চাননবা পোৎচৈ য়োমশিনবা হৌরম্মী অমসুং মমাদগী চৎননবা য়াথং লৌরগা ওরাংগীগুম মোংশোঙ মরুমদা লৈরগা মাগী পামজবা মুপীদু খন্ননবগীদমক খোঙশাল্লম্মী। তশেংনা মম-শিল্লক্তু না মুমিং তান্নবদা থা খরানমিচাকশিংদু তরু তরুনা অতিয়াদা থোক্লম্মী। ওরাংগীগুম চুমথাং থোক্লক্তুনা লৈশাবীশিংদু চুমথাং মথক্তা ফম্বদু উরম্মী। মহৌশাগী মতৌগুম চুমথাংদগী কুমথরক্তুনা মফি মরোল লৌথোক্তুনা পাৎপান্দা থল্লগা য়াম্না হরাও মুংঙাইনা ঈশিংদা চোংথদুনা ঈরোইবা হৌরম্মী।

শীংচনবা মুপাদুনা লৈশাবীশিংদুনা তৌরিবদু মমিং কুপ্তনা মানা লৈরিবা মরুমদুদগী য়েংলম্মী অদুগা খ্বাইদগী হেন্না নহা ওইনা ফজবী লৈশাবী অদুবু মাগী মুপী ওইরগে হায়না খল্লম্মী। অদুদগী মহাক্না মুপীদুগী মফি মরোলশিং অদু লোম্না পুরক্তুনা মোংশোঙ অমগী মরুমদা লোংশিল্লম্মী অদুগা মংখোয়না তৌরিবদু তুমিন্না অমুক য়েংদুনা লৈরম্মী।

ঙাইহাক্কী মতুংদা মুপীশিংদু ঈশিংদগী কাখৎলম্মী অমসুং মখোয়গী মফি মরোলশিংদু শেৎচিনবা হৌরম্মী। অদুবু খ্বাইদগী নহা ওইরিবী লৈশাবী অদুগী মফিশিং অদুদি থিবা খঙলমদে। মাগা লোয়নরকপা মমান্নবীশিংদুনা ফিদু থিবা খঙব্রবদা অম্বক্কী মতিক মথায় মুংঙাইরমদে অদুবু মখোয়নদি মাগী মতেং পাঙবা ঙম্লমদে। মমান্নবীশিংদু পী তাবমথৈ মুংঙাইতনা বিদায় তৌদুনা চুমথাং মথক্তা কাথিরম্মী অমসুং মীৎয়েংদগী মাঙখিরম্মী।

মমান্নবীশিংদু চৎখ্রবদা লৈশাবীদু য়াম্না উপায় লৈতনা মপি মতুম মতুম তানা কপ্লম্মী। মহাক্না মখুৎ লোম্লনা স্বর্গগী নিংথৌদা মতেং পাঙবীনবা হায়জরিঙৈদা শীংচনবা মুপাদুনা মাগী মমাংদা লেপ্লম্মী। মুপাদুনা উবদা লৈশাবীদু য়াম্না ওক্লম্মী। শীংচনবা মুপাদুনা মংঙান্দা করিগী কপ্লিবনো হঙলম্মী। লৈশাবীদুনা মাগী

ৱারী পূপ্বা লিরম্মী। ৱারীদু তারবা মতুংদা শীংচনবা মুপাদুনা করিমত্তা খঙদবা শাদুনা হায়রম্মী—"ঐহাক্না হায়বা ৱা নহাক্না য়ারবদি নহাক্কী নফি নরোলশিং অদু পীগে।" অদুগী তুংদা শীংচনবা মুপাদুনা মুপীদুগা লুহোংনবগী ৱাত্ত হায়রম্মী। মুপীদুনা মাগী মফিদু য়াওদনা স্বর্গগী লমদমদা চৎপা য়ারোইদবনিনা মাগা লুহোংবগী ৱাফমদু য়ারম্মী। হৱাও নুংঙাইবগা লোয়নননা মুপাদুনা মুপীদু মাগী ময়ুমদা পুরম্মী অদুগা মচা হল্লকপা খোঁরাংনা ঙাইদুনা লৈরম্লিবা মমাদুদা মুপীদু মশক তাক্লম্মী।

য়াম্না চম্না শীংচনবা মুপাদুগা মুপীদুগা লুহোংলম্মী। স্বর্গগী মুপী অদুগী মিত্রংগী শক্তিনা মখোয়গী খাঙপোকশঙ অদু ফজরবা য়ুম অমা ওইরম্মী অমসুং মীনাই কয়ামরুম্না মখোয়গী য়াথং ইল্লম্মী। মখোয়গী শেংন চানবা ফজ ফজরবা মফি মপোল কয়ামরুম লৈরম্মী অদুগা হাওর হাওরবা মমল য়াম্লবা চান থক্লবা পোৎচৈ কয়াম কমসু লৈরম্মী। চহী অমগী মনুংদা শীংচনবা মুপা অমসুং স্বর্গগী মুপীদুগী মচানুপা অমা পোক্লম্মী। মচাদু পোকপদা মখোয় য়াম্না হরাও-রম্মী। মথংগী চহীদসু অনীশুবা অঙাং মুপা অমা পোক্লম্মী অদুগা মহুগী মতুংদসু অহুশুবা অঙাং অমগা পোক্লম্মী। মচাশিংদুগা লোয়নননা মখোয় অসুক্কী মতিক নুংঙাইনা লৈরম্মী। অসুম্না নুংঙাইনা চহী কয়ামরুম চৌথিরম্মী। নোংমদি স্বর্গগী মুপী অদুনা মহাক্কী মপুরোইবদা মহাক্কী মফি মরোলশিং অদু পীবিদনা লোত্তুনা থম্মীরিবা কবিগীনো হায়না হঙলম্মী। মহাক্না শজিদুনা হায়বা রাফমশিংদু নীংশিংম্মী। অদুবু মুপীদুনদি মাগী মফিশিংদু করিগুম্বা তাঙ্গা ফংলবদি থিগে হায়না লেপ্লম্মী। মুপীদুনা মাগী মপুরোইবদা হায়রম্মী—ঐখোয়না লুহোংদুনা লৈমিন্নরকপা অসি মতম কয়া কুইররবনো? ঐখোয়গী মশক মতৌ ফজরবা ইচা অহুম অনসু লৈরবনি। ঐহাক্না নঙবু কয়াম নুংশিবগে হায়বদু নহাক্তি করিসু

খঙদে। ঐগী করিস্থু লৈতবা পীকপ্রবা অপাম্বা অসি ফাওবা নহাক্লা পীবিদনা ঐঙোন্দা চৈনাখোল ফংহল্লি। মমিত্তা মপি শাঁস্থরতুনা স্বর্গগী মুপী অতুনা হায়রকই—হৌজিক ফাওবা নহাক্লা ঐবু করিমত্তা নুংশিবীদ্রা ?

ইচম চম্বা ৱাহৈ অসিনা শীংচনবা নুপাতুগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগা চপ মান্নবা নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। অতুমওইনমক মাগী নুপীনা মাবু নুংশিবগুম মহাক্ত মাগী নুপীবু নুংশি। মরম অতুনা মহাক্লা মাগী কাদা চঙতুনা লোত্তুনা থল্লিবা মাগী নুপীগী মফিশিংতু লৌথোক্লুরগা মঙোন্দা উৎলম্মী। মাগী নুপীনা ফিশিংতু উবদা হরাওরম্মী অমসুং মপুরোইবগী মীনুংশি চাউবা অতুগীদমক থাগৎ-লম্মী। মতুদগী মহাক্লা মাগী মপুরোইবদা নুংশিবা ৱাহৈ কয়া ঙাঙ শক্তুনা থক্লনবা য়ু, চান থরুবা উইহৈ—ৱাহৈ কয়া পীজতুনা মথায় নুংঙাইনবা হোৎনরম্মী। অতুগা মহাক্লা তুমিন্না মাগী ফিরোলশিং অতু কদায়দা থম্বগে হায়বতু খঙনবা হোৎনরম্মী। মাগী মপুরোই-বনা য়ু ঙাওহনা মমিং মনা ইতুক তুকথনা তুমিন্না উইহনা লৈরিঙৈদা মাগী ফিরোলশিংতু কোইথি থিহনা পুথোরক্লম্মী অমসুং মচাশিংতু কৌরম্মী। মহাক্লা অঙাং অমনা মরেংবান্দা ফমহল্লম্মী অতুগা অতোপ্পা অঙাং অনী অতুনা পাম্বোম নাম্মনা কোন্দুনা অতিয়া তম্না পাইরম্মী অমমুং ঙহাক্কী মতুংদা মশক উদনা মাঙখিরম্মী।

শীংচনবা নুপাতুনা মীকপ থোক্লক্লপদা মাগী নুপীতু থিবা ফংলমদে। মাগী নুপীনা মঙোন্দা অম্মা নমথাক তৌরমগনি হায়বা মহাক্লা থাজরুদে। মহাক অরাবা নুংঙাইতবনা নুংবংনরম্মী। নোংমা মহাক্লা জঙ্গলদা চৎলম্মী অতুগা মহাক্লা শজি লোৎহনখিবা অরুবা উশিং পৈতুনা থমখিবা উপাম্বী অতুগী মথাদা লেপ্লহনা মানা তৌজ-রুবা মরালগী নিংঙমদবা ময়ামহ ফুমতুনা থম্বা ঙমদতুনা লাউনা ঙাঙলম্মী। মিত্রংগী মতৌগুম শীংচনবা নুপা অতুগী মমাংদা

শজিন্থ লাক্লম্মী। অন্থগা মাগী রাগ্নিবন্থগী মরমন্থ হওলম্মী। রারী পুম্মমক্তু তারবা মতুংদা শজিন্থনা মীকুপ থরা তুমিন্না লৈরুম্নবা মতুংদা হায়রম্মী— লাইবক ফবদগী নঙগী মুপী অমস্থং নচাশিং উম্নবগী লম্বী অমদি লৈরে। নঙনা স্বর্গগী লৈশাবী অন্থগী মফি লৌখিবা অমদি লুহোংখিবা মুমিং অন্থদগী স্বর্গগী লৈশাবীশিং অন্থ অমুক হন্না পাং অসিদা ঈরোইবা লাকখিদ্রে। অন্থম ওইনমক মখোয়না পাং অন্থদা অচৌবা তুম্বা অমদা সনাগী মরি পানবা চেন অমা থাদন্থনা থম্লম্মী। তুম্বা অন্থ ঈশিংনা পীক থল্লবদি মরিন্থ তপ্পা তপ্পা চিংবা য়াগনি। নঙনা মফম অন্থদা চংলু অন্থগা অখাঙ কনবগা লোয়নননা তুম্বাহ্থনা ঈশিং পীক থনবন্থ ঙাইন্থনা লৈয়ু অন্থগা তুম্বাহ্থনা ঈশিং থল্লক্লবা মতমদা মরিন্থদা পাইন্থনা কাখৎলু অন্থগা স্বর্গগী লমদমন্থ য়ৌগনি অমস্থং মফমন্থদা নঙগীমুপী অমস্থং নচাশিংন্থ উবা ফংগনি। মসি নত্তনদি নঙগী অতোপ্পা লম্বী অমা লৈত্রে।

শীংচনবা মুপাহ্থনা মফম অন্থদা চুমন্ত্রিং চত্তুতা স্বর্গগী লৈশাবী-শিংন্থনা হেক হেক লৈবা মফম অন্থ হাইফেং উনা মোংশোঙ অমগী মরুমদা লোত্তুনা লৈরম্মী। মমশিল্লক্লবা মতমদা অতিয়াদা কুফেং কাফেং ঙানবা থা, থরানমিচাকশিং থোররক্লম্মী অন্থগা চুমথাংন্থগী ময়াই চপ চানা তুম্বা মন্নুংদা য়াওরিবা সনাগী মরি অন্থগা য়াম্না চেংশিন্না কন্না কিশিন্নরম্মী। শীংচনবা মুপা অন্থনা তুম্বাহ্থনা ঈশিং পিক থনবন্থ ঙাইরম্মী। ঈশিং থল্লক্লবদা মুপাহ্থনা পাংতুদা চোং-থন্থনা সনাগী মরি অন্থদা য়াল্লম্মী অমস্থং অশোক অপন থোক্তনবা ঈশ্বর খুরুম্নম্মী।

শীংচনবা মুপান্থ য়াম্না থুনা মতম করিমত্তা চঙদনা স্বর্গগী লমদম অন্থ য়োরম্মী অমস্থং তুম্বান্থ লৌশিনবা লাকপা স্বর্গগী মী অন্থনা তাইবং মী অমা য়াওরকপন্থ উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। য়াম্না থুনমক মহাকপু কৌশিন্দুনা মফম অসিদা কৈদোবা লাকপনো হায়না

হঙলম্মী। শীংচনবা নুপাহুনা মাগী ৱারীশিংদু লিরম্মী অমসুং মহাক মাগী নুপীগা মচাগা থিবা লাকপনি হায়রম্মী। মাগী ৱারীদু তারবা মতুংদা মহাকপু নিংথৌগী সভা অদুদা পুশিনখিনবা স্বর্গগী মী খরগা লোয়ননা থাজিনখিরম্মী। স্বর্গগী নিংথৌ অদুনা সিংহাসন্দা য়াম্না লেম্না মীৎ থরক্লীংঙাই ওইনা পুম্নং লংনা ফম্লম্মী। মাগী য়েৎথংবদা মহাক্কী মহারাণী অমসুং ওইথংবদনা মাগী মচানুপী ফম্লম্মী। মচানুপী অদু অতৈ কনাগুম্বা নত্তে মহাক্কী নুপীনি। নুপীদুনা মপুরোইবা লাকপদু উরদুনা মফম অদুদগী হৌগৎলম্মী অমসুং তরাম্না তৌরম্মী। মহাক্না মপা মমাদা নুপাদুবু মশক তাক্লম্মী অমসুং মপুরোইবদুদা মতম শাংনা কুইনা মফম অদুদা মাগা লোয়ননা লৈমিন্ননবা ৱাসু হায়রম্মী। শীংচনবা নুপাদুসু য়ারদুনা স্বর্গগী লমদমদুদা মাগী নুপী অমদি মচাগা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। অসুম্না চহী কয়ামরুম হৌজিনখিরম্মী। শীংচনবা নুপাদুনা মাগী মমাবু নোংমতদু থল্লুবা নীংশিংলুবা তৌরুদে অদুবু নোংমদি মাগী মমাবু কনানা য়েংশিনবা ৱমগদগে, কমদৌনা লৈরমগদগে হায়বগী, উন্ননিংবগী লাংতক্লবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না অসুম্না মথায় নুংঙায়তনা লৈবদু উরদুনা মাগী নুপীনা কৈদৌবগী ৱারিবনো হায়না হঙলম্মী। শীংচনবা নুপাদুনা মমাগী মনাক্তা চৎনীংবগী উন্ননীংবগী অপাম্বদু হায়রম্মী। অদুবু মাগী নুপীনদি মপুরোইবনা মাগী লমতুদা চৎথ্রবদি অমুক হন্না স্বর্গগী লম অসিদা লাকপা য়াররোই অদুগা মথা তানা হায়রম্মী — মাগী মিত্রংগী শক্তিনা য়েংবদা মাগী মমাদু করিগুম্বা অনা অয়েক অমত্তা য়াওদনা য়াম্না মশা ফনা লৈরি। অদুনা মফম অদুদা অমুক হন্না চৎলুরব্রু করিগুম্বা চৎলবদি ঐখোয় মশেল অমুক হন্না উন্নদবসু য়াই।

শীংচনবা নুপাদুনা হায়রম্মী, "অদুবু ঐদি ঐগী ইমাদু অমুক্তং ওইরবসু উন্নবা পাম্মী। ঐনা ইমাদা ঐহাক্ ইচাশিং অমদি

নুপীগা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরি অহুগা ঐগী স্বর্গগী ইনেমবোক ইকুবোক্কী থৌজালহৈবা মীনুংশি চাউবা অহুস্থু হায়হুনা খঙহনবা পাম্মী। নঙনা ঐবু নুংশিহুনা অমুক্তংদি ঐহাক ইমাগী নাক্তা চৎলুগে মথংদদি অমুক হন্না ঐগী লমহুদা চৎকে হায়না হায়ররোই।"

মপুরোইবনা মমা উন্নর্নংবগী লাংভক্রবনা তকশিনবা হেনমন-বদগী মাগী নুপীনা মপুরোইববু মতেং পাঙলগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না মিত্রংগী শক্তিনা চাউরবা মশা পানবা শগোল অমা পীরম্মী অহুগা হায়রম্মী— শগোল অসিদা তোঙবীয়ু, খুদক্তা নহাক্কী নমাগী য়ুমগী থোঙজিলদা থুঙলুগনি অহুবু নহাক্না কাউবিরোইদবা অমদি নহাক্কী নখোঙনা কৈদৌঙৈদস্থু মরম অমনা নত্রগা অমনা ওইরবস্থ লৈবাক্তা থেঙবীরুগনু। করিগুম্বা লাইবক্ থিহুনা লৈবাক্ শোক্লুবা তারবদি নহাক্ অমুক্ হন্না স্বর্গগী লমদমসিদা লাকপা য়াররোই। মরম অহুনা য়াম্না চেকশিনবীয়ু।

ঐহাক্ য়াম্না চেকশিন্না হোৎনগনি অহুগা নঙগী নাক্তা থুনমক্ হল্লকনি হায়রল্লগা শীংচনবা নুপাহুনা শগোল মথক্তা কাখৎলম্মী অমস্তুং ময়ুম মাইকৈ পাঙলম্মী। মীৎনা কুপ্পদা ময়ুমগী থোঙজিলহু য়ৌরম্মী। মহাক্কী মমানা মচানুপাহু উবদা অস্থুক্কী মতিক্ হরাও-রম্মী অহুবু নুংঙাইতবা অমদি কুইনা উন্নরুদ্রবা মচানুপানা ইমুংদা চঙলক্পা য়াদবা অহুগা কুইনা পন্থরমদনা চংখিগদবা অহুনি। মচা-নুপাহুনা মমাদা মহাক্ য়াম্না নুংঙাইনা অঙক্পা স্বর্গগী লমহুদা লৈরি হায়না তম্লম্মী। অহুদগী মহাক্না মমাদা মশা পানবা শগোল অহু য়াম্না রারম্লগনি চংলগে হায়রম্মী। অহুবু মমানদি মাইরেল থোঙবা অহাওবা লৈ, মচানুপানা য়াম্না পাম্বা য়েঙ্গাংনি চাখো হায়রম্মী। মচানুপানদি মমানা হায়রিবহু য়ারমদে, অহুবু মমানা য়ামন্দহুনা মাইরেল থোঙবা হাপ্লুনা পুরক্লিবা পাত্রহু লৌরম্মী অহুবু লাইবক্ থিবদি মথুক্তগী মাইরেল থোঙবহু নাম্থোকুনা তারম্মী অমস্থুং অশাবা য়েঙ্গাং অহুনা শগোল অহুগী মথক্তা হৈজিল্লম্মী। অশাবহু খাঙবা

ঙমদবদগী শগোল অহুনা শীংচনবা নুপা অহুরু লংথোক্লম্লগা পাই-খিরম্মী। নুপাহু লৈবাক্তা তারম্মী, হৌজিক্তি মহাক্না করি তৌরু-গনি, মহাক্কী অপঙবা মতৌ অহু মহাক্না অস্থুক্কী মতিক্ পেল্লমদে অমস্তুং নুমিং থূদীংগী অতিয়াদা য়েংখৎলহুনা থজাই চোম্না পি শিন্থনা কপ্লম্মী। মগাক্কী অরাবা নুংঙাইতবহুনা লাকহল্লুনা শীংচনবা নুপাতু ইকুই কুইদনা শিরম্মী।

# অচৌবা থেঙ্গু

বর্মাগী ফুঙ্গারারী

মমাংঙৈদা ঙাফাবা নুপা অমা মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা লৈ-মিন্নরম্মী। মখোয়গী মশক্ মওং ফজরবী মিষ্ট্রেস, য়ংগেষ্ট কৌবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মনানদি মচানুপীতু য়াম্না পান্না নুংশিনা তৌজরম্মী অদুবু মপানদি নুপীনিনা খোয়দাবা খরা ৱাৎলম্মী। নোংমা ঙাফাবা মতৈ মনা ওনা তি অমা তোংলদুনা ঙাফাবা চৎলম্মী অদুবু ফনা কুইরফাও ঙাফাবা নুপাদু ঙা অমত্তা ফারমদে। অদুনা নুপাদু খোইদৌ শাওনিংবা অমা পোক্লম্মী অমরোমদা মাগী নুপী অদুসু মচা-নুপীগী পিজনবা ঙা অমত্তা ফাদবদুদা লাংতক্লবা অমা পোক্লম্মী। অদুবু মমৈথংদদি ঙা অমা ফারম্মী মসিদা মাগী নুপীনা হরাওরদুনা ঙা অসি মচানুপীগী ওইহল্লসি য়োল্লরোই হায়না লাওরম্মী। মথংদা ঙা অমসু অমুক্ ফারম্মী মদুদসু মাগী নুপীনা ঙা অসি মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টকী ওই-হল্লনি হায়রম্মী। ঙা অনীদু ফারবা মতুংদা অতোপ্পা ঙা অমসু অমুক্ ফারম্মী। মসিদসু মাগী নুপীনা ঙা অসিমসু মচানুপীগী থম্লনি হায়না লাওরম্মী। মসিদা মাগী নুপানা শাওরদুনা নৌদুনা মাগী নুপীদা কল্লম্মী অমসুং সমুদ্রদা হাইথদুনা ভাখিরম্মী অদুগা অচৌবা থেঙ্গু অমা ওনখিরম্মী। ঙাফাবা নুপাদুনদি মহাক ঈরাক্লখবনি হায়না খল্লম্মী। মহাক্কা মাগী ময়ুম য়ৌরবদা মাগী নুপীদি সমুদ্রদা ঈরাক্লখ্রে হায়রম্মী। মী থুদীংমক্কা ঙাফাবা নুপাদুগী লাইবক্থিবা থৌদোক্ অদুগীদমক্ নুংঙাইরমদে।

মতম খরা লৈরবা মতুংদা ঙাফাবা নুপাদুনা অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্কা অহল ওইরবী মাদুহৈবী

অমবু মাগী মুপী ওইনা লৌরম্মী, মুপী অসি লুপ্তাবীনি। মাগী মচানুপী অমা লৈ। মচামুপী অসি য়াম্না শাওগনবা অমসুং মমায় ইচাম চাম্বা য়াম্না থিবা মুপীমচা অমা ওইৱম্মী। মমা মচানা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু কল্লক্লম্মী মরমদি মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতি য়াম্না মশক মতৌ ফজবা অমসুং য়াম্না থৌজালহৈবা মী অমা ওইরম্মী। মথোয়না মঙোন্দা য়ুমগী থবক খূদীংমক তৌহল্লম্মী। ঙাফাবা মুপাহূনসু অপোকপা মচানু-পীদুবু লুনা তৌবীরমদে। মাগী মুপী অমসুং পোক্কবা মচানুপীহূনা হায়বা ৱানা হেন্না খোয়দানা তারম্মী।

নোংমা মুংথিল্ অমা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্ট মখায় য়াম্না মুংঙাইরমদে। মহাক্না ময়ুমদগী খোক্লকুনা সমুদ্র মপান্দা চংলম্মী। মহাক্না সমুদ্র মপান্দুদা ফম্লগা থম্মোয় কায়বমখৈ কপ্লম্মী। কপ্পা কপ্পা সমুদ্রলাম-দা য়েংথোকখিবদা অচৌবা থেঙ্গু অমনা মান। লৈরিবা মায়কৈ অদোম-লোমদা ঈরোইহূনা লাকপহূ উরম্মী। মহাক্না থেঙ্গু অদুবু মহাক্কী মমা ওইরমগনি হায়না খল্লম্মী অমসুং মখুৎনা থেঙ্গুদুবু লৌখৎলম্মী। থেঙ্গু অদু ৱাদি ঙাংবা ঙম্লমদে অদুবু মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা তৌরিবদুদা য়াম্না পেঞ্জরম্মী। মুমিৎ অদুদগী মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা মুংতিগী মুংথিলদা সমুদ্র মপান্দা লাক্লুনা থেঙ্গু অদুগা মুমিৎ তাদ্রিফাওবা লৈমিন্নরৈ।

মুমি খরনিগী মতুংদা পোক্লবী মমা মচাহূনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা হরাওনা লৈবা উবা অমসুং মুংথিল খুদিংগী য়ুমদগী থোকখিবদু উরম্মী। মরম অদুনা মথোয়না মাগী মতুং ইন্নদুনা সমুদ্র খোংবান্দা চংলম্মী অমসুং য়ংগেষ্টনা ফমদুনা থেঙ্গুগা ৱারী শাবহূ উরম্মী। মথোয়না য়ংগেষ্টপু য়াম্না মুংশিরমদে অদুনা মুংথিলদা মুংতিগী চগুনা থেঙ্গুগা ৱারী শাদুনা মুংঙাইনা লৈবহূ খুগাইনবা শিল্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা পোক্কবী মমাদুনা মাগী ফমুংদুগী মখা (মোম্পাক্কী মখা) দা অকংবা দবলরুট্‌শিং থমজিল্লম্মী। মহাক্না মপুরোইবনা থবক চংলুরগা হল্লক্পদা মহাক্না ফমুংদা হিপ্তুনা নারে

হায়রম্মী। অদুগা মহাক্না য়েংলোমদা অমুক্ ওইরোমদা অমুক্ য়াওন্‌বদা অকংবা দবলরুটিদুদা নম্থেক্‌পদুনা ক্রেক্ ক্রেক্ লাওবা মখোল্ থোক্লম্মী। মহাক্না মাগী মপুরোইবদা য়েংলদুনা হায়রম্মী— ঐহাক্কী শরূ-শয়াংশিং অসি লোয়না তেক্লমাল্লে য়াওনবা য়াদ্রে ক্রেক্ ক্রেক্ লাওরে।

মহাক্কী মপুরোইবদু নুংশাথিরদুনা খুদক্তা ডাক্তর কৌবা চৎলম্মী অমসুং ডাক্তর পুদুনা হল্লক্লম্মী। ডাক্তর লাক্লবদা নাশিন্নরিবা নুপীদুনা ডাক্তরদা মাগী অরোনবা অদুগীদমক পৈশা পীজরম্মী। ডাক্তরনা অনাবদু কুপ্না য়েংলবা মতুংদা হায়রম্মী— অনাবা অসে অমুক্কী মতিক্ লুবা অনাবনি অদুবু মসি ফহন্‌বদি ঙমগনি। অনাবসিদা থেঙ্গুগী অথোঙ্‌বা শদোং অদু পীজরবদি মতম চঙ্‌দনা ফবা ঙমগনি।

মহ তাবদা অনাবদুনা খংলাও লাওরক্লম্মী— "মহুদি য়াম্না ফবা রানি। অচৌবা থেঙ্গু অমা নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংৱাইরমদা সমুদ্র মপান্দা লাক্ই হায়দুনা ঐগী ইচানুপীনা তম্মী। মফম্ অদুদা মপুরোইবনা চৎপীদুনা থেঙ্গু অদু ফাবিরু।"

ঙাফাবা নুপাদুনা সমুদ্র মপান্দা লাক্লুনা মচানুপী মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা ফমঙুনা মথুৎনা পায়রিবা থেঙ্গুদু লৌরদুনা করিগুম্বা মীন্নংশি অমত্তা য়াওদনা হাত্তোক্লম্মী অদুগা মচানুপীদা থেঙ্গুদু মাগী নুপীগী অনাবগীদমক্ য়াম্না থুনা থোঙ্‌উ হায়রম্মী।

উপাই লৈত্রবা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা চাক্‌শংদা মপি মতুম্ মতুন্ তাবমখৈ থেঙ্গুদু মমা অতোনবীগীদমক্ থোঙ্‌নবা শেম্ শারম্মী। মাগী মশাদু অরাবনা লাকহৎলম্মী অমসুং থেঙ্গুদু থোঙ্‌বদা অমুক্কী মতিক্ মথায় নুংঙাইতবনা চোক্‌থরম্মী। থেঙ্গুদু অমুক্কী মতিক্ চাউবা মরম্না য়েঙ্গাংদু য়াম্না থোক্লম্মী।

থেঙ্গুদু থোঙবা লোইরবদা পোক্তবী মমাদুনা ফমুংদগী ফন্ চোংথরক্লুনা হায়রম্মী— থেঙ্গ থোঙবগী মনম অসিনা মহাক্কী অনাবদু

ফইল্লে। অহুদগী মানা মপুরোইবা অমসুং মচানুপীহু মাগা লোয়ননা চানবা কৌশিল্লম্মী অমসুং মখোয় অহুম্ চামিন্নরম্মী অহুগা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতি মশা ঙম্‌দবনিনা চানীংলরোই হায়রম্মী। য়ংগেষ্টতি চাগেস্সু থল্লমদে অহুগা চাসু চারমদে। থেঙ্গু অথোঙবহু অসুকী মতিক্ য়াম্না লেম্বনিনা পোক্তবী মমাহুনা মাগী নাবগী লায়েংবগীদমক্তি হায়হুনা পৃকচেল্ চাউবা শারহুনা মাগী য়ূম্লোন কৈরোন্নবশিংদা হেন্না ফৈ হায়সন্নু হায়বগী মওংদা অথোঙ্‌বহু য়ুন খুদিংমক্কী য়েন্নবা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতা হায়রম্মী।

য়ুম খুদিংমক্ চঙ চঙহুন। মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা থেঙ্গু অথোংবহু য়েল-লম্মী। মখোয়না মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টকী য়াম্না নুংঙায়তবা অরাবা শকফমহু উবদা হায়রম্মী—কৈদৌরগা ঐখোয়না নঙবু নুংঙাইহনবা ঙমগদগে? মহুদা য়ংগেষ্টনা খুম্লম্মী, থেঙ্গু অথোঙবহু চাবা লোইরবা মতুংদা মাগী মরূহুদদি লংথোকপীগনু, মচি অমদা খোমজিল্লগা থম্বীরম্মু, ঐহাক্না মহুবু অমুক্ লৌবা লাকচখিগে। নুমিৎ অহুগী নুমিদাংদা মহাক য়ুন্ খুদিং চত্তুনা থেঙ্গু চাখিবগী মরূশিং অহু লৌবা চৎলম্মী অহুগা মখোয়না লৈরিবা য়ুমহুগী থোঙগী রাংমদা শরূশিং অহু ফুম-জিম্মী অহুগা রাশল্লহুনা হায়রম্মী, ঐনা ঐগী ইমাবু তশেংনা মুংশিজবমক্তা ওইরবদি ঐনা ঙসি ফম্লিবা মরূশিং অসিগী মফমসি-মক্তদা সনাগী অমসুং লুপাগী উহৈ পান্দুনা হৌরক্পা ওইসনু। মথংগী নুমিত্তা ঙাফাবা নুপাহুগী য়ুমগী য়েৎথংবা মমাংমক্তদা সনাগী অমসুং লুপাগী উহৈ পানবা অঙক্পা উপাম্বী অমা হৌরম্বহুদা য়ুমলোন্নবশিংহু য়াম্না ঙকুম্মী। তশেংনমক্ উপাম্বী অসি উবদা অঙক্পা অমা পোকই। উপাম্বী অসিগী উশা থরদনা লুপাগী উহৈ অহুগা লেমহৌরিবা উশাশিংহুদনা সনাগী উহৈশিং পাল্লম্মী। য়ুম-লোন্নবশিং অহুনা উপাম্বী অহুগী মনাক্তা লেপ্পুনা পাল্লিবা উহৈশিং অহু য়েংলম্মী। তাঙ্গাহুদা লৈবাক্তুগী নিংথৌসু শামু তোঙহুনা

মাইকৈ অদোমদা লাক্লম্মী। নিংথৌনা উপাম্বীতু য়েংলতুনা হায়ৱম্মী, অসিগুম্বা লৱাইগী লম (চাউখত্তবা থুঙ্গং) অসিদা সনা অমসুং লুপাগী উহৈ পানবা উপাম্বী অসি কনানা থারিবনো?

পোক্তবী মমাতুনা য়ুমদগী থোক্লক্লুনা হায়ৱম্মী, ইনিংথৌ, ঐগী ইচানুপীনা উপাম্বী অসি থাজবনি।

"নচানুপীতু মফম অসিদা কৌরকউ," নিংথৌনা য়াথং তৌৱম্মী।

মচানুপীতু নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দা হঙলম্মী, "উপাম্বী অসি নহাক্না থাবরা?"

"মহারাজ, ঐনা থাজবনি" নুপীতুনা খুম্লকই। "নহাক্না থাবা ওইৱবদি উপাম্বী অসি কারগা উহৈশিংতু হেকলকউ।" নিংথৌনা য়াথং তৌৱম্মী।

নুপীতুনা উপাম্বীতু কাননবা হোৎনৱম্মী। অদুবু কনা য়াম্না হোৎনৱসু উপাম্বীতু কাতুনা উহৈশিং অদুদি হেকপা ঙম্মদে।

নিংথৌনা হায়ৱম্মী, উপাম্বী অসি নহাক্না থাবনি হায়বা থাজদে। অদুবু অসিগুম্বা উপাম্বী অসি অশেংবা কনানা থারিবনো হায়বতু ঐ ঙকই।

য়ুমলোম্নবশিং অদুনা নিংথৌদা হায়ৱম্মী— মহারাজ, উপাম্বী অসি মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা থাবা ওইৱমগনি হায়না খল্লি।

নিংথৌনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু কৌহল্লম্মী অদুগা হঙলম্মী— উপাম্বী অসি নহাক্না থাবা ওইৱবদি নহাক্না থাবনি হায়বগী প্রমান উৎলু।

মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা উপাম্বী অদুগী মথাদা ফম্লম্মী অদুগা রাশক্লতুনা হায়ৱম্মী, উপাম্বী অসি ঐহাক্না ফুমথিবতুনা হৌরকপা ওইৱবদি পাল্লিবা উহৈ পুম্নমক ঐগী তম্পাক্তা তাবিৱকউ। উহৈ পুম্নমক্ মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টকী তম্পাক্তা তারম্মী। মতু উবদা নিংথৌতু য়াম্না পেল্লম্মী। মহাক্না মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু শামুদা হাপকত্তুনা কোনুং তাম্না পুরম্মী অমসুং মহারানী ওইহল্লম্মী। পোক্তবী মমা-মচাতু য়ংগেষ্টপু

নিংথৌনা পুখিবছুদা য়াম্না শাওরম্মী। মখোয়না হৌরিবা উপাম্বী অদুবু য়াম্বৎলম্মী।

থা মরি মঙাগী মতুংদা পোক্তবী মমা অমসুং মনাও সুপীনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু হাৎননবগী থৌরাং তৌরম্মী। মখোয়না মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতা মখোয়না তৌখিবা হৌখিবা মরালশিং অদু ঙাকপীয়ু হায়না পাউ থাখিরম্মী অদুগা চয়োল খরদং মখোয়গী ময়ুমদা লাক্তুনা হরাও সুংঙাইনা লৈমিন্নসি হায়রম্মী। মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতি য়াম্না মীন্নুংশি চাউবা অমসুং মীবু য়াম্না থাজগন্‌বা অমা ওইবনা পোক্তবী মমানা হায়রক্লিবা রা অদু অশেংবা ওইরবোই নিংদুনা মখোয়বু থাজরম্মী। মরম অদুনা মহাক্না মপুরোইবা নিংথৌদগী নুমিৎ খরনি মপামদা লৈরুনবা য়াথং লৌরম্মী। নিংথৌনা য়ারদুনা মহাক মাগী খুঙ্গংদুদা মনাই মশলগা লোয়ননা চৎলম্মী। মহাক্না মপাগী ময়ুম য়ৌরবদা মথন্তা খঞ্জরম্মী— মাগী মরূপ মপাংশিংনা করিগুম্বা মহাক্না মনাই মশলগা লোয়নন৷ লৈরবদি য়াম্না নাপল চাউবা মীওই অমনি হায়না খনখিবা য়াই; মদু মহাক্না পাম্লমদে। মরম অদুনা মহাক্না মাবু থিনবা লাকইবা মনাইশিংদুদা থা অমা লৈরগা মহাকপু লৌবা লাক্‌উ হায়রম্মী।

পোক্তবী মমা অমসুং মনাওনুপীনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু য়াম্না লুনা তৌরম্মী অদুবু মখোয়না মাবু হাৎননবা তাঞ্জা অমদি য়াম্না খৌ-রাংনা ঙাইদি। নোংমা চাক চাবগী ফমথনরক্‌পদা পোক্তবী মমা-দুনা চামচ্‌ অমা চাকশংগী অহোবা মথুল অমদা তাহনখিরম্মী মদুদা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা শোইবদগী তাখিবা ওইরম্লে খন্দুনা চামচ অদু খুন্‌গংনবা নোম্থরম্মী। মহাক্না নোম্থরিঙৈদা মমা পোক্তবীনা অচৌবা খাংজাওদগী অশাবা ঈশিংদুনা মথক্তা হৈজিল্লম্মী অমসুং উপাই লৈত্রবা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্ট অদু টচেক্‌(উরিৎ) ওন্দুনা পাইখিরম্মী। হায়নখিবা মতমদু য়ৌরদুনা কোন্নুংগী মাশিংনা মখোয়গী মহারাণীবু লৌবা লাক্লম্মী। পোক্তবী মনাওনুপী অদুনা মচেগী ফিজোলশিং

শেংথচিল্লহনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্ট শাহনা থোরক্লম্মী। মহাক উবদা নিং থৌগী মনাইশিংহুনা নহাক্তি ঐথোয়গী মগারানী নত্তে হায়না শাওর-ভুনা হায়রম্মী। পোক্তবী মনাওনুপী অহুনা হায়রম্মী, নখোয়না খঙদহুনা তৌরিবনি, ঐহাক ইপামদা লৈরিঙৈদা য়ান্না কন্না নাহুনা লাই থোক্লুরে, মহুদা ঐগী মায়সি ইচাম্ চামথ্রিবনি। নিংথৌগী মনাইশিং অহু চিংনরম্মী অহুবু চিংন চিংননা উপাই লৈত্রহুনা কো-নুংদা পুরক্লম্মী। মখোয়না কোন্নুং য়ৌরবদা নিংথৌনা নুপীহু উবদা শাওনা হায়রম্মী, মমায় চাম্বী, মশক্ থিবী নুপীসিদি মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্ট নত্তে, মহাক্তি থরোগুম্না ফজে।

পোক্তবী মনাওনুপীহুনা খুন্নম্মী, ইবুংঙো, ঐহাক লাইজাও থোক্লুনা য়ান্না কন্না নাক্লুরে মহুদগী ঐহাক্কী ইমায় অসি লাই থোক্পগী মফমশিং অহুনা চামথ্রিবনি ঐবু তাম্থোকপিগন্তু, ঐগী ইরাল নত্তে, শাথিবা অনাবা অহুনা থোকহন্‌বনি।

"নহাক মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্ট নত্তে, "নিংথৌনা হায়রম্মী। "নহাক্কী নরাইবক্ অহুদি য়ান্না শাংই অহুগা থিস্থু থি, মহাক্কী মরাইবক্ অহুদি অস্থুক্কী মতিক্ ফজে।"

"ইবুংঙো, নহাক্না ঐবু লান্না লৌবিরে," পোক্তবী মনাওনু-পীহুনা খুন্নক্‌ই। ঐহাক্না তোয়না কপ্তুনা ইরাইবক্ অসিনা লৈমায়দা য়ৈশিনবদগী লাইবক অসি পোমথংপদগী তৌরিবনি।

"অহুবু নহাক মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্ট নত্তে," নিংথৌনা হায়রম্মী। নহাক্কী ননাতোন অহুদি য়ান্না শাংই অহুগা থিস্থু থি। মহাক্কী ফজরবা মনাতোন অংগদি য়ান্না খেন্নে।

পোক্তবী মনাওনুপীহুনা খুন্নম্মী—"ইবুংঙো ঐনা মতম অয়াম্বদা কপ্তুনতা লৈবহুদা ঐগী নাতোন অসি কয়ারক্ হন্না পায়হুনা পিশিংহু তৈথোকপদা শাংদোকথ্রিবনি। মসিদা ওক্লীংঙাই করিস্থু লৈতে।

অহুমওইনমক্ নিংথৌহ্ ইচিং চিংনৱম্মী। নিংথৌনা মখা তারকই, "মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতি ফি শাবদা অঙকপা ফংনা হৈ। ঐহাক্কী শেৎন-চানবা ফিরোল পূন্নমক্সি মহাক্না শাবা ঙাক্তুনি। অহুনা নহাক্না ঐগী ফিরোলশিংহু শাগদবনি।"

পোক্তবী মনাওনুপীহুনা ফিশাফম্ কাদা চংলম্মী অহুবু মহাক্তি ফি শাবা হৈতবনিনা ইয়োং মথক্ত ফমহুনা মাগী লৌনম শাজৎ অহুগীদমক্ য়াম্না নুংশাথিনা কিনা লৈৱম্মী। তৌইগুম্বসুং উচেক ওনথবা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা পোক্তবী মনাওনুপী অহুবু ঙাকপীবা পাম্নম্মী অহুগীসু মথক্তা মহাক্না মপুরোইববু ফজবা ফিরোল শেৎহনবা পাম্নম্মী। মৱম অহুন উচেক্ অহনা ফিশাফম কা তম্না থোঙনাও-দগী পাইশিক্লম্মী। অহুগা মচিন্না লংহু চিংহুনা ফিহু অঙকপা মওংদা য়াম্না ফজনা শারম্মী। পোক্তবী মনাওনুপী অহনা উচেক্তুনা তৌরিবহু ফি শাবা লোইদ্রিফাওবা তুমিন্না য়েংলম্মী। উচেক্তুনা ফিহু শাবা হেক্ লোয়বগা পোক্তবী মনাওনুপীহুনা তৱেংয়োংনা থারম্মী অমসুং পান্দুনা উচেক্তু শিরম্মী। মহাক্না অশিবা উচেক্তু লৌথৎলম্মী অহুগা চাকথোঙবা পুজারী কৌহুনা উচেক্তু য়াইনবা হায়রম্মী। নুমিদাংৱাইৱমদা নিংথৌনা ফিশাফম কাদা চঙলক্পদা মহাক্না নিংথৌদা অশাবা ফিহু উৎলহুনা হায়রম্মী— ইবুংঙো, ঐনা ফি শারিবৈদা অঙৌবা উচেক্ অমা লাক্তুনা অপনবা পীরমত্রবদি য়াম্না ফজরমগনি। নিংথৌনা ফিহু য়েংলম্মী অমসুং মপুক্লিংদা ফজৈ হায়না খল্লম্মী অহুমক্পু মহাক্না নুপীহ্ লৌনম্ চাওবী অমা ওইরমগনি হায়নদি চিংনৱম্মী। নিংথৌনা চাকচাফম্দা চাক্ চানবা ফমথৱবদা মীনাইনা অয়াইবা উচেক্তু পুৱক্লম্মী। মহু উবদা নিংথৌনা করিনো হায়না হঙলম্মী।

পোক্তবী মনাওনুপী অহনা হায়ৱম্মী; ঐনা ফি শারিবৈদা অপনবা পি হায়বা উচেক্তু মপিনি। ঐনা হাৎতেক্লগা ইবুংঙোগী-দমক্ থওইনা চাননবা য়াইথোক্হনবনি।

"উপাই লৈত্রবা উচেক্ অসিবু হাত্তুনা ঐদি চাদে" নিংথৌনা মীনাইদা অয়াইবা উচেক্কু পুথোক্খিনবা য়াথং তৌরম্মী। মীনাই-তুনা নিংথৌদা উচেক্ অয়াইবা পীশিল্লবত্থু চুমদবনি হায়না খল্লম্মী অমস্থুং মহাক্না মত্থু চাবা নত্রগা হুন্দোক্পগী মহুত্তা চাকশংগী রাংমদা ফুমজিল্লম্মী। মথংগী নুমিত্তা অচৌবা উপাম্বী অমা ওইনা উচেক্ ফুমখিবা মফম্তুদা হৌরক্লম্মী। পোক্কবী মনাওনুপী অহুনদি উপাম্বী অত্থু উবদা চিংনবা পোক্লম্মী অমস্থুং নুমিংচুপ্পা য়াম্না চেক্শিন্না য়েংশিল্লম্মী অত্থুবু কনাগুম্বা অমত্তনদি উপাম্বী অসি কমদৌনা মফম্ অসিদা হৌরম্লিবনো হায়না হঙনবা তৌরমদে। মীনাই অহুনা হৌখিবা অহীংদা উচেক্ ফুম্লম্বা মফমতুদা অচৌবা উপাম্বী অমা হৌগৎলক্পা অতুদা উচেক্ অহুগা উপাম্বী অহুগগী মরক্তা করিগুম্বা মরম খর লৈরমগদ্রা হায়না খল্লম্মী অহুবু মহাক্না রাফম অসি মহারাণীত্থু কিবদগী করিমত্তা হায়দোক্লমদে।

হনুবা মতৈ মনাও অমনা কোন্নুংগী চাক্শং অতুদা শীং য়োনবা লাক্লম্মী। শীংত্থু য়োল্লবা মতুংদা মখোয়না অচৌবা উপাবী অতুগী মখোঙদা পোত্থারম্মী অমস্থুং অচৌবা উহৈ অমা উপাম্বী অতুদগী কেল্লক্লুনা নুপীত্থুগী মতম্বাক্তা তারম্মী। অচৌবা উহৈ অতুনা মখোয়গী কোক্তা তারক্কবত্থু লাইবক্ ফৈ হায়না হনুবা মতৈ-মনাওত্থু হরাওত্থুনা নোক্লম্মী। মখোয়না উহৈত্থু নুংথিল নুমিদাংরাইরমদা চাক্লগে হায়ত্থুনা পুরম্মী অত্থুবু ময়ুম য়ৌরগদি উহৈত্থু মুনবা খরা রাংলি হায়ত্থুনা চারমদে। হম্নুবত্থুগী নুপীত্থুনা লৈবাক্কী পাত্র অমদা নুমিং খরনি মুলহন্নবগীদমক থম্লম্মী। মথংগী নুমিত্তা অয়ুক অঙনবদা হনুবা মতৈ মনাওনা শীংখোমজিনবা চৎলুরগা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। মখোয়না ময়ুমদা হল্লক্পদা অঙক্পা মওং অমা থেঙ্নরম্মী মত্থুদি ইমুংত্থু অম্মুক্কী মতিক তরু তনান্না লৈরম্মী অত্থুগা চাকস্থু থোঙ্ত্থুনা লৈরম্মী। মখোয়না শক্থঙদবা কনানা তৌরিবনো হায়ত্থুনা কোইথি থিরম্মী

অদুবু কনামত্তা লৈবা উরমদে। অঙকপা থোদোকসি মথংগী অয়ুক্তসু ঙরাংগীগা চপ মান্ননা তৌরম্মী। হয়েংদি অঙক্পসি কনানা তৌরিবনো হায়বদু খঙ্ননবা থোরাং অমা তৌরগনি হায়না নুমি-দাংতুদা হন্নুবহুনা মাগী নুপীদা হায়রম্মী।

মথংগী নোংঙানগদবা রাৎলিডৈদা হন্নুবহুনা মাগী নুপীদা লোন্না খূনীংনা থিল্লহুনা হৌগৎলম্মী অদুগা লাওনা হায়রম্মী, অতন্বী নুপী, হৌগৎলো, হৌগৎলো। শীং য়াম্না খোমজিন্নবা ঐখোয় ঙরাংদগী হেন্না ঙন্না চৎসি। হন্নুবহুগী নুপীহুনা মপুরোইবনা হায়-রিবদু খঙলহুনা লাওনা থুম্লক্ই, নঙনি অতন্বা নুপাদি, ঐদি চৎননবা শেম শারে। মখোয়না ময়ুম্দগী লাওরহুনা থৎনশিন্নরহুনা শীং খোম্বা চৎলম্মী। মখোয় মাইল্ মথায়মুক্ চৎলুরগা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী অদুগা তুমিন্না চঙলক্তুনা থোঙদা লোন্না য়েংলম্মী।

নুমিৎ থোক্লক্লবদা মখোয়না লৈবাক্কী পাত্রদুদগী নুপী অমা থোক্লক্পা উরম্মী অদুগা চাকশংলোহুদা চেনশিনখিরম্মী। "মসি উহৈদুদগী থোক্লক্পা নুপীনি", হন্নুবগী নুপীহুনা লোন্না হায়রম্মী। ঐ মহাকপু কমদৌনা ফাগদগে হায়বদু খঙই। অসি হায়রহুনা মহাক্না মাগী ফনেক্ অমা লৌরুহুনা পাত্রদুদা পাক্না শন্দোক্তুনা কূপশিল্লম্মী অদুগা মহাক্না পাত্রদুগী মনাক্তা লেপ্লম্মী। অদুদগী মহাক্না খোঞ্জেল্ হৌনা লাওরম্মী। অপীকপা উহৈদগী থোক্লক্পা মীহুনা কিরহুনা লৈবাক্কী পাত্রদু তম্না চেনশিল্লক্লম্মী। হন্নুবীহুনা মাগী ফনেক্তুনা উহৈদগী থোক্লক্পা মীদুগী মথক্তা লংশিল্লম্মী অদুগা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা মখোয়গী মনাংদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মখোয়না নুপীহ্ মশক্ খঙ্লহুনা হায়রম্মী, নঙদি ঐখোয়গী মহারাণীনি। মহাকপু ঐখোয়না নিংথৌগী মনাক্তা পুগনি। অহানবদা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা মখোয়না হায়রিবদু য়ারমদে মরমদি মহাক্না মাগী পোক্তবী মনাওনুপীহুনা অরাবা খুদোংথিবা তাগদবদু পাল্লমদে। অদুবু

মমৈথংদদি মহাক্না মাগী মপুরোইবতু উন্ননিংলক্পদগী চৎসি হায়বতু য়ারম্মী।

নিংথৌ অমম্মুং পোক্তবী মনাওন্নুপীতুগা রাজসভাদা মীয়াম অমদি রাজসভাগী অঙম্বশিংগা লোয়ননা লৈমিন্নরিঙৈদা অহল ওইরবা নুপা মতৈ মনাওতুনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টকা লোয়ননা চঙলক্লম্মী। নিং-থৌনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু অমুক্ হন্না উবদা য়াম্না হরাওরম্মী তৌই-গুম্বম্মুং মহাক্ লাক্পদা নিংথৌদি অঙকপা তৌরমদে মরমদি পোক্তবী মনাওন্নুপী অতু মতম্ পূম্নমক্তা লৌনম্ চাউবী মী ওইরম-গনি হায়না খল্লম্মী।

"ঐহাক মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনি" পোক্তবী মনাওন্নুপীতুনা হায়রম্মী। অতুগা মসিগী নুপীসিদি লৌনম্ তৌবী হেল্লোই অমনি। মহাক্না যাতু তৌতুনা মহাক মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনি হায়রিবনি।

"মহাক অশেংবা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনি" অহল ওইরবা মতৈ মনাও-তুনা হায়রম্মী। অতুগা মখোয়না মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু করম্না ফংবা হায়বতুগী রারীতু লিরম্মী।

"তানীংদবা, ওইথোকপা য়ারোইদবা রানি" পোক্তবী মনাও-ন্নুপীতুনা লাউরতুনা শাওনা হায়রম্মী।

মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা নিংথৌদা কমদৌনা মহাক্না উচেক্ ওইরক্পা, উচেক্তুগী অমুক্ উহৈদগী থোরক্পা নুপী ওইরক্পা হায়বতুগী রারী পূম্নমক্ত নিংথৌদা মরিক্ চুম্না লিরম্মী।

পোক্তবী মনাওন্নুপীতুনা হায়রম্মী, ঐহাক্ লৈবাকসিগী চৎনবী মতুংইন্না লাইরায়েল তৌতুনা অচুম্বা বীচার তৌবা পাম্মী।

হৌজিক্ লাইরায়েল্গী বীচার তৌননবগীদমক্ খৎনরিবা মখোয় অনী অতুদা থাঙ অমমম্পীরগা য়ান্নতুনা অচুম্বা বীচার তৌবা তারম্মী তৌবতবু রাকৎনুরিবা মী মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা উগী থাঙ পায়গনি অতুগা পোক্তবী মনাওন্নুপীতুনা য়োংকী থাঙ্ পায়তুনা

য়াম্নগনি। করিগুম্বা ৱাকৎলিবা মীসিনা অশেংববু ওইরবদি উগী থাঙ্ পায়্রবস্ু শোয়দনা মায় পাকনি। তৌইগুম্বসুং পোক্কবী মনাওনুপীছুনা অশেংবা অচুম্বা লাইৱায়েল্ য়েংলকপা তাৱবত্নদদি থাজদবা অমা পোক্লম্মী অদুবু মহাক্কী য়োৎকী থাঙ্‌তুনদি মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু খুৎয়ান অমুক্তদা য়ান্দুনা হাৎপা ঙম্লগনি হায়না খল্লম্মী।

নিংথৌ অমসুং মহাক্কী ফম্নাইবশিংনা পোক্কবী মনাওনুপী অদুবু লৌনমহৈবী মী অমা ওইরম্‌গনি হায়না খল্লম্মী অমসুং মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টপু অদুগুম্বা ৱায়েল্ অদুদা মাইথিবা পাম্লম্‌দে অদুবু মখোয়-নদি করি তৌবা ঙমলুগনি। নিংথৌনা পোক্কবী মনাওনুপীনা নিয়ম্ চুমই হায়না দাবী তৌরিবা অমসুং প্রজাশিংগী আইন্‌গী নিয়ম্ অদু ফাওবা য়ানিংদবা পোক্লম্মী। অদুবু নিংথৌনা থাঙ্ অনী পুরক্কবা য়াথং তৌরম্মী অমসুং উগী থাঙ্ অমনা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতা মশাবু অশেংবনি হায়বদু প্রমান তৌনবা পীরম্মী। মিষ্টেস য়ংগেষ্টসনা মহাক্কী পোক্কবী মনাওনুপী অদুগা মায়োক্‌য়ানবা থাঙ্‌দু ৱাশক্কা লোয়ননা লৌরম্মী— ঐনা তশেংবা মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টমক্তা ওইরবদি ইনাওনুপীগী য়োৎকী থাঙসি ঐঙোন্দা চঙ্‌দবা ওইহন্‌বীয়ু। মরম্ অদুনা মহাক্না য়াম্না চিংলেম্না অকিবা অমত্তা য়াওদনা পোক্কবী মনাওনুপীদুগী মমাংদা লেপ্লম্মী। পোক্কবী মনাওনুপী অদুনা মঙোন্দা য়োৎকী থাঙদুনা হজ্জিল হজিল য়াল্লম্মী। অদুবু মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টতদি করিমত্তা চঙ্‌লমদে, য়োৎকী থাঙদুনা মাগী মশাদা থেঙ্‌বদা য়াম্না থোৎপা পোৎনা থেঙ্‌বগা চপ্ মান্নরম্মী। মিষ্ট্রেশ য়ংগেষ্টনা অমুক মাগী উগী থাঙদুনা পোক্কবী মনাওনুপীদুগী মঙক্ তম্না য়ান্‌বদা মঙক্তু কেল্লম্মী।

অশেংবদু খঙ্‌লবদা নিংথৌনা পোক্কবী মমা অদু মচাশিবগী অৱাবসি খাঙসনু হায়না খল্লম্মী। মিষ্ট্রেস য়ংগেষ্টনা নিংথৌদা মাবু ঙাকপীয়ু হায়রম্মী। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না অশিবা নশা অদু

মতুপ, কয়ামরুম থোক্লা কক্থংলম্মী অমস্তুং পাত্র অমদা হাপ্তুনা পিকল্ শেম্লম্মী। অদুগী মতুংদা নিংথৌনা পোক্তবী মমাদুদা মহাক্কী মহারাণী মশামক্লা শেম জবা ঙাগী পিকল্ অমা খুদোল ওইনা থাখিরম্মী। পোক্তবী মমাহুনা নিংথৌনা খুদোলদু পীরক্পদা চাউথোক্চবা পোক্লম্মী অমস্তুং মহাক্কী মপুরোইবদা ঙাগী পিকলদু চাননবা হায়রম্মী। মহাক্লা মাগী মুংশিরবা মচানুপীগী মরমদা ঙাং ঙাংদুনা চামচ. অমগী মতুংদা চামচ্ অমা কোৎ কোত্তুনা চারম্মী। মাগী মুপানা শাওরদুনা ঙা ঙাংদনা তুমিন্না চাননবা হায়রম্মী।

পোক্তবী মমাহুনা চামচ্তুনা পাত্রদুদগী মতুম্ অমমুক্ লৌথংলম্মী অদুগা ইথক্ থগৎনা লাউররুম্মী, য়েংউনে, মসিদি মীগী খুৎশানি, ঐগী ইচানুপীগী মখুৎনি।

"লাংগনু" মপুরোইবহুনা হায়রম্মী।

"চাহুম্ চাউ।"

মুপীহুনা অতোপ্পা মতুম্ অমমুক্ লৌথংলম্মী অদুগা লাউরহুনা হায়রম্মী, য়েংউনে মসিদি মীগী মখোঙনি, ঐগী ইচানুপীগা মখোঙনি।

"লাংগনু"— শাওরবা মপুরোইবহুনা হায়রম্মী "চাহুম চাউ।"

মুপীহুনা পাত্রহুদা মুন্না য়েংলম্মী। মহাক্ল পাত্রদুগী মনিংদা মহাক্কী মচানুপীগী ইচাম চাম্বা মমায়দু উরম্মী অদুগা কপ্লদুনা হায়রম্মী— "মসিদি ঐগী ইচানুপীনি, মসিদি ঐগী ইচানুপীনি। মহাক্লা মপুরোইবনা থংশাও শাওরদুনা হৌগৎলম্মী অদুগা তুমিন্ লৈনবা ফুরম্মী। ●

# করথক্ উকদে

সিক্কিম্‌গী ফুঙ্গারারী

মতম্ অমদা শাতানবা অমস্তুং ঙাকাবা য়াম্না পান্বা ফত্তবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। নিংথৌসিনা অতোনবা জীব ময়াম মশাগী মুংঙায়নবগীদমক হাংলম্মী। ঈশ্বরনা মহাকপু য়াম্না শাওরম্মী অমস্তুং নিংথৌহুবু অহোঙবা পুরক্লবা অতুগা অফবা অশেংবা মী অমা ওই-হনগে হায়না লেপ্লম্মী।

নোংমা নিংথৌহু মহাক্কী শগোলদা তোঙলহুনা জঙ্গলদা শা-তানবা চংলুবদগী হল্লক্লম্মী। ঈশ্বরহুনা মহাকপু উরম্মী অমস্তুং অচৌবা লংজা অমগী শক্তম লৌহুনা পাইথরক্লম্মী। মহাক্না নিং-থৌহুগী মনাক্ য়ৌশিল্লক্লবদা মাগী মাশাহু য়াম্না কন্না খপ্লম্মী অমস্তুং নিংথৌহু রাম্বহুনা লৈমাইদা তারম্মী।

ঈশ্বরহুনা মশক্ মতৌ ফজরবা নহা অমা ওল্লম্মী অমস্তুং শগোলহু চেনখিদনবা শগোলগী খুজ্জীহু পায়রম্মী অহুগা নিংথৌহু জ্ঞান লাকপা ঙায়রম্মী।

নিংথৌহুনা হৌগংলকপদা মশক্ মতৌ ফজবা নহা অমা মহাক্কী শগোলগা লোয়নননা লেপ্লম্বহুদা ঙক্লম্মী।

"নহাক্ কনানো" নিংথৌনা হঙলম্মী। "ঐদি নঙবু নতেং পাঙনবা হোৎনবনি। য়েঙঙু, নঙগী শগোলসি ঐহাক নৎলমদ্রবদি চেল্লম্‌গনি," নহাহুনা হায়রম্মী।

"নঙগী শগোল সিদা লৈরে, ঐহাক চংলগে" অসি হায়রহুনা নহাহুনা নিংথৌদা শগোল খুজ্জীহু পীরম্মী।

"নত্তে, নত্তে, নহাক চৎখিবা য়ারোই। নহাক্তি অফবা মীনি, ঐহাক্কা লোয়ননা কোন্নুংদা চংসি।" নিংথৌদু পেল্লম্মী অমসুং মহাকপু মনা পীবা পাল্লম্মী।

নহাক্না মহাক্কী মমিং করথক, উকদে কৌই হায়রম্মী অমসুং কোন্নুংদা নিংথৌদুগী মতুং ইল্লম্মী। কোন্নুংদা থুঙ্লকান্দা নিংথৌনা মহাকপু মহাক্কী মন্ত্রী ওইনা হাপ্লম্মী।

করথক উকদে য়াম্না থঙহৈবা অমসুং থবক ফজনা পাঙ-থোকপা হৈবা মন্ত্রি ওইরম্মী। মহাক্না লৈবাক্তু ফজনা নিয়ম চুম্না, থৌজাল হৈনা ঙাক্লম্মী। মীপুম্ খূদীংমক নুংঙায়রম্মী অমসুং পেন্নরম্মী। মখোয়না মহাকপু মহাক্কী পূকচেল শেংবা অমসুং লৌশিংগীদমক থাগৎনরম্মী অমসুং মহাক্কী মতৌ লৌদুনা মখোয়-শিংদু অশেংবা, লমচৎ ফজবা ওইরক্লম্মি।

নোংমা নিংথৌনা চাকলেন অমা লাওনবা লেপ্লম্মী অমসুং মী খূদীংমক্ মখোয়গী ফজরবা ফিরোল শেৎচাদুনা অমসুং সনা লুপা শিদুনা কোন্নুংদা লাক্নবা হায়রম্মী। মরম্ অদুনা মীপুম্ খূদীংমক মাগী মাগী ফজ-ফজরবা সনা লুপা ফিরোল শেৎ চাদুনা কোন্নুংদা লাক্লম্মী।

নিংথৌদুগী মহারাণী অহলদুসু য়াম্না কেনিংলম্মী অমসুং নিং-থৌদা কোন্নুংদা খ্বাইদগী হেন্না মমল য়াম্বা লিক মঙোন্দা পীবিনবা হায়জরম্মী তৌইগুম্বসুং নিংথৌদু হায়রিবদুদা য়ারমদে অদুনা মহা-রাণীদু শাওরম্মী।

কোন্নুংগী লম্পাক্তা জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপা চথরিঙৈদা মহারাণী অহলদুনা মন্নুংদা চঙ্লকপদা নিংথৌদু মহারাণী অতোন-বীদুগা লোয়ননা চাক চামিন্নদুনা নুংঙাইনা লৈবা থেঙ্নরম্মী। মহাক্না লিক্তুসু নিংথৌগী মথুংনা পায়বা উরম্মী অমসুং মদুনা মাবু হেন্নসু শাওনিংহল্লম্মী। মহাক্না লিক্তু মুল্লগা মচেং মচেং থুদেক্লম্মী

অমসুং মখোয়না চারিবা সনাগী পুখম্শিংদুসু লংথোক্লম্মী।

নিংথৌদু ইকায়রম্মী অমসুং শাথিনা শাওরম্মী। মহাক্না মন্ত্রি করথক উকদেদা মহারাণীদুবু খুদক্তা হাত্তোক্নবা য়াথং তৌরম্মী।

মন্ত্রিনা হায়জরম্মী, ইনিংথৌ, তংশংনমক মহারাণীনা শাপ্পে অদুবু মদুগীদমক মহাকপু হাংপা হায়বসি য়াম্না অপঙবগী থবক ওইগনি। মদুগীদমক ভুংদা নিঙঙম্দবা লাকনি।

"নত্তে, ঐহাক নিঙঙম্দবা তৌরোই। ঐহাক্না হায়রিবদুদা তৌ," নিংথৌনা তক্শিল্লম্মী।

মন্ত্রি অমা ওইনা মহাক নিংথৌগী য়াথংদু ইন্না তারম্মী অদুনা মহারানীদুবু উমংদা হাংনবা পুরম্মী। অদুবু মন্ত্রিনা মহা-রাণীদুবু হাংলমদে অমসুং হাংপগী মহুত্তা মহাকপু অশোঙবা উমংদা লোত্তুনা থম্লম্মী অমসুং হল্লক্লুনা নিংথৌগী য়াথংদু পাঙথোক্লে হায়না তম্লম্মী। মদুতদা নিংথৌগী অশাওবদু নেম্থরম্মী অমসুং পেল্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তগী মন্ত্রি করথক উকদেনা নিংথৌদা পাউতাক পীবা হৌরম্মী। মহাক্না নিংথৌদা করিগুম্বা অমবু হেক্তা হাংপা হায়বসি ফত্তে অমসুং মীনুংশি চাউগদবনি হায়রম্মী। অদুগা নোং-মদি মহাক মহারাণীগী মরাল নত্তে হায়বা খঙলকপা য়াই। অদুদগীদি নিংথৌনা ফনা য়াম্না তৌদুনসু মহাকপু অমুক হন্না ফংলরোই।

মন্ত্রিনা মখাতানা নিংথৌদা রারী অমসু লীরম্মী। মমাংঙৈদা উমংদা উচেক অনীথক য়েনলাবা অমগা য়েনবী অমগা লৈরম্মী। মোংশোংদা মখোয়গী মকোল শারম্মী অমসুং মকম্দুদা চানীংঙাই লৈত্রকান্দা চাননবা মচীঙ্গাক পৈশিন্দুনা থম্লম্মী। মখোয়ন্না উমংদগী হরাই মরুশিং থোমজিল্লম্মী অমসুং মকোন্দুগী মচি অমদা অতৈ পোংশিংগা লোয়ননা পৈশিল্লম্মী। য়েনবীদুনা মরুম্ কোক্লুনা মকোন্দা লৈরিঙৈদা য়েনবাদুনা মচীঙ্গাক হেন্না থিনবা উমংদা

কোইচং চৎলম্মী।

নোংমদি য়েনবাহুনা পৈশিন্দুনা থম্বা হৱাইমরুশিংহু লোয়নমক, মাঙখিৱা থেঙ্নরম্মী। য়েনবাহুনা য়েনবীহুদা হৱাইমরুশিংহু লোয়নমক চারম্লগনি হায়না মরাল শিরম্মী। অহুবু য়েনবীহুদি মরুম কোক্লিভৈদা হৱাইমরুশিংহু উদে হায়বদা য়েনবাহুনা মহাক্কী ৱাদি তাবীরমদে। হৱাইমরুহু চাবা কনাবু লাক্কদগে মহাক্না চাবা শোয়দবনি হায়হুনা য়েনবাহুনা য়েংলম্মী।

অহুদগী মহাক্না য়েনবীহুবু শাওরহুনা মচিন্না চিক্পা হৌরম্মী অমম্মুং মহাক্না কন্না চিক্মন্দুনা মরাইবক্ থিরবা য়েনবীহু মুম্বিং খরনি লৈরগা শিরম্মী। য়েনবাহু অহুম্ শাওনা শাওনা চংখিরম্মী।

অহুবু হৱাইমরুশিংহুদি মকোন্দগী মখাদা তাখিবনি। নোংজুথা লাকপদা মরুশিংহু হৌগৎলক্লম্মী। পাম্বীশিংহু ৱাংনা অমম্মুং থুনা হৌগৎলক্কুনা মপান শ্ংহুনা মহৈ য়াল্লম্মী। নোংমা য়েনবাহু তান চারুহুনা লম্বী অদোমদা লাক্লম্মী অমম্মুং মতম্ অমদা মহাক্কী ময়ুম ওইরম্বা মকোন্দু কমদৌরিবগে হায়হুনা য়েংলম্মী। হৌজিক্তি মহাক্ মহাক্কী অপঙ্বহু খঙলম্মী অহুবু মহাক্না য়েনবীহু অমুক হন্না হিংগৎহনৱা ঙম্দবনিনা কৈদৌরুগনি ?

অহুনা ইনিংথৌ, কনাগুম্বা অমনা খন্থদনা থবক্ তৌরবদি করি থোকপগে হায়বহু অসিনি। হাৎপা হায়বসে কনানম্ তৌরোইদৱনি মরমদি পুন্সি হায়বসে অমুক্ হন্না পীবা ঙমদে।

নিংথৌহু হৌজিক্ মহাক্কী মহারাণী অহলহুগী মরমদা মখাতানা অশাওবগী মীকুপ্ অমদা মতিক্ চাবা মরমম্ লৈতবদা মহাক্না হাৎহনখিবহুগী খল্লম্মী। মহু ফাওবদা মহাক ভাব তারমদে অমম্মুং মহাক্কী অনীংবগী মতুংইন্না তৌদবা মীহুদি হাৎকদবনি খল্লম্মী।

মন্ত্রিহুনা মখাতানা হায়রম্মী, "মতম্ পুন্নমক্তা থৌজালগা লোয়ননা থবক্ তৌগদবনি। অশাওবা অমম্মুং তুক্কৎচবা হায়বসে অচৌবা নিংথৌ অমগী মগুণ নত্তে।"

তপ্না তপ্না নিংথৌদু অচুম্বা খঙবা হৌরক্লম্মী অমসুং হাৎপা হায়বসি পাপনি হায়বসু খঙলম্মী। মহাক্না মহাক্কী মহারাণী অহল হাত্নুনা পাপ তৌরে হায়বদু য়ারম্মী অমসুং নিঙঙম্দবা পোকলম্মী। "কমদৌনা ঐগী পাপশিংদু কোকপা ঙম্গদগে," মহাক্না হঙলম্মী। মন্ত্রিনা খুম্লম্মী— "নহাক অমুক হন্না জীব হাৎলরোই হায়ম্মু।"

"নত্তে, ঐ অমুক হন্না হাৎলরোই," নিংথৌনা লাওরম্মী অমসুং রাশক্লম্মী অদুগা মহাক অঁরাবা ফোংদোক্লম্মী। "ঐনা ঐগী অকবী মহারাণীদু অমুক হন্না ফংলবদিকো।"

মন্ত্রি করথক উকদেনা মহারাণীদুবু লোৎকম্দগী পুরক্লম্মী। নিংথৌদু য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং মঙোন্দা লৈবাকপুম্বা খুৎশিন্নরদুনা হায়রম্মী — "করথক, নহাক লৈঙাকপদা মতীক চারে।"

অদুবু করথক উকদেদি মহাক্কী থবক পাঙথোক্লবনিনা করিসু পূক্নিং চিঙশিল্লম্দে অমসুং নিংথৌদুবু থৌজাল পীরম্মী—

"হে নিংথৌ, নঙগী লৈবাক নঙনা অদুম ঙাকচৌ অদুগা থৌজাল হৈয়ু অমসুং অতোনবা জীবশিংগী থনবীয়ু।" ●

# ক্লাউদিয়া অমসুং বদিল্লো

ফিলিপ্পিন্সকী ফুঙ্গারারী

মমাংঙৈদা চীংগী লম্ সপাঙ বটো কৌবা লমদা ক্লাউদিয়া কৌবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী ফজবা মশক্ অমসুং লৌশিং অসি অনক্পা অমসুং অরাপ্পদা শন্দোক্লম্মী। মীওই কয়ামরুমসু মহাকপু কোইবা লাক্লম্মী। ময়ামশিং অদুগী মনুংদা ক্লাউদিয়ানা বদিল্লোবু পাল্লম্মী অমসুং নুংশিরম্মী। তৌইগুম্বসুং বদিল্লোদি ক্লাউ-দিয়াগী ইমুংগুম্না ইনাক্ খুল্লমদে। মহাক্তি থবক্ য়াম্না কন্না শুবা, য়াম্না তপ্না অমসুং থৌজাল হৈবা লৌমী অমনি।

ক্লাউদিয়া অমসুং বদিল্লো য়াম্না চেৎনা নুংশিনরম্মী। মখোয় অনীগী নুংশিবগী লিপুল্ অসিদি লোইবা নাইদবা ওমখৈগুম্বনি। পৃথিবীদা লৈরিবা করিগুম্বা শক্তি অমত্তনসু মখোয় অনীগী মরক্তা অমনা অমবু থক্ তোখায় তাহন্বা ঙম্লোই মখোয়গী অরোইবা মীকুপ্ অদু য়ৌরফাওবদসু।

অদুম্ ওইনমক্ মখোয় অনীগী নুংশিবগী লম্বেল্ অসিদি তিম্থংনা থল্লি মরমদি ক্লাউদিয়াগী মপা মঙ বোরোঙনা মচানুপীনা থরায় তানা খঞ্জরিবা অনংবা মী অদুবু পাল্লমদে। মহাক্না মচানুপীবু অতোপ্পা ইনাকখুনবা নুপা অমনা কোইবা পাল্লম্মী। এনসেলমো কৌবা নহা অদুদি ইনাক খুনবা ইমুংগী মীনি অদুবু ক্লাউদিয়ানা বদিল্লোখক্তবু নুংশি হায়বদু খঙবদগী ইমুংতুদা নুংঙাইতবা চয়েৎনবা অমা থোক্লম্মী। অদুম্ ওইনমক্ মঙ বোরোঙ্নদি মচানুপী ক্লাউদিয়াবু এনসেলমোদা লুহোংগে হায়না চপ্ য়ুংনা লেপ্লম্মী।

নোংমা শুবা নোম্বা কন্বা বদিল্লোনা অয়ুক ঙম্না হৌগত্তুনা

মাগী ক্কার্মদা চৎননবা ত্তৌরম্মী। মহাক্কা চৎলমদাইদা মনাওন্নুপাদা অয়ুক্কী চরা ৱাল্লগা মাগী নাক্তা লাক্লনবা হায়রম্মী। পূং কয়ারোম হৌগ্রবা মতুংদা মহাক্কী মনাওন্নুপাহ্নু চা অমম্নুং চাননবা পুরহ্নুনা লাক্লম্মী অহ্নবু মমায় অহ্ন য়েংবদা য়াম্না নুংঙায়তবা মাল্লম্মী।

বদিল্লোনা মঙোন্দা থেঙনা লাক্লিবা কম্রিগীনো হায়না হঙলম্মী। মীকুপ খরদি করিগুম্বা পাউথুম, অমত্তা মনাওন্নুপাহ্নুনা পীরমদে অহ্নবু বদিল্লোনা কন্না তকশিল্লকপদগী থুন্নকই—"ঐহাক্না অফবা পাউ পুরক্তে।" ঙসি অয়ুকসিদা এনসেলমোগী মমা মপানা ক্লাউদিয়াগী মমা মপাবু কৌরম্মী। মখোয়না মচানুপা এনসেল-মোগা ক্লাউদিয়াগা লুহোংবগী ৱাফমহ্নু য়ানরম্মী।

"নহাক্না মসি কমদৌনা খঙলক্লিবনো?" বদিল্লোনা য়াম্না লাংতক্লনা হঙলম্মী। "অহ্নদগী করি করি তৌনখ্রে।"

"ঐনা ক্লাউদিয়াগী ময়ুম্লোমদা চৎপদা ৱারী শান্নবহ্ন তারকপনি" মনাওন্নুপানা থুন্নকই। অহ্নগা মখোয় অনী লুহোংলনি হায়বহ্নুদি শুকশোয় শোয়দ্রে।

"ক্লাউদিয়াদি ঙাঙনরিবশিংহ্ন তাব্রা?"

"হোয়, মহাকস্নু তাই। মহাক কপ্লম্মী, মহাক্না মপাদা মহাক এনসেলমোগা লুহোংবা ঙম্লোই হায়রম্মী।"

"অহ্নগী মতুংদগীদি করি তৌখ্রে?" বদিল্লোনা য়াম্না খৌরাংনা পাউথুমহ্ন লাংতক্লনা ঙাইরম্মী।

ঐহাক লৈবাক মথক্তা ফমহ্নুনা মখোয়না ৱারী শান্নবহ্ন তারম্মী। ক্লাউদিয়াগী মপানা মচানুপীহ্নবু এনসেলমোদা শোয়দনা লুহোংগনি হায়রম্মী। মহাক্কী মপানা লুহোংবগী পোৎচৈশিং শেম শাননবগীদমক চৎথিরম্মী। লুহোংবা অহ্ন হয়েংগী অয়ুক্তা পাঙ-থোক্কনি।

মহ্ন তাবদা বদিল্লোগী মথুক্তা পায়রিবা য়োংপাক অহ্ন মথুক্তগী

তাখিরম্মী। ক্লাউদিয়া কায়নবগী মৈচাক অহূনা মহাক্কী মীত্তা পী শিন্থরম্মী।

ক্লাউদিয়াগী ইমুং অহূ হরাও তয়াম্লম্মী। লুহোংবগী থৌরাংশিং অহূ হাথু হাথুনা লাওলম্মী। মঙ বোরোওগী মমান্নবশিংনসু লুহোংবগী শেম শারিবা অহূগী লৈতেংশিং তৌবদসু মতেং পাওলম্মী অমসুং লুহোংঙ্ক্রিউঙগী মমাংদা অচৌবা চাক্লেন অমসু য়াওরম্মী। ক্লাউদি-য়াগী মপানা মচানুপীগী লুহোংবগী ফিজোল অহূ সহরদগী অখন্ননা খ্বাইদগী ফজবা লৈরম্মী। মহাক্কা ফিজেৎ লৈতেংবদা খ্বাইদগী হৈবা মীওই তরুক্লোম নেরুম্মী।

মী কয়ামরুম, লুহোংবা অহূ য়াওবা লাক্লম্মী অহূবু অহূগুম্বা লুহোংবা অহূদি মতম কুইনা সহর অহূদা নীংশিংহূনা লৈহৌরগনি। ক্লাউদিয়াদি লুহোংবগী হরাও তয়াম্বা অরাংবা অহূ থাদোক্লুনা মতোমতা কা অমদা লৈরম্মী। মহাক্কা তরংদগী অপিকপা উপু অমা লৌথোক্লম্মী। হুমিদাংরাইরম, ওইরবদা লুহোংবগী থৌরাং পুম্নমক্ লোয়রবদা ক্লাউদিয়াগী মমানা মহাক্কী মচানুপীহূ থিবা খঙদে মাঙ্থ্রে হায়রম্মী। মমাহূনা থিরম্মী অহূবু মফম, কদায়দসু ফংলমদে। মরূপ মপাংশিং য়ুম্লোম্নবশিং চঙহূনা থিমিন্নরম্মী অহূবু অরেম্বা তারম্মী। ক্লাউদিয়াগী মপা মঙ বোরোওগী আশা কায়রম্মী।

ক্লাউদিয়াগী লুনা চান্না তিন্নবী মমান্নবী অমনা ক্লাউদিয়াবু থিবদা ক্লাউদিয়াগী মোন মখাদা চিঠী অমা ফংলম্মী। মমান্নবীহূনা চিঠীহূ মঙ বোরোওদা পীরম্মী।

চিঠীহূদা ইরম্মী।

বাবা,

ঐহাক্না পামজদবা নুপাগা লুহোংহূনা লৈমিন্নগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা হেল্লা ফৈ। লুহোংবহূনা ঐগী পুন্সিদা কৈদৌঙৈদসু নুং-ঙাইনা লৈবা ঙম্লোই। অহূনা ঐগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাং অহূ নখোয়না ফংহৌরসনু। ঐগী মোংফমদা ঐনা ঐগী হুংশিজরবা

বদিল্লোবু ঙাইগনি। ইমা বাবাদা বীদায় তৌজরি, ঐনা লানখিবা পুম্বা ঙাকপীয়ু।

ক্লাউদিয়া।

মঙ বোরোঙ অমসুং মহাক্কী মরুপশিং য়ুমথুদগী থোরক্লম্মী। মখোয়না মায়কৈ খূদিংমক্তা ক্লাউদিয়ানা মশাগী পুন্সিবু মাঙহঞ্জত্রি-ঙৈগী মমাংদা ফংহৌনবা চেন্নরম্মী।

মুমিদাংব্রাইরমথুদা মঙ বোরোঙ অমসুং মহাক্কী মরুপশিংথুনা লুহোংবগী ফিজোলথু অথুমক্ শেত্তুনা শগোল গারীদা চৎলম্মী। এনসেলমোদি থৌদোকশিং অথুগী মরমদা করিমত্তা খঙলমদে অথুনা চৎলিবসি করিগীনো কদায়দনো হায়না হঙলম্মী।

"ঐখোয় ক্লাউদিয়াবু থিবা চৎলিবনি", মঙ বোরোঙনা খোঞ্জেল হৌনা হায়রম্মী। "মহাক য়ুমদগী চেনখ্রে।"

এনসেলমো মথু তাবদা মথায় নুংঙাইরমদে। মহাকসু থিবথু য়াওরম্মী। মখোয়না মুমিং তারফাও কোইথি থিরম্মী। এনসেল-মো অমসুং মাগী মীশিংনা অকিবগা লোয়ননা মখোয়বু ফংলম্মী। মখোয়না ক্লাউদিয়া অমসুং বদিল্লো কোনশিন্নথুনা শিবথু থেঙনরম্মী। অরাবগী থৌদোক অথুনা মীয়াম অথু পীতানা থরায় শোক্লা কপ্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা অশিবা মশা থেঙনরকপা মফম্ অথুদা অঙকপা মঙৎ অমা তৌরম্মী। মখোয় অনীনা শিথুনা লৈরম্বা মফম্ রোক অথু নুপা অমসুং নুপীগী মঙৎ ওন্থোরক্লম্মী। মীয়াম্না অসিগুম্বা মতৌ অসিদা ঙক্করম্মী অহবু ক্লাউদিয়া অমসুং বদিল্লোগী তমজনিং-ঙাই ওইবা খুৎমুংশি অসিদি মতম্ চুপ্পগী ওইনা নীংশিংথুনা লৈরগনি। অশেংবা মুংশিবা অনীনা পুন্না শিমিন্নখিবা রোক অথুগী মনাক্তা মখোয় অনীগী অশিবা মশা অথু ফুমজিল্লম্মী। মী কয়া-মরুম্না মফম্ অথুরাইদা য়ুম শারম্মী অমসুং মথং মথং অসুম চাউ-খৎলক্তুনা মফমথু সহর অমা ওইরক্লম্মী অমসুং মথুবু সপাং বটো হায়না কৌরম্মী। ●

# উচিগী মচা অহুম

টিব্বটকী ফুঙ্গারারী

চহী কয়াগী মমাংদা নেপালগী নিংথৌ পানবা লৈবাক্তা উচী অমা মহাক্কী মুপাগা লোয়ননা নিংথৌগী কোন্নুংদগী ইরাপ, লাপ্তনা মুংঙায়ববা মকোল অমদা লৈবম্মী।

মহাক মচা পোক্কদৌবে খঙলদুনা উচীদুনা ঈশ্বরদা মহাক্কী মচাদু যাম্না কনবা ওইহনবীয়ু হায়দুনা খুকম্লম্মী অমসুং অঙাংদু পোক্লকপা কান্দা কৈ মচা অমা ওইনা পোক্লম্মী। কৈ অদু নোংমা-নোংমগী চাউরক্লম্মী অমসুং মহাক্না নোংমা মমাদা হায়বম্মী; "ইমা, ঐহাক হৌজিক জঙ্গলদা চংলগে অমসুং ঐগী ইয়াম্বা কৈশিংদুগা লোয়ননা লৈরুরগে। অদুগা ঐগী ইত্তেং হেক পাম্লকপা মতমদা ইমানা তৌগদবদি অম্মুকপা হাবুংসিগী রাংমদা চৎলগা ঐহাক্কী শম, খুবাম, অমা নোংথক্তা হুনগৎলু অমসুং ঐহাক্কী মিং অহুম্লক কৌবীয়ু।

অসি হায়বদুনা কৈদুনা মমা উচাদুদা মহাক্কী মশম, খুবাম অমা পীরম্মী অমসুং জঙ্গলদা চৎখিবম্মী।

ইকুই কুইদনা উচীদু অমুক হন্না মচা পোক্কদৌরম্মী অমসুং মতমসিদসু মহাক্না মাগী মচাদু মশক যাম্না ফজনবা ঈশ্বর খুকম্লম্মী। অঙাংদু পোক্লকপকান্দা উচী মচাগী মতুণ্ডা রাহোং ওইনা পোক্লম্মী। রাহোংদু নোংম-নোংমগী অচৌবা ফজনবা উচেক ওইবরক্লম্মী। মহাক্না মপুঙ মবৈ ফানা চাউবকান্দা নোংমা মমাদা হায়রম্মী; "ইমা, হৌজিক্কী ঐহাক চৎপা মতম ওইবে অদুনা জঙ্গলদা ঐগী ঈচিল ঈনাওসিংগা লোয়ননা ইশাগী হিংনবা হোৎনকরগে। ইমানা

করিগুম্বা ঐগী ইতেং দৱকাৱ লৈৱক্পা মতমদা তৌৰীগদবদি চীংদোলসিদা চংগীয়ু অহুগা ঐহাক্কী ইতুসি খুবাম অমা অতিৱাদা লংথোকপীয়ু অমসুং ঐহাক্কী মীং অহুম্নক্ কৌবীয়ু। অসি হায়ৱহুনা মমা উচীদা মহাক্কী মতু খুবাম্ অমা পীৱম্মী অমসুং জঙ্গলদা পাইখিৱম্মী।

অহুম্নক্ শুবা ওইনা উচীহু অমুক্ মচা পোক্কদৌৱম্মী অমসুং মতমসিদসু মহাক্না ইশ্বৱদা মহাক্কী মচাহু অশিংবা, মৱল্ লৈবা অমসুং শক্তী লৈবা ওইনবা খুৱুম্নম্মী অমসুং মহাক্কী মচাহু পোক্লকপ-কান্দা অঙাং মুপা অমা ওইনা পোক্লম্মী। অঙাংহুনা চাউথংলক্লবদা মমাহু মহাক্কী ময়াম্বশিংদোনা মহাকসু মাগী মকোন্দু থাদোক্লুনা সংসাৱদা মাগী মশুং-মমান্নবশিংগা লৈমিন্নবা চংখিগনি হায়হুনা থল্লম্মী। মৱমহুনা মহাক্না মঙোন্দা মহাক্কী ময়াম্বা অনীহুগী ৱাৱী লিৱম্মী অমসুং মহাক্কী মীনিনা মখোয়না তৌখিবদোনা জঙ্গলদা কোইচং চংপা ঙাম্লাই অহুনা মকোন্দুদা লৈগদবনি হায়ৱম্মী। মুপা-মচাহুনা মমানা হায়ৱিবহু তৌগনি হায়না ৱাশক্লম্মী অমসুং মুংতিগী মহাক্না মকোন্দুগী মচিন্দা ফম্নহুনা শান্নৱম্মী।

লৈবাক্কুদা মীগী খুজিল অমসুং শম্ ককপা মুসল্মান অমা লৈৱম্মী। মশাগী থবক্তা য়াম্না হৈশিংবা মুপা অমা ওইনা মহাক্না নিংথৌগী কোন্নুংদা তোইনা থবক্ তৌৱম্মী অমসুং নোংমদি মহাক্না কোন্নুংলোমদা লাকপদা মহাক্না উচী মকোন্দু ফাওৱগা চংলম্মী। মফমহুদা মহাক্না মুপামচাহু লৈবাক্তা ফম্বা উৱম্মী অমসুং মনাক্তা চঙশিল্লগা মাগী মশম্ অমসুং খুজিলহু ককপা পামত্রা হঙলম্মী।

মুপামচাহুনা পাম্মী হায়না খুম্নম্মী। অহুদগী শমককপা মুপা-হুনা অঙাংহুগী মশমহু ককপদা অঙকপা অমা ওইৱম্মী মহুদি মাগী অককপা মশমশিংহু লৈবাক্তা হেক তাখিবগা শম্ খুদীংমক্ খুদক্তা ডাইমণ্ড, হীৱা, অমসুং অতৈ মণি-মুক্তাশিং ওল্লম্মী অমসুং মুপা-মচাহুগী খুজিল ককপদনা খুজিল মচেৎ খুদীং লৈবাক হেক্ য়ৌবগা

ফজরবা শংবান্নবা মমল য়াম্লবা নুং ওল্লম্মী।

অদুদগী শমককপা নুপাদু কোন্নুংদা চৎখিরম্মী অমসুং মহাক্না নিংথৌগী মশম, ককপদা মহাক্না মশম, অমসুং খুজিলনা মণি-মুক্তা ওনবা অঙকপা অঙাংদুগী মরমদা হায়রম্মী। মীহৌ চাওবা অমসুং পূকচেল শেংদবা নিংথৌদুনা মমল য়াম্লবা নুপামচাদুবু মাগী ওইনবা লেপলম্মী। অদুনা মহাক্না মাগী মীনাই খর নুপামচাদুবু কোন্নুংদা পুরক্লবা থারম্মী। নুপামচাদু থুঙলকান্দা মহাকপু নিংথৌগী মমাংদা পুরক্লম্মী অমসুং নিংথৌনা মঙোন্দা হায়রম্মী মদুদি জঙ্গলদা নিয়ম, লান্না চঙলকপা থেঙনরে অদুনা নুপামচাদুনা কোন্নুংগী সনথোঙ মরি ঙাক্লবা অচৌবা মপুঙ ফারবা কৈ মরি মঙোন্দা পীবা ঙমদ্রবদি মমাবু হাংকনি অমসুং নুপামচাদুবু মীনাই ওইনা থমগনি ঙম্লগনা নুপামচাদুদা মহাক্কী মচান্নুপী লুহোংগনি অমসুং মঙোন্দা লৈবাক তঙ্খায় অমা পীগনি।

মরাইবক থিরবা নুপামচাদু নুংঙায়তনা মমা উচীগী মনাক্তা হল্লক্লম্মী অমসুং মঙোন্দা ৱারী পুম্না লিরম্মী। উচীদুনা মঙোন্দা নুংনাংদনবা হায়রম্মী অমসুং মঙোন্দা কৈগী মশম খর পীরদুনা মহাক্না করি তৌরুগদবনো হায়বদু ফজনা তাক্লগা জঙ্গলদা থারম্মী।

নুপামচাদু জঙ্গলগী য়াম্না শুংকপা মরাইদুদা চৎলম্মী অমসুং কৈগী মতুদু নোংথক্তা হুনগংলদুনা "ইয়াম্বা কৈ! ইয়াম্বা কৈ! ইয়াম্বা কৈ! হায়না অহুম্লক কৌরম্মী।

ৱাহৈশিংদু হায়বা হেক লোইখিবগা মহাক্কী হেক নাকন্দগী তপ্না অমসুং লুম্না ঙংবা মখোল অমা তারম্মী অমসুং চাউরবা কৈ অমা অশুকপা মোংশোংদগী ময়া হিগৎলদুনা লেঙঙম শাঙমদনা থোরক্লম্মী।

"ঐ সিদা লৈরে ইনাও, নহাক করি পাম্বগে?"

কৈদুনা হায়রম্মী।

"ও ! ইয়াম্বা কৈ," নুপামচাহুনা হায়রম্মী,

"নিংথৌনা ঐঙোন্দা মহাক্কী কোন্নুংগী সনথোঙ মরি ঙাক্লবা মপুঙ্ মরৈ ফারবা কৈ মরি মঙোন্দা ঐহাক্না থুনা পীদ্রবদি ঐথোয়গী ইমা হাৎকনি অমস্যুং ঐহাকপু মীনাই ওইহনগনি হায় ।"

মহু তাবদা কৈহু হৌনা নোক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "অহুখক্করা ? মহুদি ইরাই লাইনা শিনবা ঙম্মী, ঐনা নঙোন্দা কৈ চামা ফংহনবা ঙম্‌গনি ।"

অসি হায়রহুনা মহাক্না ময়াহু কাথোক্লম্মী অমস্যুং অকিবগী মশক্ ফংনা ঙুং ঙুং খোঙলম্মী অহুদগী মিকুপ্ খরগী মনুংদা মাইকৈ খুদীংদগী কৈশিং লাক্লুনা জঙ্গল পুম্বা কৈনা পুমথন্ থল্লম্মী । মখোয় লোয়না থৌরাং তৌরকান্দা অহান্‌বগী কৈহুনা মাগী মনাওহুবু মহাক্কী মথক্তা তোঙখৎনবা হায়রম্মী অমস্যুং নুপামচাহুনা লম্বী লমজিংহুনা অতৈ কৈশিংহুনা মতুংদা মরি মরি ইন্নরগা নিংথৌগী কোন্নুংলোমদা চৎলম্মী ।

মখোয়না কোন্নুং য়ৌশিল্লক্‌পদা ময়াম ইঙক্ ঙক্লরম্মী ; মীনাইশিংনা মাইকৈ খুদিংদা চেন্নরম্মী অমস্যুং গার্ডশিংনা খুৎশু খুৎলায় থিনরম্মী । থৌদোক্তু নিংথৌদা তম্লুবদা নিংথৌহু পাখৎলম্মী তৌইগুম্বস্যুং মহাক মশাগী সিংহাসন্দা ফমহুনা নুপামচা অমস্যুং কৈশিংহুবু চঙহন্‌লক্লবা য়াথং পীরম্মী ।

অঙম-অথৌ ময়াম্‌হুগী মমাংদা নুপামচাহু কৈ মথক্তা তোঙ্লহুনা অতৈ কৈশিংহুনা মতুং ইল্লহুনা চঙলক্লম্মী ; অহুদগী সিংহাসন্দু য়োগদবা খোঙকাপ খর ৱাৎলিঙৈদা লেপ্লহুনা হায়রম্মী :—

"ইনিংথৌ, ঐহাক্না জঙ্গলদগী ফংলক্‌পা খ্বাইদগী ফরবা কৈশিং পুজরক্লে। মখোয়শিং অসিদগী অপান্বা কৈ মরিখক্ খনবিবা য়াগনি ."

নিংথৌহু তৌরিবহুদা য়াম্না ঙক্লম্মী অমস্যুং খ্বাইদগী ফজবা কৈ মরি খল্লগা অতৈশিংহু মহাক্না চৎহলখিরম্মী । তৌইগুম্বস্যুং

মহাক সনা-লুপাদমক্ খল্লম্মী অমসুং নুমিৎ খরনিগী মনুংদা মহাক্না মুপামচাহুবু অমুক্না হন্না কৌরম্মী অহুগা মঙোন্দা খুদক্তা মহাক্কী কোন্নুংগী য়ুমথক্কী সনাগী খ্বাইদগী ৱাংবা মতোন মরিহুদা তোঙহন্নবা ৱাহোং মরি পীবা ঙমদ্রবদি মহাক্কী মমা হাৎকনি অমসুং মুপামচাহুবু মীনাই ওইহনগনি হায়রম্মী।

মরাইবক্ থিরবা মুপামচাহু মহু তাবদা মথ্বায় নুংঙায়রমদে অমসুং ৱানা মমাগী মনাক্তা পাউহু পুহুনা হল্লক্লম্মী। উচী মচাহুনা মঙোন্দা নুংঙায়তবা তৌদনবা হায়রম্মী অমসুং মঙোন্দা ৱাহোংগী মতু খুবাম অমা পীরগা মহুনা কৈদৌগদগে হায়বহু তাক্লম্মী। অসুম্না মুপামচাহু চীং অৱাংবা অমগী মতোন্দা চংখিরম্মী অমসুং মতুশিংহু নোংথক্তা হুনগৎলগা মহাক্না হৌনা "ইয়াম্বা ৱাহোং, ইয়াম্বা ৱাহোং, ইয়াম্বা ৱাহোং" হায়না কৌরম্মী।

খঙহৌদনা ফদ্রৎ ফদ্রং খপ্পা মখোল অমা তারম্মী অমসুং ফজথ্রবা ৱাহোং অমা মনাক্কী উপাম্বীদগী মহাক্কী মমাংমক্তদা পাইথরক্লম্মী।

"ঐহাক লাক্লে ইনাও, নহাক ঐঙোন্দগী করি পাম্বগে?" ৱাহোংহুনা হায়রম্মী।

"ইয়াম্বা ৱাহোং," মুপামচাহুনা হায়রম্মী—"নিংথৌনা ঐহাকপু মহাক্কী কোন্নুংগী খ্বাইদগী ৱাংবা স্না তবোম্নীগী মতোন মরিদা তোঙহন্নবা ৱাহোং মরি পীবা ঙমদ্রবদি মহাক্না ঐখোয়গী ইমাবু হাৎকনি অমসুং ঐবুনা মীনাই ওইহনগনি হায়।"

"মহুগীদমক্তা করিসু খল্লুগনু," ৱাহোংহুনা হায়রম্মী, "ঐখোয় মহু ইরাই লাইনা তৌবা ঙম্মি।"

অহুদগী মহাক অৱাংবা উপাম্বী অমগী মতোন্দা অমুক্ হন্না পাইখিরম্মী অমসুং ৱাহোংশিংহু খোঞ্জেল্ হৌনা খোঙহুনা কৌরম্মী।

মিকুপমুক্তা অতিয়াহু মাইকৈ খুদীংদগী পাইরকপা ফজরবা ৱাহোংশিংনা পুম্নং লংলম্মী।

"হৌজিক ঐখোয় কোন্নুংদা চৎলসি।" হান্নগী রাহোংহুনা হায়রম্মী।

অসি হায়রহুনা খ্বাইদগী ফজরবা রাহোং মরিনা নুপামচাহুবু মখোয়গী খোঙশানা ফাজিল্লগা মখোয় পুল্লপ, উতোন-রাতোন লানহুনা নিংথৌগী কোন্নুং তম্না পাইরম্মী।

কোন্নুংগী অঙম অথৌশিংনা রাহোংশিংহু কোন্নুং তম্না লাকপা উরম্মী অমসুং মখোয়না নিংথৌদা চেন্দুনা তল্লম্মী। নিংথৌহু কোন্নুংগী মাঙ্গোলদা মহাক্কী সিংহাসন্দা ফমহুনা মখোয়শিংহু ওক্লনবা থৌরাংলম্মী।

রাহোংশিংহুনা নুপামচাহুবু নিংথৌগী সিংহাসন মমাংদা থম্লম্মী অমসুং মহাক্কী নাকন্দা মখোয়না মমৈশিংহু ফন্দোক্লহুনা পরেং লেংলম্মী।

নুপামচাহুনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ, ঐহাক্না জঙ্গলদগী ফংলকপা ফজরবা রাহোংশিং পুজরক্লে। মখোয়শিং অসিদগী অপাম্বা মরিহু খনবীবা য়ারনি।

নিংথৌহু থৌদোক্তুদা শাথিনা ঙক্লম্মী। মহাক্না নিংথিরবা রাহোং মরি থল্লম্মী অমসুং লেমহৌরিবশিংহু হলহনখিরম্মী।

তৌইগুম্বসুং নিংথৌহুদি সনা-লুপাদং লাইনিং ওইহুনা অহুম লৈরম্মী। অহুনা মহাক্না নুমিং খরনিমুক লৈরগা নুপামচাহুবু অমুক কৌরম্মী অমসুং মঙোন্দা মহাক্কী মমা উচীহু নিংথৌগী শামুগা মথক্তগা খংনহুনা শামুহু মাইথিবা পীবা ঙমদ্রবদি মমাবু হাংকনি অমসুং নুপামচাহুবু মীনাই ওইহনগনি হায়রম্মী।

মহু তাবদা নুপামচাহু মথায় য়াম্না নুংঙাইরমদে মরমদি অপিকপা উচীহুনা নিংথৌগী চাউরবা শামুহুগা থেঙ্নবদা মাইপাক্কনি হায়বসি থাজরমদে। অসুম্না মহাক য়াম্না রানা মম্নুমদা চৎলম্মী অমসুং মমাদা রারী পুম্বা তম্লম্মা। উচীহুনা মঙোন্দা করিমত্তা পাখত্নুনবা

হায়রম্মী অমস্তুং মঙোন্দা মহাক্কী মশাহু শিন-থুঙনা হু তৈশিন্নবা অহুগা মাগী মমৈদা থৌরী অশাংবা অমা কিশিন্নবা তাক্লম্মী। থুনমক্ অহুম্না তৌরবা মতুংদা নুপামচাহুনা উচীহুবু মহাক্কী ফুরিৎকী খুদাংদা য়েপশিন্দুনা কোন্নুংদা পুরক্লম্মী।

কোন্নুংগী চঙফমদা খৎনবহুগীদমক লোইনা শেম-শাহুনা লৈরম্মী। নিংথৌ অমস্তুং মহাক্কী অঙম অথৌশিংগীনা খাজিনবা অহুগী রাংমদা ফমফম্ শেম্লম্মী। অহুগা মাইকৈ খুদীংমক্ কুম্মৈহু য়েংবা লাক্পা মী লিশিং লিশিংনা পীক্ থল্লম্মী।

নাকল অমদা নিংথৌগী চাউরবা শামুহু মখোঙদা য়োৎহ্লিং থাংহুনা লেপ্লম্মী অমস্তুং নুপামচাহুনা শাওরবা শামুহুগা মায়োক্নহুনা এরেনাগী অতোপ্পা মাইকৈ অমদা উচীহুগা লোয়ননা লেপ্লম্মী।

খৎনবহু হৌনবা খঙহল্লক্পদগী শামুহুগী য়োৎহ্লিংহু লৌথোক-লম্মী অমস্তুং নুপামচাহুনা লেপ্লিবা মাইকৈরোমদা শাওনা ঙংলহুনা চেনশিল্লম্মী। নোংযক্তা মনাতোন্দু রাংনা থাঙ্গৎলহুনা শামুহু চেনশিল্লক্পদা উচী মচাহুস্তু শামুহুগা থেঙ্ননবা লৈবাক্তা চোঙ-থরম্মী। শামুহুনা অপিকপা জীবহু উরম্মী অমস্তুং উরিবহু করিনো হায়হুনা য়েংনবা মিকুপমুক্ লেপ্লম্মী। অহুদগী উচীহুনা মহাক্কী মখোঙদা ফল লাওনা চোঙশিল্লম্মী। শামুহুনা মঙোন্দা চোঙ-শিল্লক্নীবহু করিনো হায়হুনা মনাতোন্দু খুদক্তা নোম্হরম্মী অমস্তুং মীৎনা কুপ্পদা উচীহু শামুগী মনাতোন অহোবহুদা চোঙশিনখিরম্মী অহুগা মকোক য়ৌদ্রিফাওবা মাগী ঙনজবী থাহুনা থুনা য়াঙনা চঙ-খিরম্মী। শামুহুগী থোপ মন্নুং হেক য়ৌবগা কোইচেন চেন্দুনা চাউরবা শামুহুগী থোপ্তু লোয়না থুঙনবা হু চাইশিল্লম্মী।

করি তৌরবগে হায়বহু খঙদনা শামুহু মনাতোন্দুনা লাম্বা ফংবম্নখৈ থুগায় য়াইখায়হুনা শাওনা ঙংলহুনা খাজিল্লবা লম্পাক্লগী অকোয়বদা চেল্লম্মী। অহুবু শামুহু হুহুনা মরম ওইহুনা লৈবাক্তা

শিৱহুনা তাৱম্মী। অহুদগী মুপামচাহুনা উচীহুগী মমৈদা কিৱিবা থৌৱীহু শামুহুগী মনাতোন্দগী মপান্দা থোৱক্রিফাওবা চিংলম্মী।

নিংথৌহু মুপামচাহুদা মহাক্কী ৱাশক্ ঙাকপদা অমুক চিংনবা পোক্লমদে; মৱম্ অহুনা মহাক্না মহাক্কী মচামুপীহুবু মুপামচাহুদা লুহোংলম্মী অমসুং মহাক্কী লৈবাক তঙ্খায় অমা মঙোন্দা পীৱম্মী। নিংথৌহুনা শিৱবা তুংদা মুপামচাহুনা মাগী মহুৎ শিল্লম্মী অমসুং মুপামচাহু মহাক্কী মমাগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈখিৱম্মী। ●

# সুলটান্না হুরানুবদা মায়ওনশিল্লকপা

মালয়সিয়াগী ফুঙ্গারারী

মতম্ কুইরবগী মমাংদা যুবরাজ অমা লৈরম্মী। মপা শিরবা তুংদা মাবু সুলটান হাপ্লম্মী। লুহুপ্ হেক উপখিবা তুংদগী সুলটান্দু দরবার শঙদা কৈদৌঙৈদসু চৎলমদে। মরম্ অহুনা থবক্ থৌরম্ পুম্বা মন্ত্রিশিং অমসুং মিলিটরি ওফিসারশিংনা পাঙথোক্লম্মী।

লৈবাক্কী মরমদা সুলটান্দুনা থৌশাদবহুদা মন্ত্রিশিংহু নুংঙায়রমদে। নোংমা মুখ্য মন্ত্রিনা মাগী য়ুমদা মন্ত্রিশিং অমসুং মিলিটরি ওফিসার লোইনমক্ কৌরগা মখোয়গী লৈঙাক নিংথৌনা দরবার শঙদা লাক্তবহুদা লৈবাক্তু করি থোক্কদগে অমসুং মমিংতা ওইনা লৈরবা সুলটান মীচম্ প্রজানা উবা ফংদবহুগী মতাংদা মখোয় ময়ামদগী অশেংবা মত হঙলম্মী।

মুখ্য মন্ত্রিগী রাহুদা আর্মী কম্মাণ্ডীং ওফিসারনা মরুওইবা ওফিসার লোইনমক্ বার্ত্তান তৌরগা কৌহুনা মিটিং তৌনবা অমসুং মশাগী মথৌদা থৌশাদ্রবা সুলটান্দুবু খুভম্ লৌথোক্কবা অহুগা মাগী মহুত্তা মুখ্য মন্ত্রিনা ওইনবা,খন্নবা য়াই হায়হুনা হায়রম্মী।

অসুন্না খন্নবহু অরাকপখৈহু য়ানহুনা মুখ্য মন্ত্রিনা মন্ত্রিশিং অমসুং মরুওইবা ওফিসার লোইনমক্তা পাউ থারম্মী।

হায়নখিবা নুমিত্তা মুখ্য মন্ত্রিগী ময়ুমদা মিটিং তৌহুনা সুলটান্দু মফম্ লৌথোক্কবগী মরমদা খন্নরম্মী। অহুবু মখোয় রারেপ্পবা ঙমদবদগী নুমিদাং খুদীং মিটিং তৌরম্মী। মিটিং খুদীংগী খন্নবহু ইশিল্লম্মী অহুবু রারেপ্তুদি মথংগী মিটিংফাও য়ৈথোক্লম্মী।

কোনুংগী মপান অমুক্তা থোক্তবা সুলটান্দু নোংমা নুংখিল

অমদা কোন্নুং মন্নুংদা খোঞ্জেল অমা তারম্মী। খোঞ্জেলতুনা "জ্ঞান, জ্ঞান, জ্ঞান" হায়বতু তারম্মী।

মখোন্দু তাবদগী সুলটান্না মীনাইনুপী অমা কৌশিন্দুনা জ্ঞান য়োল্লিবা নুপাতু কৌশিল্লকুউ হায়রম্মী।

মীনাইনুপীতু সুলটানগী কা থাদোক্তুনা কোন্নুংগী থোঙ্গালদা চংখিরম্মী। মফমতুদা মানা লীচৈদা ঙাতুনা চৎপা য়াম্না অহল্ ওইরবা নিপা অমা উরম্মী। মাগী মশম্ অমম্নুং মকোইছু পুমঙৌ ঙৌরম্মী। মীনাইনুপীতুনা অহলতুদা সুলটান্না কৌরি চানবীতুনা চঙবীরকুউ হায়রম্মী।

অহল ওইরবা নিপাতু চিংনদনা কোন্নুংদা চঙলক্তুনা সুলটানগী কাদা চঙলক্লম্মী। ইকাই খুম্নবা উৎলতুনা অহলতুনা হায়রম্মী—"ঙাকপীগনি সনাইবুংঙো, চানবীতুনা করিগীদমক্ ঐবু কৌবা মীন ই-নুপী থাবীরক্লিবনো হায়বীয়ু।"

সুলটান্না হায়রম্মী" ও, অহল, নঙনা য়োল্লিবতু করিনো ঐঙোন্দা হায়য়ু?"

"ঙাকপীগনি সনাইবুংঙো, ঐদি জ্ঞান য়োঞ্জবনি," অহলতুনা পাউখুম্ পীরক্লম্মী।

"করম্বা মখলগী জ্ঞাননো নঙনা য়োল্লিবদি?" সুলটান্না হঙলম্মী।

"ঙাকপীগনি সনাইবুংঙো, ঐনা য়োঞ্জরিবা জ্ঞানশিংতুদি;

তুম্বদগীদি হৌগৎপনা ফৈ,

হৌগৎপদগীদি লেপ্পনা ফৈ,

লেপ্পদগীদি চৎপনা হেন্না ফৈ" হায়বসিনি।

সুলটান্না হঙলম্মী, "মসিগী মমলদি কয়ানো?"

"ঙাকপীগনিদো সনাইবুংঙো— মমলদি সেন্ট অমথক্তনি," অহলতুনা পাউখুম পীরম্মী।

স্থলটান্না অহলতুদা মানা হায়রিবা পৈশাদু পীরম্মী। অহলতু পৈশা পুদুনা কাদগী মপাল থোক্নুনা চৎখিরম্মী।

অহীং য়োংয়াইদা স্থলটান্না অহলতুদগী তম্বতু ঔরাইরম্মী অমস্থং হৌগত্নুনা মফি অমনবা পুথোক্নুনা শেৎচিল্লম্মী। শেম-শাবা লোই-রহুনা স্থলটান্দু কোম্নুংগী শুমাংদা অদুদগী কোম্নুংগী অকোয়বা মপান্দা থোকখিরম্মী।

মপান্দা স্থলটান্দু অমম্বা মরক্তা চৎলম্মী। অদুদগী খরা চৎলবা মতুংদা অমম্বা মরক্নুদা ফিমু শেৎপা নুপা অহুমথক্ মাগী মমাংদা চৎপা উরম্মী। স্থলটান্না উগী মরুমদা মশা লোৎলদুনা মখোয়না ঙাঙনরিবদু তারম্মী।

হুরানবা নুপা মখোয় অহুমদু পোৎ হুরানবগী মরমদা ঙাঙন-রম্মী। স্থলটান্না মখোয় অহুমদু কনানো খঙলদুনা লোক খুরম্মী—অমস্থং হায়রম্মী ;

"অনীনা অমদগী হেন্না ফৈ,
অহুম্না অনীদগী হেন্না ফৈ,
মরিনা অহুমদগী হেন্না ফৈ।"

স্থলটান্না হায়রিবদু তারদুনা হুরানবশিংদু লেপ্লম্মী। হুরানবা লুচিং-বদুনা হায়রম্মী— "হৌজিক ঐখোয় অহুমনি লৈরিবসি। মরিশুব-দুদি কনানো ?"

স্থলটান্না মাগী লোৎফমদগী থোক্লদুনা হায়রম্মী—"ঐহাক মরিশুবা নুপানি। ঐনা পূকচেল শেংনা নখোয় অহুম্না তৌরিবদু তৌনবা য়াশক্লি।"

লুচিংবদুনা হায়রম্মী, "ফরে, নঙস্থ ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওবা য়ারে মাঙদা থোরক্লো।"

স্থলটান্না হরাওনা চঙশিল্লম্মী অমস্থং মখোয়গী মনাক য়োর-কান্দা মখোয়গী থবকশিংদু পূকচেল শেংনা মঙোন্দা করিনো হায়য়ু হায়রম্মী।

লুচিংবহুনা হায়রম্মী, "ঐখোয় হুরানবা ঙাক্তনি। ঐখোয়না হুরান লক্ইবসি মতম য়াম্না কুইরে অহুবু ঐখোয় লনথুম য়াম্না ফংদে। নঙ হৌজিক করি খল্লি হায়য়ু।"

"ঐখোয় মুখ্য মন্ত্রি নত্রগা অতৈ মন্ত্রিশিংগী য়ুমদগী হুরাল্লবদি ফগনি খল্লি। অদুগা মুখ্য মন্ত্রিগীদদি লন-থুম মরাং কায়না লৈরমগনি" সুলটান্না পাউখুম্ পীরম্মী।

লুচিংবহুনা হায়রম্মী, "ফরে, নঙনা মহুনা ফৈ খল্লবদি ঐখোয় মুখ্য মন্ত্রিদগী হুরাল্লুরসি। ময়ুমহু ঐখোয়দা তাকউ।"

সুলটান্না হায়রম্মী "ফরে। অদুবু ঐখোয়না হুরানবহু হৌদ্রিভৈগী মমাংদা ঐখোয় মশেল মাগী মাগী অঙম্বা শক্তিহু খঙ্নসি। ঐখোয়গী থোইদোকপা বুদ্ধি লৌশিং লৈত্রবদি মুখ্য মন্ত্রিগী য়ুমদা চঙবা ঙম্মি থাজদে।"

লুচিংবহুনা হায়রম্মী, "মীশিংহু হোগৎলবদি ঐ মখোয়বু তুমহনবা ঙম্মি।"

অনীশুবা হুরানবহুনা হায়রম্মী "ঐ শো লোনবা থোঙ হাঙবা ঙম্মী।"

"হূইনা খোঙলক্লবদি ঐ থাম্বা ঙম্মী," অহুমশুবা হুরানবহুনা হায়রম্মী।

অদুদগী লুচিংবহুনা সুলটান্দা হঙলম্মী, "নঙদি করি ঙম্মি হায়য়ু।"

"ঐ অশিবা মী হিংগৎহনবা ঙম্মী," সুলটান্না পাউখুম্ পীরম্মী।

লুচিংবহুনা হায়রম্মী, "ফরে অহদি ঐখোয় মুখ্য মন্ত্রিগী য়ুমদা চংঙসি।"

হুরানবশিংহু করিমত্তা য়েৎনদনা সুলটান্না লুচিংহুনা মুখ্য মন্ত্রিগী য়ুমদা চঙশিল্লম্মী। মখোয়না য়ুমহু নকশিলকান্দা য়ুমহু থাওমৈ পুমঙান্ ঙান্না থানবা উরম্মী। মুমিত্তুদা সুলটানবু খুভম্

নৌথোক্লবা রাতান্নবগী অবোইনা মিচি তৌবম্মী। মখোয় অমত্রা ওইনা সুলটানবু মফম লৌথোক্লবা বাবেপ তারম্মী অমসুং লাণ্ড-থোক্লবা শেম শাবম্মী।

মুখ্য মন্ত্রিগী মযুমগী মীশিংগী তুমনবহুদা সুলটান্না মাগী অনৌবা লোযনবশিংহুদ হায়বম্মী,

"হৌজিক মতম লাক্লে মী চমহনবা ঙম্মা হায়বা নুপাহু মাগী মথৌ পাঙথোক্লো, এখোয় থেঙথববোইসি।"

লুচিংবহুন মহাক্কী মিত্রংগী শক্তিহু পাঙথোক্লম্মী অমসুং ইখঙ খঙহৌদনা মুখ্য মন্ত্রিগী মযুমগী মীশিংহু লাইনা তুমখিবম্ম।

মী লায়না তুম্নথবদা হুবানবশিংহু যুমলোমদা চঙশিনবদা মখোয়না থোঙ্গালহু লোনবা থেঙনবম্মী। লুচি বহুনা মাগী লায়-নবহু শো হাঙহন্নবা কৌবম্মী। নুপাহু থোঙ্গালহুদা চঙলম্মী অমসুং মহাক্কী মিত্রংগী শক্তিহু পাঙথোক্লম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা থোঙ্গালহু মথক্তা হাঙদোকচবম্মী।

শকখঙদবা মী মবিহু মাগী মপুগী যুমদা চঙলক্পহু উবদা হূইহু মাঙদা চেনশিল্লকুনা খোঙনম্মী। মতমহুদা অহুমশুবা হুবান-বহুনা মাগী মিত্রংগী শক্তি পাঙথোক্লম্মী অমসুং খঙহৌদনা হূইহু খোঙবা লেপ্লম্মী।

থিন্থদনা হুবানবশিংহু মুখ্য মন্ত্রিগী মযুমগী চঙলম্মী। যুম মনুং হেক যৌবগ সুলটান্দুনা হুবানবা অহুমদা যুমগী কাশিংদা চঙহুনা মখোয়না হেক পাম্বিনমখৈ লৌনবা হায়বম্মী হুবানবশিংহুনা হায়বিবহু তৌরম্মী।

হুবানবা অহুমহুনা মহাকপু থাদোক্লম্নবদা সুলটান্দু মুখ্য মন্ত্রিগী টেবলদা চায়থায়বিবা চিঠিশিংহু পাবদা মথৌ চিল্লম্মী। মখোয়শিং-হুগী মরক্তা মুখ্য মন্ত্রিনা সতি তৌবা অমসুং অঙম্বা খবনা শাক্তি ওইবা হৌনখঙদবা চিঠি অম থেঙ্নরম্মী। সুলটান্নামহু নৌশিল্লগা ফুবিংথাওদা হাপ চিল্লম্মী।

## পৃথিবীগী ফুঙ্গারারী খরা

ঙহাক লৈরবা তুংদা হুরানবশিংহু মমল য়াম্লবা সনা-লুপা পীক থন্না য়াওবা উপুশিং পূহুনা মপান থোরক্লম্মী। মখোয়না সুলটানবু য়ুমগী মাঙ্গোলদা থেঙ্নরম্মী। অদুদগী মখোয় মন্নি য়ুমহু থাদোক্লম্মী।

হুরানবা লুচিংবহুনা লুচিংলহুনা হুরানবশিংহু মখোয়গী লোৎফম্ অহাঙবা থাঙপোকশঙ অমদা লাক্লম্মী অমসুং মফমহুদা লেপ্লম্মী। মফমহুদা সুলটান্না হায়রম্মী, "ঐগী নুংশিরবা মরুপশিং, ঐ নখোয়বু মফমসিদা থনম্লগে। ঐনা চল্লিবৈগী মমাংদা ঐখোয় মশেল খঙ্নবা ঙম্নবা করি খুদম্ থম্লগদগে হায়বহু ঐঙোন্দা হায়য়ু।"

রাখল্ অমত্তা পুথোক্লরমদে। অহুনা সুলটান্না মাগী ফুরিৎ-খাওদগী য়েন মতু মরিথক্ লৌথোক্লম্মী। অহুদগী মানা হায়রম্মী, "ঐগী য়েন মতু মরিসি লৈ। মসি ঐখোয় অমমম্ লৌনরগা ঐখোয়গী কোকয়েত্তা থেংনসি। সুম্মাইনা তৌরবদি ঐখোয় মশেল অমনা অমবু খঙবা ঙম্নরনি।"

হুরানবা অহুমহু য়েন মতুহু অমমন্ লৌনরম্মী অমসুং মখোয় লোইনা মতুহু কোকয়েত্তা থেংনরম্মী।

লুচিংবহুনা হুরানপোতু শরুক্ মরি থোক্না খায়দোক্লম্মী। অহু-দগী মানা সুলটান্দা হায়রম্মী, "নুংশিরবা মরুপ্ মুখ্য মন্ত্রিগী য়ুমদগী হুরাম্লবা পোৎসি নঙগী শরুক্ লৌখিবা ফৈ।"

সুলটান্না হায়রম্মী "ঐগী শরুক্ থুঙবহু লৌরো অমসুং নখোয় মশেল য়েন্নরো। ঐ মহু করিস্নু পামদে। হৌজিক ঐহাক চৎলগে।"

সুলটান্না মাগী কনিস্নু লৌদনা চৎখিবহুদা হুরানবশিংহু মখোয়গী অনৌবা মরুপ্তু করম্না মীতানো হায়হুনা ঙক্লরম্মী। লুচিং-বহুনা হায়রম্মী, "ঐখোয়গী অনৌবা মরুপকী মওং-মতৌসি উবদা ঐহাক তশেংনা ঙকই। হুরানপোৎসিদগী মহাক করিস্নু পামদে। মহাক ঐখোয়গী ইতেং পাঙলম্বদনি। লাইবক্ ফবনা ঐখোয়গী

ইরক্তা কনাগ্নু শিদ্রে নত্রবদি ঐখোয় মহাক্কী অশিবা হিংগৎহনবা ঙম্বা শক্তিতু খঙলম্‌গদবনি। অহুমওইনমক্ ঐখোয় মহাকপু অমুক হন্না উন্নখিগনি হায়না খনসি।”

অহুগী তুংদা লুচিংবহুনা স্মুলটানগী শরুক্তু মখোয় অহুম, অমুক য়েন্নরম্মী। মখোয় মখোয়গী শরুক ফংনরহুনা হুরানবা অহুমহু পুমপেন পেন্দুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিরম্মী।

মফম্ লৌথোক্লগদবা স্মুলটান্দু কোম্নুং চঙলক্লম্মী অমস্মুং মাগী অমন্‌বা ফিজোলহু লৌথোক্লম্মী। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরহুনা ইরুজরম্মী অমস্মুং চরা রাল্লম্মী, অহুগী তুংদা হৌগত্তুনা মাগী ওফিসকী ফিজোল শেৎচিল্লম্মী। অহুদগী স্মুলটান্দু দরবার শঙদা লাক্লম্মী। মহাক্না থুঙ্‌লবহু মফমহুদা হান্না লৈরম্বা মন্ত্রিশিং, মিলি-টরি ওফিসারশিং অমস্মুং অতৈ অঙম অথৌশিংনা হৌনবী মতুং ইন্না নিংথৌবু তরাম্না ওক্লম্মী।

স্মুলটান্না মাগী সিংহাসন্দা ফম্লম্মী অমস্মুং লাওথোক্লম্মী, “ঐগী মুখ্য মন্ত্রি অমস্মুং মিলিটরি ওফিসারশিং, ঐখোয়গী লৈবাকসিবু কমদৌরিবগে? শান্তি ওইনা ফজনা চেকশিন্না লৈরিবরা নত্রগা ওন্ন-তৈনবদা খুদোংথিনীংঙাই ওইরব্রা?”

মুখ্য মন্ত্রিনা ইকাই খুম্নবা উত্তুনা মঙক্ নোল্লম্মী অমস্মুং হায়-রম্মী, “ঙাকপীগনি সনাইবুংঙো, লৈবাকসি য়াম্না শান্তি ওইনা লৈরি, মন্ত্রিশিং অমস্মুং মিলিটরি ওফিসারশিংনা ফজনা হোৎনরি।”

মুখ্য মন্ত্রিদগী মরোলহু খঙ্‌লবা তুংদা স্মুলটান্না হায়রম্মী, “নখোয়বু থাগৎলি। অহুম ওইনম্‌ক ঐখোয়গী লৈবাকসি অশিংবা হুরানবা অহুমখক্না হুরান্দুনা লৈরে হায়বসি ঐগী মুখ্য মন্ত্রি, মন্ত্রিশিং অমস্মুং মিলিটরি ওফিসারশিংদা খঙহন্নীংই। ঐহাক মখোয় অহুম-হুবু মশক্ খঙবা ঙম্মী। মরম অহুনা লৈবাকসিদা লৈরিবা মী লোইনমক্ কৌরকুউ। অহুম্না তৌরবদি ঐহাক মখোয় অহুমহুবু

খন্দোকপা ঙমগনি। হায়রিবা হুরানবশিংসি বীচার তৌদ্রবদি প্রজাশিংনা কৈদৌঙৈদসু অশেংবা শান্তি ফংবা ঙম্নরোই অমসুং ঐখোয়গী লৈবাকসিগী চাউখৎপা য়াইফবা লোইনা মাঙলগনি।"

সুলটানগী য়াথং তাবদা মুখ্য মন্ত্রিদু ঙক নোল্লম্মী অমসুং নিংথৌগী য়াথংদু পাঙথোক্নবা দরবার শঙ্দু থাদোক্লম্মী।

দরবার শঙ্দগী মপাল হেক য়ৌবগা মুখ্য মন্ত্রিনা পাউচেনবশিংদা মীশিংদুবু লাক্নবা হায়রুনবা য়াথং পীরম্মী। পাউচেনবদুনা লৈবাক্কী মাইকৈ খুদীংদা সুলটান্না মখোয়বু উন্নবা পাম্মী হায়দুনা মীশিংদা হায়বা চৎলম্মী।

সুলটানগী য়াথং তাবদা অহল, অঙাং, অচৌ-অপীক লোইনমক্ কোন্নুংদা লাক্লম্মী। মখোয়না মাঙদা চঙশিল্লকুনা দরবার শঙগী মমাংদা লেপ্লম্মী। সুলটান্না সিংহাসন্দা ফম্বদু উরদুনা মীয়ামদুনা মখোয়গী ইকায়খুম্নবদু উৎলম্মী।

সুলটান্না কোয়না য়েংলম্মী অমসুং মীয়ামদুগী মরক্তা য়েন্দু থেংপা মখোয় অনীথক্তং লাকপা থেঙনরম্মী। হুরানবা লুচিংবদুদি লাক্লমদে। লুচিংবদু লাক্তবদুদা সুলটান্না হায়রম্মী, "ঐগী মুখ্য মন্ত্রি, মী লোইনমক্ লাক্লবরা হায়য়ু?"

"ঙাকপীগনি ইনিংথৌ, লোইনমক্ লাক্লে।" মুখ্য মন্ত্রিনা খুম্নম্মী।

মুখ্য মন্ত্রিগী পাউখুমদু তাবদা সুলটান্না হায়রম্মী, "মুখ্য মন্ত্রী, মী অমদি লাক্ত্রি, মহাকপু ..কৌরকউ।"

মুখ্য মন্ত্রিনা হঙ্গৎলম্মী, "ঙাকপীগনি ইনিংথৌ, মতাংসিদদি ঐহাক ইশামক চত্তুনা হুপাদুবু থিকরগে।"

অদুদগী মুখ্য মন্ত্রিদু মিলিটরি ওফিসার খর লোয়নদুনা দরবার শঙদু থাদোক্লম্মী। মখোয়না সুলটান্না হায়রিবা হুপাদু থিরম্মী। ইকুই কুইদনা কাংবুদুনা হুরানবা লুচিংবদু কোন্নুং মাইকৈরোমদা

লাকপা থেঙ্নরম্মী। নুপাহু মুখ্য মন্ত্রিগা লোয়ননা দরবার শঙদা লাক্লম্মী। মফমহুদা মহাক অতৈ মীশিংহুগা লোয়ননা লেপ্লম্মী।

সুলটান্না হুরানবা অহুম্মক্ লোইনা লাক্লে খঙলকান্দা হায়-রম্মী, "মুখ্য মন্ত্রি অমসুং মিলিটরি কম্মাণ্ডর, কোকয়েত্তা য়েন মহু থেংপা নুপা অহুমহু ফাও। মখোয়শিংহু লাক্লবা ঙমদবা হুরানবা ঙাক্কনি।" পন্থদনা মিলিটরি কম্মাণ্ডরনা হুরানবা অহুমহুবু ফারম্মী।

হুরানবা অহুমহু ফাহুনা মখোয়গী মথুংশিংহু মতুংদা হেক পুন-শিনবগা সুলটান্না হায়রম্মী, "ফাঁসি তৌবা নুপা, হুরানবা অহুমসি ফাঁসি তৌফমদা পুখ্রো অমসুং মখোয়বু শিন্দ্রিফাওবা য়াল্লু।"

মখোয়বু পুন্দ্রিঙৈগী মমাংদা মখোয়গী লুচিংবহুনা হায়রম্মী, "ফাঁসি তৌবা নুপা, হৌজিক ঐখোয়বু পৃথিনু মরমদি মরিগুবা হুরানবহু হৌজিক ফাওবা য়োরক্লি। মরম্ অহুনা মহাকপু ঙাইথিসি।"

হুরানবা লুচিংবনা হায়রিবহু সুলটান্না তারম্মী। মহাক্না খুদক্তা ফুরিংখাওদগী য়েন মহুহু লৌথোক্লম্মী অমসুং মহু মহাক্কী কোকয়েত্তা থেংচিল্লম্মী হুরানবশিংহুনা মহু উরম্মী অমসুং অহীং-হুগী মখোয়গী মরুপতু সুলটান মশামক্তি হায়বা খঙলম্মী।

"হৌজিক্ ঐখোয় কল্লে," লুচিংবহুনা হায়রম্মী। "সুলটান্না ঐখোয়দা অশিবা মী হিংগংহনবা ঙম্মী হায়খিবনি।"

লুচিংবহুনা ফাঁসি তৌবা নুপাহুদা ওনশিল্লম্মী "হৌজিক নহাক্ সুলটানগী য়াথং পাঙথোক্পনা ফরনি।" ফাঁসি তৌবা নুপাহুনা হুরানবা অহুমহুবু ঙাকশেল্লম্মী। মখোয়বু মিলিটরি ওফিসারশিংনা মতুং ইল্লম্মী।

সুলটানগী ঙাকশেনবা নুপাহু (বোদি গার্ড) দরবার শঙহু থাদোক্লম্মী অহুগা শগোল তোংখৎলম্মী। মাগী শগোলহু হেক

ঙম্বমথৈ য়াঙনা থৌরম্মী। ঙাক্শেনবা নুপাহুনা মীহাৎপগী ফম-থক্তুদা ফাঁসি তৌবা নুপা অমসুং হুরানবা অহুম্ অদু য়ৌরক্পদা ঙাইরি হায়বা উরম্মী। ফাঁসি তৌবা নুপাদু সুলটানগী ঙাকশেন্-বহুনা অসুক্কী মতিক থুনা লাকপদুদা ঙক্লম্মী। মহাক্না মখোয় ইন্নরক্লিবদু করিগীনো হঙলম্মী। ঙাকশেন্বহুনা সুলটানগী য়াথংদু ফাঁসি তৌবা নুপাদুদা খঙহল্লম্মী।

সুলটানগী য়াথং ফংবদা ফাঁসি তৌবা নুপাদু হুরানবশিংগী মথুং পুন্বা থৌরীদু পুনশিন্নরম্মী অমসুং মখোয়বু কোন্নুংদা ঙাকশেন্দুনা পুরক্লম্মী।

হুরানবা অহুমহুনা দরবার শঙগী মমাং য়ৌরক্পদা সুলটান্না মখোয়দা হায়রম্মী, "ঐগী থাজরবা মরুপ অহুম, হৌজিক মুখ্য মন্ত্রিদু ক্কারো অমসুং নখোয়বু হৌজিক থারুবা মীহাংফমদুদা পুরো। মফমদুদা মহাকপু হাংলু অমসুং মহাক্কী মশাদু মকক্ মকক্ কক্থংলু। অকক্পা মশাদুদা মহাক্কী ঈদু তৈশিল্লগা লৈবাক্কী কাচিন-কোয়া থৃদীংদা হুন্দোক্লুচো।

হুরানবা অহুমহু সুলটানগী য়াথংদু পাঙথোক্লম্মী। মুখ্য মন্ত্রিদু হাৎলগা মাগী মশাদু মকক্ মকক্ কক্লম্মী অদুগা হুরানবা অহুমহুনা সুলটানগী অনীংবদু পাঙথোক্লম্মী অমসুং কোন্নুংদা হল্লক্লম্মী।

সুলটান্না হায়রম্মী, "ঐগী মন্ত্রিশিং, মিলিটরি ওফিসারশিং, চিফশিং অমসুং ঐগী নুংশিরবা অঙম্বশিং। ঐহাক্না মখোয় অহুম-সিদা মুখ্য মন্ত্রিবু হাৎনবা য়াথং পীবনি মরমদি মহাক নিয়ম চুমদে অমসুং ঐহাকপু ফম্ লৌথোক্নবা লৌভুনবা থেঙ্নরম্মী। মহাক্কী সহি য়াওবা চিঠি হৌজিক ঐঙোন্দা লৈ। মথাতাবদা মহাক য়ান্না পুক্চেল শেংদবা হৌথিবা অহীংদা হুরানবমা মহাক মণাগী ময়ুমদগী লোইনা হুরানগ্রবস্নু লৈবাকসি মাগী থৌরাং মখাদা শান্তি ওইরি হায়না নুপানি। মরম অহনা অসিগুম্বা নুপা অমবু ঐখোয়গী মুখ্য

মন্ত্রিনি হায়দুনা ঐখোয়না করম্না থাজবা ঙমগদৌরিবনো ? অরানবা মীনম্বা অমবু সুম্ হীংহন্দুনা। লৈববুদি মহাক শিখিবনা হেন্না ফৈ হায়না ঐনা খল্লি। ঐগী ইথক থোংবশিং অমসুং অঙম্বশিংদা পূকচেল শেংদবা, অরানবা তৌবা অমসুং সুলটানগী মায়োক্তা ব্যবহার কায়বা কৈদৌঙৈদসু তৌদনবা পাউতাক পীবগী খুদোংচাবসি ঐনা লৌজরি। অল্লাহনা কৈদৌঙৈদসু অসিগুম্বা মওংসি ঙাকপীবা ঙম্লোই। অতুনা ঙসিদগী হৌনা শিগ্রবা মুখ্য মন্ত্রিদুগী মহুত্তা হুরানবা লুচিংবসিনা ওইরগনি অমসুং মহাক্কী লোয়নবা অনীসিনা ঐহাক ইশাগী ঙাক-শেনবা (পর্সোনেল বোদিগার্ড) ওইরগনি।

মহাক্কী য়াথংসি পীরবা তুংদা সুলটান্দু দরবার শঙ থাদোক-খিরম্মী। মীশিংদু মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নরম্মী। নুংথিলহুমক্তদা সুলটান্না মহাক্কী মরুপ অহুমদু কোন্নুংদা লৈনবা হায়রম্মী। নুমিত্তুদগী হৌনা লৈবাক্তু শান্তি লৈরম্মী অমসুং প্রজাশিংদু নুংঙায়না লৈরম্মী। ●

## উনশাগী লায়না নারবী নিংথৌ মচানুপী

### ইন্দোনেসিয়াগী ফুঙ্গারারী

মমাংঙৈদা লুরুল হায়রিবা লমসিদা য়াম্না শিংবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মহাকসি মাগী প্রজাশিংনা য়াম্না নুংশিরম্মী।

হীরম খুদীংমক্তা অফবা ঙাক্তা ওইরবসু অরাবা অমদি লৈরম্মী। নিংথৌগী মচানুপী অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা উনশাগী লায়নানা নারম্মী। মীওই কয়ামরুম্ কোনুংদা লাকুনা মাগী অনাবহু ফননবা লায়েংলম্মী। হৈর হৈরবা নুপা নুপী কয়ানা মাগী মাগী হৈজবা মওংদা লায়েংলবসু কনামত্তনা মাগী অনাবহু ফহনবা ঙম্মদে। নিংথৌ মচানুপীগী ফজরবা মমায় অহু অঙাংবা কেক্কুম্না পাকথোরক্পহু নোংম নোংমগী হেক্তিল্লক্লম্মী।

নিংথৌ অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী মীশিংনা নিংথৌ মচানুপীহুনা চাউখৎলক্পা খুদীংগী মাগী অনাবা অহু পাক্‌থোক্পা হেনগৎলক্পহু উরগা হেন্না নুংশা থিরম্মী। মখোয়দা নত্তনা প্রজাশিংসু রারম্মী। অসিগুম্বা অনাবা অসিনা মখোয়দা শন্দোরক্লবদি কমদৌগদগে? মখোয়না অসিগুম্বা খুদোংথিবা অসিদগী কমদৌনা নাম্থোক্কদগে খল্লম্মী। অহুবু মখোয়না নিংথৌ মচানুপীহুবু হাৎপা হায়বহুদি ওই-থোক্লমদে। চংনবীগী মতুংইন্না নিংথৌগী ঈ অমবু হাংতোকপা নত্রগা থাদোকপা হায়বগী অয়াবা য়াথংসু লৈরমদে।

মমৈথংদা মখোয়না (প্রজাশিংনা) নিংথৌ মচানুপীহুবু তুরেলদা লংথোকপা হায়না লেপ্লম্মী। মহুদা করিগুম্বা নিংথৌনা য়াদ্রবদি নিংথৌ মচানুপীবু মখোয়গী লৈবাক্তগী তাম্থোকুনা তোঙান্না লৈননবা হোৎনরম্মী।

নিংথৌনা মাগী প্রজাশিংনা পোথাফম্ খঙ্দনা হুংনাংলিবহু খঙলম্মী মরম্ অহুনা মহাক্কী মন্ত্রিনা মাগী মমাংদা লেপ্লহুনা হায়ৱিবহু কৱিমত্তা ঙক্লা থোক্লমদে ঃ

ইনিংথৌ, ইনিংথৌনা স্বপ্নগী য়েৰুম, অমথক্তুংগা নত্ৰগা য়েৰুম ময়ামগা কৱম্বনা হেন্না পাম্বগে ?

নিংথৌনা মন্ত্রিগী মহুংদা ফুম্লগা ঙাঙলিবা ৱাঙাংহু খঙ্লহুনা হায়ৱম্মী— "ঐহাক্তি য়েৰুম ময়াম অহুনা হেন্না পাম্মী।"

মহু তাবদগী মন্ত্রিহুনা অচৌবা পোঙ্ অমা শাননবা অমসুং মহুদা খুজু খুংলায় অমদি চহী চুপ্পা চাননবা চিঞ্জাক হাপ্পবা য়াথং তৌৱম্মী। অচৌবা পোঙ অসি ৱানাননিয়া তুৱেলদা থাদৱম্মী অমসুং মহুদা নিংথৌ মচানুপী অহু তোঙহল্লম্মী। পোঙহুদা মাগী মী খৰা অমসুং মহাক্কী লোয়নবীসু য়াওৱম্মী।

হুমিং কয়ানিৱোম পোঙ অহু তুৱেল অহুদা তাউহুনা চংলম্মী। মমৈথংদা মখোয়না ফজবা মফম্ অমদা থুঙলম্মী। মফম্ অহুগী তুৱেল মপান্দা ৱাজো কৌবা উপাম্বী অমসু হৌৱম্মী।

নিংথৌ মচানুপী অমসুং মহাক্কী মীশিংনা মফম অহুদা লৈননবা লেপ্লম্মী। নুপাশিংনা উপাম্বীহু য়াম্হংলম্মী অমসুং নিংথৌ মচানুপীগী অপীকৃপা য়ুম অমা শাৱম্মী। নুপীশিংহুনা মফম্হুদা ফৌ থাবা হৌৱম্মী।

নিংথৌ মচানুপীহুদি মাগী অনাবহু অহুম্মক্ নাহুনা য়ুমহুদা লৈৱম্মী ; মতম্না চংখিবগা লোয়ননা ফৌশিং অহুসু চাউথংলক্লম্মী।

নোংমা নিংথৌ মচানুপীহুনা মাগী য়ুমহুদগী ফৌশিং অহু য়েংলি-ৰৈদা অচৌবা অঙৌবা ইৱোই অমনা য়ুমহু তম্না লাকপহু উৱম্মী। মহাক্না ইৱোইহুবু তাম্হোক্ৰবা হোৎনৱম্মী অহুবু ইৱোইহুদি মঙোন তম্না অম্নুম, অম্নুম, চঙশিল্লক্লম্মী অমসুং মহাকপু মনম্ নম্বা হৌৱম্মী। নিংথৌ মচানুপীহু ইৱোইহুগী মতৌহুদা কিবনা ৱাম্বৱম্মী।

ইরোইহুনা মাগী অচৌবা মরৈদুনা নিংথৌ মচানুপীগী মশা অহু লেকপা হৌরম্মী। ইরোইহুনা মহাক্কী মশম, মমায়, মথুং অমস্তুং খোঙশাশিং অহু লেক্লম্মী। অহুদগী ঈরোইহু তুমিন্না মাগী উমংদা হনখিরম্মী।

নিংথৌ মচানুপীদুনা জ্ঞান তারক্পা মতমদা মাগী মশা অহু ইরোইগী মতিল ঙাক্তা ঙাইরম্মী। মহাক্না তুরেলদা চংলম্মী অমস্তুং ইরোইগী অনাংবা মতিলশিংহু থাদোক্লম্মী। মহাক্না মতিলশিংহু য়াম্না শেংনা হঞ্জিল হঞ্জিল থাদোক্লম্মী।

মহাক্না থাদোকপা লোইরবা মতুংদা মাগী উনশাশিং অহু অনৌবা অমা হোঙলে হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না খুরুখুদক্ কুন্দুনা ঈশ্বরবু থাগত্তুনা খুরুম্লম্মী।

মহাক্কী লোয়নবশিংদুনা হল্লক্লবা মতমদা নিংথৌ মচানুপীগী অহোঙবা উনশাহু উরম্মী। মহাক্কী অনাবদুনা ফবহুদা মখোয় য়াম্না হরাওরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌ মচানুপীহুনা মথন্তা লৈরিঙৈদা ইরোই অহু লাক্লম্মী অমস্তুং মকোক্তুগীনা মখোঙফাওবা লেক্লম্মী। নিংথৌ মচানুপীগী অনাবদুনা পুংফ ফরবা মতুংদগীদি ইরোইহু অমুক হন্না লাকখিদ্রে।

তপ্না তপ্না নিংথৌ মচানুপীনা লৈরিবা লম অহু অপিকপা সম্রাজ্য অমা ওইরক্লম্মী। নিংথৌ মচানুপীদুনা লমহুগী মহারাণী ওইরম্মী।

নিংথৌ মচানুপীগী লম অসি নিংথৌ মচানুপা অরু মলোলোনা পানবা বোনে কৌবা লমহুগী মনুংচন্না লৈরম্মী। বোনেগী মীশিংনা নিংথৌ মচানুপীনা লৈরিবা লম অসিদি অমুক্তা চংলুদ্রি।

নোংমা নিংথৌ মচানুপা অরু মলোলোনা মাগী মীশিংগা লোয়ননা শাত্তানবা চংলম্মী অমস্তুং মখোয়না ৱালান্নিয়া তুরেলগী

মনাক্তা লৈবা অসুক্পা উমংথু য়োরক্পদা য়ান্না চোকথরম্মী। মখোয়না খুঙ্গং অমা য়োননবা হোৎনরম্মী অদুবু করিমত্তা কান্নরমদে। মখোয়না পুরক্পা চিঞ্জাকশিং অদু নুমিৎ খরনি লাকপদুদা লোই-থোকখিরম্মী অমসুং মখোয় অরাম খোৌরাংলম্মী।

মমৈথংদা মখোয়না নিংথৌ মচানুপীগী অপীকপা য়ুমদু উরম্মী। নিংথৌগী মী খরনা মফমদুদা লাক্লম্মী অমসুং মখোয়না নিংথৌ মচানুপীনি হায়বদু খঙ্দনা মখোয়গা লাকমিন্নবা নিংথৌ মচানুপা অদু জঙ্গলদা লম্বী মাঙখ্রে হায়রম্মী।

নিংথৌ মচানুপীদুনা চাননবা চিঞ্জাক অমসুং থক্লনবা পোৎপী-রম্মী অমসুং মখোয়না মফম অদু থাদোক্লমদাইদা চেংগী ময়োম (পেকেট) অমা নিংথৌ মচানুপাদুগীদমক্ পীরম্মী অদুগা হায়রম্মী; "ঐগীদি মসি নত্তনা পীনিংঙাই করিসু লৈজদে। মসি নুরাগী প্রজাশিংনা নখোয়গী নিংথৌ মচাদুদা পীরক্পা অপীকপা খুদোলনি। মতম্ পুন্নমক্তা ঈ্রবন নখোয়বু থৌজালবিবা অমসুং মতেং পাঙবিবা ওইসনু।"

নিংথৌ মচানুপা অদুনা চিঞ্জাকী পেকেট অদু উবদা মসিবু থারক্লিবা নুপী অদু নিংথৌগী মচানুপীনি হায়বা খঙলম্মী। মরম অদুনা মহাক্না মফম অদুদা থুন্নমক্ লাক্লম্মী অমসুং নিংথৌ মচানুপী-দুগা লুহোংলম্মী। মহাক্কী লমদু নিংথৌ মচানুপীদুগী লমদুগা পুনশিন্নরম্মী অমসুং মফমদু য়ান্না চাউথৎলম্মী।

মসিগী লম অসিবু রাজ্যো হায়না খঙনরম্মী অমসুং মসিগী কোন্নুংনা সেংকেঙদা ওইরম্মী। লমদুগী মীশিংগী চৎনবী অমা ওইনা মখোয়না অঙৌবা ইরোইশিং চারমদে। করিগুম্বা চারবদি মখোয়দা উনশাগী লায়না পক্লক্কনি হায়না থাজনরম্মী। ●

# পাড়া অমা তম্বীবা

চিনাগী ফুঙ্গারারী

মমাংঙৈদা অপিকপা খুঙ্গং অমদা লৌউবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচানুপা অহুম্ লৈরম্মী। ইমুংদু য়াম্না লাইররম্মী। মখোয়না অয়ুক্কগীনা মুমিদাংরাইরম্ ফাওবা থবক্ কন্না শুরম্মী অদুবু মদুফাও-বদা মখোয়গী ইমুংদু ফগৎপা ঙম্নমদে। নোংমদি লৌউবা নুপাদুনা মচানুপা অহুমদুবু কৌশিল্লগা হায়রম্মী, "ইচাশা, ঐখোয় অসুম্না লৈবদি য়াররোই। ঐখোয়না কন্না শুজরবসু করিমত্তা কান্নবা ফংদ্রে। নুমিৎ কয়ানিরোম ঐখোয় নিংথি নুংঙাইনস্ু চাদ্রে। অদুনা ঐহাক্না নখোয়গী নরক্তগী অমা থঙ্নবা খুঙ্গংদা থারগে হায়না লেপ্লে। মফমদুদা শিম্মী থম্বা পাম্বা লৌয়ামচাবা অমা লৈ।" অদুদগী মখোয়গী মচানুপা অহলদু হান্না চৎননবা লেপ্পরম্মী। অদুবু নুমিৎ থরনিগী তুংদা মহাক লৌয়ামচাবা নুপাদুনা থবক্ ফজনা তৌবা ঙমদে হায়দুনা তোকহল্লক্তুনা মথায় নুংঙাইতনা হল্লক্লম্মী। অদুগা মহাক্কী তলবস্ু করিমত্তা পীরক্লমদে।

অদুদগীদি অনীশুবা মচানুপাদু অমুক চৎননবা লেপ্পরম্মী। তৌইগুম্বস্ুং ইকুই কুইদনা মহাকস্ু অমুক লৌয়ামচাবদুদগী পৈশা অমফাওবা ফংদনা হল্লক্লম্মী। লৌয়ামচাবদু লিলদোনা শাথিরম্মী অমস্ুং মতম্ পুম্নমক্তা ফত্তবা মরৌদা তৌরম্মী।

অহুমশুবা মচানুপাদুনা লৌয়ামচাবদুনা তৌরিবা মওংদু করি-ননো হায়বা খঙলক্লম্মী অমসুং য়াম্না শাওরম্মী। মহাক্না মপাদা মহাকপু লৌয়ামচাবদুগী থবক্ শুবা চৎপা য়াহনবীনবা হায়রম্মী। অদুবু লৌউবা নুপাদু মহাক্কী মচানুপা অতোনবদুবু থবক্ শুবা

চংহনবদা চিংনৱম্মী মৱমদি নুপামচাহ্নু পুংকক্তমক্ চাওরি। অহুম-ওইনমক্ মমৈদা মহাক্না য়ানিংদ য়ানিংদ চংহনখিৱম্মী।

অহুমশুবা মচানুপাহ্নু লোয়ামচাবহুগী ময়ুমদা চুমদ্রিং চৎলম্মী অমসুং থবক্কীদমক্ হায়ৱম্মী। লোয়ামচাবহুনা নুপামচাহ্নুবু মকোক্তগী মখোঙফাওবা য়েংলম্মী অমসুং হায়ৱম্মী, "হৌজিক নঙ নয়াম্বা অনীনা ঙমখিদ্রবহু নঙগী নৱাইবক্ য়েংনবা অমুক লাক্লেদনা। ইৱাই লাইনদি খনগনু।"

নুপামচাহুনা মহাক হোৎনগে হায়ৱম্মী। লোয়ামচাবহুনা অমুক্ খঙহল্লম্মী, "নঙ হাৎনবা য়ানি, অহুগা নীংশিংগদবা অমদি নঙ ঐগী খোদা লোইনমক্ পাঙথোক্কদবনি। নহাক্না অমত্তং হেক ঙম্দবদা নঙ ঐঙোন্দগী পৈশা অমফাওবা ফংলোই। মসিগী ৱাসি কাউগনু।"

নুপামচাহুনা মহাক লোইনমক খঙলে হায়ৱম্মী। অহুনা মহাক লোয়াম চাবহুগী থবক শুৱ হৌৱম্মী। নোংহেক্ ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা মহাক লবুক্তা থবক্ শুৱম্মী। নোংমদি লোয়ামচাবহুনা মঙোলদা চীংথক্তা ৱাগী উমংদা চত্নুনা মহাক্কী ষণলাবহুবু পানথংলক্পদা ঙাইৱিবা ৱানাশিংহু পীজৱনবা হায়ৱম্মী। মহাক্না নুপামচাহুদা ষণলাবহুবু পীজনবা ৱানাশিংহু মখুৎনা হেক্তনবসু হায়ৱম্মী। লোয়ামচাবহুনা নুপামচাহুবু অহুম্না তৌহুনা মহাক্কী খুৎশুমল্ নীনম্বা ঙম্লগনি খল্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা নুপামচাহুনা ষণলাবহু ৱাগী উমংদা হোইৱম্মী অমসুং ৱা পাম্বা অমদা পুনশিল্লম্মী। অহুদগী মহাক্না ষণহুবু ৱাহুদা কাননবা ফুবা হৌৱম্মী অমসুং লাওৱম্মী, "মথক্তা কাউনে, অপঙবা শা।" উপাই লৈত্রবা ষণহু মনঙ্গনগী চৈক্রুহুদা নাৱহুনা খোঙবা হৌৱম্মী অমসুং ৱাশিংহুগী অকোয়বদা কোয়বা হৌৱম্মী।

লম্বীতুদা লাকপা মীশিংনা নোক্লম্মী অমস্তুং মাগী মতৌহুদা লক্লরম্মী। অতুবু মহাক্তি মখোয়না ঙাংলিবশিংহু তাদবদৌনা তৌরম্মী। অতুমওইনমক্ লোয়ামচাবতুস্তু তৌরিবহু তারম্মী। মকমতুদা মহাক চেল্লক্লম্মী অমস্তুং তৌরিবা মওংহ উরম্মী। মহাক্না নুপামচাহুদা মাগী শাতুদা ফুবা লেংবা লাওরম্মী। তৌইগুম্বস্তুং নুপামচাহু খঙশিন্নরমদে অমস্তুং ষণতুদা অতুম্মক্ ফুরম্মী। অতুদগী মহাক্না লোয়ামচাবতুদা য়েংলম্মী অমস্তুং হায়রম্মী, "য়েংউ মসে কয়াদা পঙথ্রবনো। ঐহাক্না মাবু ফুদ্রবদি মহাক মতোন য়োররোই।" লোয়ামচাবহু মাইথিরম্মী। মহাক্না নুপামচাহুদা মহাক্কী থৌদাহু লোথোক্লে হায়তুনা হৌনা লাওরম্মী।

নুপামচাহুনা মাগী পূক্নীংদা ফত্রবা লোয়ামচাবতুবু মহাক্না পাড়া অমা তম্বীগে হায়না খল্লম্মী।

লোয়ামচাবহু মাইথিরবস্তু মহাক্না নুপামচাহুবু শুকপাম্ পামলমদে। অহীং-নুংথিল চুপ্প। মহাক্না নুপামচাহুগী মতিকচাবা খুংগুমলহুবু মীনম্নবা কৈদৌসিগে হায়তুনা রাখল মুন্না খল্লম্মী।

নোংমদি মহাক্না নুপামচাহুদা য়ুমগী য়ুমথক্ মতোন্দা মনা-মশিং থাননবা হায়রম্মী। নুপামচাহুদগী হেন্না শিংনা হান্না রামাঙ্ য়ানবতুদা মহাক য়াম্না নুংঙায়রম্মী। "য়াম্না ফরে, মহু তৌগে।" অহানবা নুমিত্তা তৌথিবা অতুম্মাইনা করিস্তু থৌশাদনা নুপামচাহুনা হায়রম্মী।

মথংগী অযুক্তা মহাক য়াম্না ঙন্না হৌগংলম্মী অমস্তুং থাংজৌ অমা পুবতুনা মকোক্তা চরুগী টুপী অমা উপশিল্লগা য়ুমথক্তা কারম্মী। মহাক্না লবুক্তা তৌবা অতুম্মাইনা য়ুমথক্তুদা তৌবা হৌরম্মী। মহাক্না য়ুমথক্তু হেক তৌবগা অনায়বা মচেৎশিংতুনা মথাদা তারম্মী। ওকতৌনা নাখোক্তুনা তুম্লিনা লোয়ামচাবতুগী সিলিংতুদা মখোলতু হৌনা তাবা হৌরম্মী।

লৌযামচাবত্থ মখোলত্থদা থুনা হৌরম্মী। ফমুংদগী চোঙথত্থনা অরুম্বা মশাত্থ চিংলত্থনা মপান্দা থোরক্লম্মী। তৌরিবত্থ উবদা মহাক শাওবনা লোইবম্মী। মহাক্না নুপামচাত্থদা লাওবম্মী অমস্থং চৈবম্মী। নুপামচাত্থ যেংথবক্লম্মী অমস্থং লৌযামচাবত্থনা মহাকপু চৈ থাঙলিবত্থ উবম্মী। তৌইগুম্বস্থং মহাক্না মত্থ কবিমক্তা তাদবদৌনা তৌবম্মী।

অমুকহন্না লৌযামচাবত্থনা নুপামচাত্থবু কুমথবরুবা লাওবম্মী।

নুপামচাত্থনা তপ্না খুম্মম্মী, "ঐহাক্কি নহাক্কী যাথং ইন্দুনা যুমথক্তা মনা মশিং থানবা হোংনবনি।"

লৌযামচাবত্থনা হায়বম্মী, "ঐহাক নঙোন্দা যুমথক্ থগাযনবা হায়খিববা?"

নুপামচাত্থনা ইত্থপ তপ্না মহাক মহাক্কী য়াথংত্থ পাঙথোকপতনি হায়না খুম্মম্মী। মনা মশিংশিংত্থ থাননবা মহাক্না যুমথক্ তৌবনি। মহাক্না অত্থম্ব লৌদ্রবনি মতৌ কবা। মনামশিংশিংত্থ হৌগদগে।

লৌযামচাবত্থ নুপামচাত্থনা ভাঙলিবত্থ তাবদা তশেংনা ঊকচান্নবম্মী। মহাক্না মহাক্কী থৌদাত্থ লোথোক্লে হায়না নুপামচাত্থদা হায়বম্মী।

নুপামচাত্থ অনাবক্শুবা ওইনা ফত্রবা নুপাত্থবু মাইথিবা পীবত্থদা পেঞ্জবম্মী।

হৌজিক লৌযামচাবত্থ রাবম্মী অমস্থ নুপামচাত্থবু থেঙননবা উপাই অমত্তা খনবা ঙম্রমদে। তৌইগুম্বস্থং মহাক নুপামচাত্থবু মহাক্কী খুংগুমগী মীনম্নবা অনৌবা থৌবাং খব মখা তানা খল্লম্মী।

মতৌ অম্না মতম কযা হৌখিত্থনা লোখাওবা মতম্ নকশিল্লক্লম্মী। কুমত্থ নোংচুরমদে, যাম্না শাবম্মী। ঈশিং রাত্থনা মহৈ পাল্লমদে। নোংমদি লৌযামচাবত্থনা নুপামচাত্থদা হায়বম্মী, "ঈবং থোকপসিনা ঐহাক্কী মহৈ-মবোংশিংত্থ শিবগনি। মথোযত্থ য়ুমদা পুরক্পা তারে

অহুনা হয়েং নহাক লবুক্তু ঐহাক্কী য়ুমদা পূরকউ।" অহুগা মুপা-মচাহুদা হন্দক্তি মহাকপু শোয়দনা ঙম্নগনি খন্দুনা মরৌ লৈনা য়েংলম্মী।

মুপামচাহুদি নহানমখৈগুম্না বরিস্তু থোশারমদে। মহাক্না মথংগী অয়ুক্তু য়াম্না ঙন্না খৌগৎলম্মী অমসুং মমাংথোঙদা চৎলগা থোঙহু থুগায়রম্মী। মহাক্না থোঙবাহু থুদেক্লম্মী অহুগা ফক্লাংহু য়ানথংপা হৌরম্মী। লৌয়ামচাবহুগী মুপীনা তৌরিবহু উবদা থম্মোয় শোক্লম্মী। মহাক্না মুপামচাহুদা খুদক্তা লেপ্পবা হায়রম্মী অহুবু মুপামচাহুদি মঙোনলোমদা মপূক্লীং চঙলমদে, মাগী তৌগদবহু অহুম্মক্ তৌরম্মী। মুপীহুনা মহাক্কী মুপাহু হৌদোকপা ইমুংলোমদা চেনশিনখিরম্মী অমসুং লৌয়ামচাবহু ফুরিৎফাও লিঙনা চেম্থো-রক্লম্মী। শিদোক্লবা য়ুমহু উবদা মহাক শাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। তৌইগুমসুং মুপামচাহুদি মহাক্কী মপুহুদফাওবা পূক্লীং চিংশিল্লমদে অমসুং মহাক্কী লৈজবী থাহুনা ফক্লাংহু শিথরম্মী। মহুনা লৌয়াম-চাবহুবু খোইশাওনহল্লম্মী অমসুং মহাক্না লাও খোঙহনা অঙাওবা মীদৌনা মঙোন্দা চৈরম্মী।

ইতপ্ তপ্না মুপামচাহুনা মাগী মপুহুদা করিগীদমক্ মহাক্না অঙাওবদৌনা ঙাঙলিবনো অমসুং লাওরিবনো হঙলম্মী। মহাক্না মতৌ করম্না চাউথ্রবা লমহুবু য়ুমহুদা পীকথ্রবা থোঙহু লাল্লগা পুরক-দগে হায়রম্মী। লৌয়ামচাবহু মাগী রাহু তাবদা ঙকচান্নরম্মী অমসুং রা ঙাঙবা থোক্লমদে। মমিত্তা ঈরা চেল্লহুনা মহাক্না মহাক্কী থৌদাহু লৌথোক্লম্মী।

ফত্রবা লৌয়ামচাবহু অহুমলক্‌গুবা মাগী লৌশিংহু কান্নরমদে। অহুগী মতুংদগীদি মহাক্না লৌমীহুগী খুৎগুমল্ মীনম্বগী থৌনা লৈরমদে। চহী লোইরকপদা মহাক্না মহাক্কী খুৎগুমল্ লোইনা গুনবা পীরম্মী। অহুগী মতুংদগীদি মহাক কনামত্তবু অমুক্ হন্না মরৌ তৌগমদে।

# কোত্রা অমসুং পোলোঙ্গা

শ্রীলঙ্কাগী ফুঙ্গারাত্রী

অমুকখক্ য়াম্না শাথিবা মওংদা ঈকং থোক্লম্মী। পৃথ্রী, পাংশিং লোইনমক্ কংলম্মী অমত্তং মফম্ অয়াম্বদা শা-ষণশিংনা থক্রবা ঈশিং মরিক অমফাও লৈরমদে।

নোংমদি লিল কোত্রা অমনা খুঙ্গং অমা থেক্লা খোইনা স্নুম্ ফাওরক্পদা য়াম্না পীক্লিবা অঙাং অমা লৈকোল অমদা ঈরুজনবা খুদেং অমদা নুংঙাঁয়না শান্নবা উরম্মী। মহাক্কী মখোঙ মখুংশিংত্ ঈশিংদা হাই হুম্লহুনা নোক-খেনা শান্নরম্মী।

তুমিন্না লিল কোত্রাহু খুদেংহুগী মপাল য়োবম্মী। ঈশিংহুদা মকোক্তু লুপশিল্লহুনা ঈশিং থক্পা হোরম্মী। অঙাংহুনা মখুত্তা য়ুবী মনিঙ অমা পায়রম্মী অমসুং মহুনা লিন্দুগী মকোক্তা মানা ঈশিং থক্লীবৈদা কয়ারক্ হন্না থারম্মী।

লিন্দুনা মহুবু অঙাংহুনা শান্নরিবনি হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না ঈশিং থক্পহু লোইরম্মী অমসুং মহাক্কী খোরাংবহু কোক্লহুনা তপ্না তুমিন্না চংথিরম্মী।

মথংগী নুমিং থরম্থু লিলহু অঙাংহুগী ঈরুজবা মতম্ ঙাইহুনা লৈরম্মী। অহুগী মতমহ য়োরবদা মহাক তুমিন্না খুদেংহুদা কাখং-লম্মী অমসুং অঙাংহুনা ঈশিংদা শান্নরিবৈদা ঈশিং থক্লম্মী।

নোংমদি লিল কোত্রাহুনা শ্রীলঙ্কাদা খ্বাইদগী হেন্না হু চেল্লবা লিল পোলোঙ্গা হায়বহু থেঙনরম্মী। লিল পোলোঙ্গানা খর থবেং থবেং হোল্লহুনা হঙলম্মী, "নুংশিরবা মরূপ, ঐহাক খোয়াংলনা

শিংদোরে, ঐহাকপু ঈশিং য়াউম্ অমত্তা ওইরবসু ফংগদবা মফম্ নহাক খঙবরা ?"

"ঐহাক ঈশিং লৈবা মফম অমত্তা খঙদে," লিল কোব্রাহুনা খঙদবা শাশিন্নহুনা খুম্লম্মী। মহাক্না পোলোঙ্গাবু খুদোংথিনহনবা মশক্কি হায়বা খঙলম্মী। করিগুম্বা মহাক্না হায়রিবা লৈকোলদুগী ঈরুজনবা খুদেংহুগী মরমদা হেক হায়রুবদা লিল পোলোঙ্গানা অঙাংহুবু চিক্লোই হায়বা থাজবা ঙম্লমদে।

"নহাক ঐঙোন্দা মীনম্বা ঙাংলে," পোলোঙ্গানা হায়রম্মী। "নহাক ঈশিং থক্ই হায়বা ঐহাক খঙই, ঐঙোন্দসু তাকউ নঙোন্দা হায়জরিবসিনি। ঐহাক নঙোন্দা মতম চুপ্পদা তৌবীমল খঙবা উৎকনি।"

"করিগুম্বা ঐনা নঙোন্দা ঈশিং কদায়দা ফংবগে হায়বহু তাক্লুবদি ঐহাক্না হায়বহুমক্ তৌগনি হায়না নহাক ঐঙোন্দা রাশক্পা ঙমগদ্রা" লিল কোব্রানা হঙলম্মী।

"ঐহাক রাশক্লি," পোলোঙ্গানা হন্নাওনা পাউখুম্লম্মী, "ইশাগী রাহৈ ঙাক্তুনা ঐ নঙনা হায়বহুমক্ তৌগনি।"

কোব্রানা হায়রম্মী, খুঙ্গংগী অরোইবদা লৈশিংনা পীক থন্বা অপীকপা য়ুম অমা লৈবনি। অয়ুক্তা অঙাং অমা লৈকোলদা ঈশিং খুদেংদা হাপ্লগা থম্বনি। নঙনা হায়রিবা খুদেংচুদগী ঈশিংহু থকপা য়াগনি অহুগা অঙাংহুনা ঈশিংদা শান্নবদা মাগী মখোঙ মথুৎনা নঙগী নকোক্তা থারক্পদা নঙনা অঙাংহুদা ফত্তবা তৌরোইদবনি।

"অঙাংহু ঐহাক শোক্লোই," পোলোঙ্গানা রাশক্লম্মী। "নঙ ঐবু করি থনবগে? মরুপ, ঈশিং লৈফম তাকপীবসিগীদমক্ ঐহাক নঙবু য়াম্না থাগৎচরি।"

কোব্রানা পোলোঙ্গাবু পুরা থাজবা ঙম্দহুনা মতুং ইন্নরম্মী অমম্লুং মোংশোং অমগী নাকন্দা লোৎলহুনা য়েংলম্মী। পোলোঙ্গানা

খুদেংছু তম্না য়াম্না মীহৌনা চঙশিনখিদ্রনা অঙাংচুগী ঈরুজবগী ঈশিংচুদা মকোক লুপশিনখিবচু কোত্রানা উবম্মী। মহাক্না ঈশিং থক্লিভৈদা অঙাংচুনা মাগী যুবী মনিঙ্চুনা পোলোঙ্গাগী মকোক্ত শুবম্মী।

পোলোঙ্গানা শাওনা মঙক্ত হাইগত্তুনা অঙাংচুদা চিক্পচু কোত্রানা উবম্মী।

কোত্রানা শাওনা পোলোঙ্গা তম্না চেনশিল্লম্মী অচুগা হায়বম্মী, "মীনম্বা। ওইদবা ঙাংবা।"

পোলোঙ্গাচু নাম্থোক্নবা হোৎনবম্মী তৌইগুম্বসুং কোত্রানা পোলোঙ্গাবু তান্নবম্মী অমসুং মহাকপু শিদ্রিফাওবা চিক্লম্মী।

শ্রীলঙ্কাগী মীশিংনা পোলোঙ্গাবু কৈদৌঙৈদসু থাজদে। কো-ত্রাদি অফবা লিলনি হায়চুনা মখোয়না হাত্তে অচুগা পোলোঙ্গাদি হেক্ উবগা হাৎলম্মী।

# অঙকপা ৱারেপ্

মোরিসিয়সগী ফুঙ্গাৱারী

মমাংঙৈদা খুঙ্গং অমদা অহল ওইরবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না লাইররম্মী অদুনা ভিক্ষা নিরগা চারম্মী। অসুম্না মহাক্না য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদীংদগী ফংলক্পা পোৎ খুদীংমক্ মহাক্কী অহল ওইরবী মুপীদুদা পীরম্মী।

হায়রিবা মতমসিদদি মীশিংনা য়াম্বু ভিক্ষা হাপ্নরম্মী। ভিক্ষা-রিদুনা ফংলকপা য়াম খরদুনা তল অহুমথক্তং হৌবা কোম্নরম্মী। হন্নুবীদুদা তল অমথক্ পীরম্মী অতুগা অরেম্বা অনীদুনা ভিক্ষারিদুনা চারম্মী।

তল অমথক্না হন্নুবীদু মবুক্ থল্লমদে অমসুং মথন্তা নুংতিগী মুরুম্ মুরুম্ শোল্লম্মী। নোংমদি হন্নুবীদুনা মাগী মুপাদা শাওনা হায়রম্মী "হন্নুবা, সুম্মাই তৌবসি ঐহাক পামদে, নুংতিগী তল অমথক্তং চাবসিদি পুক্ শুকথন্ থনবা ঙমদ্রে।"

ভিক্ষারিদুনা হায়রম্মী, "হন্নুবী, নঙনা তল অনী চানবা য়ুমসিদা করি তৌরবগে?"

হন্নুবীদুনা পাউখুম পীরম্মী, "নঙনা অরাপ্পা খুলশিংদা ভিক্ষা নিবা চৎলি খঙই তৌইগুম্বসুং ঐহাক য়ুমদা ফমদুনা লেম্না লৈ হায়নদি খনগনু। ঐহাকসু নুমিৎচুপ্পা থবক শুই অদুনা ঐসু চানবসি নহাক্না চপ্ মান্ননা শরুক্ ফংফম্ থোকই।

ভিক্ষারিদু মহাক্কী মুপীনা ইকায়বা পীবদুদা খাঙবা ঙম্লমদে অমসুং শাওনিংলদুনা হায়রম্মী, "হন্নুবী সিগীদমক্ চরাংনগনু। তশেংনা য়ুমসিদা নহাক্কী করি থবকপু লৈবগে? নঙ নুমিংপ্পা

ফমহনা লৈ হায়বা ঐ খঙই। নঙনা তল অনী চানিংলবদি নোংমা ঐহাক য়ুমদা শোয়দনা লৈগনি অদুগা নঙবু য়ুমথোঙ থূদীংদা ভিক্ষানিবা থাগনি।

হনুবীদু তপথরম্মী অমসুং ভিক্ষারিদুদা য়ানিংবগী খোন্থোক্তা হায়রম্মী, “ফরে ফরে হনুবা, নঙ থবক্ কন্না শুই হায়বা ঐহাক য়ারে। অদুব্ ইবান্নি য়ানবা অমা পুরক্লনা অতোপ্পা উপাই অমা তৌসি মহুনা ঐসু মতম্ খরদি তল অনী ফংহন্গনি। মৱমদি হুমিং খরনিসি ঐহাক তশেংনা প্রকথন্না চাবা ফংজ্রবনিনা লাম্বনা শিগদৌরে।

তৌইগুম্বসুং হনুবীদুগী মতৌদুদা ভিক্ষারিদু তরাই তরাই তোক্লমদে। অদুমগুইনমক্ য়াম্না থন্ন-নৈনরবগী মতুংদা মহাক্না হনুবীদুদা তল অনী ফংহন্বগী খুদোংচাবদু পীবা য়ারম্মী অমসুং হায়রিবদুগীদমক্ য়ানবা রারেপ্ অমা থম্লম্মী।

“অয়ুক্তা হান্না হৌগংপদুনা তল অমা। অদুগা লেমহৌরিবা অনীদুনা কোন্না হৌগংপদুনা ফংগনি।”

অদুম্না য়ানরবা মতুংদা অদল অনীদু ফমুংদা চঙলম্মী। মখোয় মথংগী অয়ুক্তা হান্না হৌগত্তনবা লেপ্পরম্মী।

হনুবীদুদি মহাক কদাইদসু চংখোকলোইদবনিনা মাদি ঙম্না হৌগংপগী দরকার লৈতে খন্বদা হরাওবম্মী। নাকল অমরোমদা হনুবদুদি মহৌশাগুম্ ভিক্ষানিবা চংকদবনিনা অয়ুক ঙম্না হৌগংকনি হায়না মহাক্না খল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং হনুবদু হান্না হৌগত্তনবা অমসুং লেপ্পখিবা রারেপ্তু কায়দনবা খল্লি হায়বদি হনুবীদুনা খঙলমদে। হুমিংতুমদি হনুবদু ভিক্ষানিবা ফাওবা চত্তনবা লেপ্লম্মী।

মশা মশাগী রাখল লেপ্পরবা তুংদা হনুবা হনুবীদু অহীংচুপ্পা সুংঙায়না তুপ্লম্মী। অদুবু মথংগী অয়ুক্তা য়েনলাবনা খোঙলক্পদা মবান্নি তুম্বা কায়রম্মী। মখোয়না হৌগংকে তৌবদা মখোয়গী অঙকপা রারেপ্তু নীংশিংনদুনা অতল অনীদু ফিনা মমায় থুমজিল্লম্মী অমসুং অতুম্বা শাদুনা অমুক তুম্লম্মী।

থুঙ্গংগী মীশিংস্ত ভিক্কাবিদু নত্রগা মাগী হুপীত্ত মহৌশাংম্ অমত্তা হৌগৎলক্রুবত্নদা ওক্রবর্স্মী। পুং তবেং, নিপান অহৃদগী মাপল তাবক্ পদা যুমলোন্নবা খব খাওপোকশঙত্নদা লাক্রুনা থোঙ থিল্লম্মী তৌইগুম্বসুং ইমুংদগী কবিগুম্বা মখোল অমত্তা কাবমদে।

অত্নদগীদি খুঙ্গ হুদা হন্নবা হন্নবী মতৈ মনাওত্ত মখোয়গী মযুমদা শিরে হায়ত্নুনা অচাকপা মৈরীগুম পাউ শন্দোক্লম্মী। বাবো পুংজা যৈববফাওবদা খাঙপোকশঙগী থোঙত্ত অহুম্ লোন্দুনা লৈবত্নদা খুলগী মীশিংত্নুনা থোঙ ফক্নাইনবা অমসুং হন্নবা মতৈ মনাওহু কবি তৌববগে খঙনবা লেপ্ৰবম্মী।

অহুম্না থোঙত্ত থুগায়হুনা হাওদোক্লিবস্ত হন্নবা মতৈ মনাওহু হাযনখিবা রাবেপ্ত কাযগনি অমসুং নল অনী ফংলোই কিনদনা মবান্নি অহুম্ তুম্লর্স্মা।

মখোযনি কবিমত্তা লেঙ-লাংপা তৌদনহু উবদা খুলগী মীশিং-হুনা মখোযনিহু শিবে খল্লম্মী অমসুং মখোয়গী অশিবা মশাশিংহু পোংলোয়নবা লেপ্ৰবম্মী।

খুলগী মী খবনা পোংলোযবগী মৈফম অনী শেন্নবা শাং থিবা চেনখিবম্মা অমসুং খব অমনা কু পুনবা বগী শগাম অনী শাবর্স্মা। হাযবিবহু শাবা লোইবগা অশিবা অনীং মংদা হাপম্মী অমসুং মতৈ মনাওহু খুলগী পোংলোযফমদা পুবম্মী।

মহু ফাওবদা মতৈ মনাওত্ত হৌগংলমদে। মবান্নি শগায়হুদা অহুম্ তুম্রম্মী।

মফমহু যৌবগা অশিবা অনীমক পোংলোববগী শীংফমদা থম্লম্মী।

তৌইগুম্বসুং মবান্নি মত্নফাওবদা লেপখিবা বাবেপ্ত ওন্নবা অমসুং তল অনীহু নাম্লোকখিবনবা খন বদা মখোয় হৌগংলমদে।

অত্নদগী খুলগী মকোক্না মৈফমহু মৈ চনবা হাযবক পদা

ভিক্কারিদুনা খল্লম্মী, "হৌজিক্তি পূম্নমক্ লোইরে। হনুবীসিদি ফনা ওইদুনস্থ্ লেপ্পবসি ঙম্নবা নীংলে। মতুদি মহাক্না শোয়দনা ঐবু অমস্থুং মহাক মশামক্পু উৎ ওইনা চাকহল্লনি।"

মসি খল্লদুনা মহাক হৌগৎলম্মী অমস্থুং ফম্নম্মী অদুদগী মৈফমদু থাদোক্লদুনা মহাক্না হনুবীদুদা হায়রম্মী, "ফরে হনুবী, ঐহাক তল অমত্তং চারগে, নঙ অনী চারো। নহাক্না লেপ্পখিবা রারেপ্পু ঙম্লে।"

হনুবীদু মৈফম্দগী চোঙথোক্লম্মী অমস্থুং খুবাক খুরদুনা হৌনা হায়রম্মী, "হনুবা নঙ লেপ্পখিবা রারেপ্পু ঙাকপা ঙমদ্রে। সিদগীদি ঐ তল অনী চারগনি অদুগা নঙনা অমখক্তনা অদুম পেন্‌গদবনি।"

অদুদগী হনুবীদু খুলগী লম্বীরোমদা চংখিরম্মী। হনুবা ভিক্কা-রিদু মহাক্কী মরাইবকথিবদু অদুগা নাকল অমরোমদা খুলগী মীশিং-দুবু শাপ্ তৌরদুনা হনুবীদুগী মতুং ইল্লম্মী।

খুলগী মীশিংদুদি হনুবা মতৈ-মনাওগী অঙক্পা রারেপ্পু খঙ্-দবনিনা ঙক্তনা লেপ্লম্মী। ●

# অঙকুপী কৈন্যা

নেপালগী ফুঙ্গাৱারী

খুঙ্গং অমদা য়ামে কৌবা মরল মথুম পায়বা লল্লোনবা মুপা অমা লৈরম্মী। মহাকী মচানুপা গোক্লে মহাক্না অহল ওইশিল্লক্লবা মতমদা পোকপনি। মহাক্না মাগী মচানুপাগী হৈথোই শিঙথোইবা কৈন্যা অমা থিবা পায়রম্মী। অনকৃপদগী অমসুং অরাপ্পদগী মীওই কয়ামরুমসু মচানুপী পীগে হায়রম্মী অমসুং মমৈথংদা য়াম্না থন্ন-নৈনরবা অমদি থি-খোংলবা মতুংদা সেটি কৌবী লৈশাবী অমা থল্লম্মী।

নোংমদি অহল ওইরবা মুপাসিনা মমৌনুপী অতুগী লৌশিংতু কয়াম লৈবগে হায়বতু চাং য়েংনীংলতুনা হঙলম্মী, "ইবেম্মা, নহাক নখোয়গী লুহোংবদা ঐহাক্না শেল কয়া য়াম্না তিংলম্‌গদগে হায়বতু চাউরাক্না হায়বা ঙমব্রা?" মীকুপ্‌ অমফাওবা খন্থবা তৌদনা মুপীমচাতুনা পাউখুম পীরম্মী, "মহৈ মরোংগী মনাজ অনী।" (মনাজ অমা হায়বসি চাউরাক্না কে. জি. অমগী তঙ্খায়নি) অতুখক্তনি।" অসিগুম্বা বুদ্ধি য়াওদবগী পাউখুম অসিদা মকুবোক্তু শাওনিংবা অমা পোক্লম্মী অমসুং হায়রম্মী, "ঐহাক্না লুহোংবা অতুদা পৈশা ময়াম অমা তিঙখি হায়বসি লোইনা খঙলবসিদা নঙনা কমদৌনা ঐহাক্না গুপ্পতগী চেং মনাজ অনীখক্তং তিঙ্‌ই হায়ব্রিবনো?

নঙগী ৱাঙাংসিনদি নঙসে ঐঙোক্তা করিমত্তা মতেঙ্‌ ওই-রোইদৌব্রি। ইচানুপা গোক্লেগীদমক্‌ অতোপ্পা নুপী অমা থিবনা ফয়নি।"

য়াম্না থুনমক্ রামেনা মহাক্কী মমৌনুপীহুবু মমা-মপাগী ময়ুমদা থিন্নবা থৌরাং তৌরম্মী। গোম্লেহু মহাক্কী মপানু শীঙ্নবা থৌনা লৈরমদে অমসুং করিসু য়েঙ্বনা অহলহুনা হায়বহু ইল্লম্মী। সেটিসু অহুঙাই।

ঙহাক লৈরগা মখোয়না অশিবা পুবা কাংবু অমগা থেঙ্নরম্মী। "শিরিবসিবু অমখক্তরা নত্রগা চাম্মরা" সেটিনা অশিবগী চৎলিবা মীশিংহু তাননবা হৌনা হায়রম্মী। অসিগুম্বা মথক মখা ওন্নবা ৱাঙাংসিদা নুংশা থিরবা রামেহু অশিবা চৎলিবা মীশিংহুবু ইংথনবা অমসুং খৎন চৈনবা থোবক্কদবহু নেমগহন্নবা হোৎনবদা ৱারম্মী।

তৌইগুম্বসুং অহুনখু লোইদ্রি। খর থিত্তুংমুক্ চৎলগা লৌ-লোকপা তিনবা মী কাংবু অমা থেঙ্নবদা সেটিনা লৌলোকপা নুপা অমখক্তা হঙলম্মী, "নঙগীসিবু হন্দক্ চঠীসিগী মহৈ মরোং লৌকপা শোয়দ্রবরা নত্রগা হাকুমগীরা?" মাগী ৱাহংসিদা রামেহু অমুক্কা হেন্না চমথনহল্লম্মী।

শাওরবা রামেনা মসিগী অপঙবী নুপীসিনা ঙহাক লৈতনা ৱাথোক ওইহন্দৌরি হায়না খনবহু চুম্নম্মী। সেটিনা অহলহু মহাক্কী লৌশিংহুদা কিরে অমসুং খোঙথাং তপ্থদৌরে হায়বা খঙলম্মী তৌইগুম্বসুং মহাকপু অহলহুনা ইরাপ লাপ্না লৈগৌদে হায়বহুদি চেকশিন্না য়েংহুনা চৎলম্মী।

নুমিদাং ওইশিল্লক্লবদা মখোয় লম্বী মপান্দা লৈবা মীথুঙশঙ অমদা থুঙলম্মা অমসুং মোংমা লৈনবা লেপ্লম্মী। রামেদি মাগী হৈনবীনিনা মথংগী অয়ুক্তু খর ঙন্না তৌগৎলম্মী অহুগা চৎননবা শেম শারম্মী। অহুবু সেটিনা মফম্ অহনা লৈবম্দবহুদা ঙরুম্মী; মপা মচানা মহাকপু কদায়দা চৎথ্রবনো হায়হুনা মীথুঙশঙহুগী অকোয়-বদা চহুনা য়েংবদা গোম্লেনা মহাকপু মনাক অহুরাইদা হৌবা

খোংনাংবট অমগী মখোঙদা থেঙনরম্মী। উর্চেক অমথক্ খোঙনাংবট-তুগী মাশাদগী খোঙলম্মী অদুগা সেটিনা উচেক্তুনা হায়রিবদু করিনো খঙ্নবা মনা চপ্ য়ুঙ্না মফম্দুদা লেপ্লম্মী। ঙহাক নৈরগা সেটিনা খঙহৌদনা চৈ অমা পায়রম্মী অমসুং মথুম-মরাং হৌনা মনাক্কী লৈবাক্তু তৌবা হৌরক্পদুদা মপা-মচাদু পাখংলম্মী। খুনমক্ মহাক্না কোমদুদগী ফোগী পাত্র অমা পুখংলক্লম্মী অমসুং মদুগী মন্নুংদা মথুক্তু হুমজিল্লগা য়াম্না মমল্ য়াম্লবা সনা-লুপানা পীক্ থনবা সনাগী উপু অমা পুথোরক্লম্মী।

হায়রিবা থৌদোকসিনা থোকখ্রবশিংদুবু হোঙহল্লম্মী অমসুং মৌজিক্তদা অহনদু সেটি অচম্বা নুপী নত্তে হায়বা খঙলক্লদুনা রামেনা মমৌনুপীদুবু য়ুমদা অমুক্ হন্ননবা তক্লরম্মী। মখোয় অহুম্না ময়ুমদা অমুক্ হল্লক্পদা রামেনা হান্না মমৌনুপীদুদা মহাক্না তৌথোকপা লন-থুমদুগী অঙক্পদু শন্দোক্না তাক্লবা হায়রম্মী। "মদুদি ইচম্ চম্বনি," সেটিনা খুম্লম্মী, "খোঙনাঙবট মতোন্দা উচেক্তুনা উপাম্বী-দুগী মথাদা লোৎলিবা পাত্রদা য়াওবা চেংদু মঙোন্দা পীবিনবা কনামত্তা নৈত্রে হায়দুনা তেংথাবনি। অদুগা উচেক্তুনা পাত্রদুদা য়াওরিবা লন থুমদুসু কনামত্তনা খঙদে হায়বনি। উচেক্তুগী পাউ-তাক্তু ঐনা পাঙথোক্পতনি।"

মাগী মমৌনুপীনা উচেক্কী মরোল খঙবা ঙম্মী হায়বদুদা রামেদু ঙক্পনা থল্লম্মী। মহাক্কী খঙনীংবগী থৌরাংবনা হেল্লক্তুনা মহাক্না মমৌনুপীদা মহাক্না হান্না ঙাঙখিবশিংদুগী অঙক্পদু ফাংদোক্লবা হায়রম্মী। মহাক্কী অহানবা রাহংদি "করিগীদমক্ নঙনা মখোয়না পুরিবদু অশিবা হকচাং অমথক্তনি হায়বা নহাক্না তশেংনা খঙ্লব-মক্তদা অশিবা চৎপা কাংবুদুদা নুংঙাইতবা পীরক্লিবনো?" সেটিনা খুম্লম্মী, "শিরিবা মীদু কয়া য়াম্না কথোকপা ঙম্বনো হায়বদুদা মথা পোল্লগা অশিবা অমনা চাম্মা ওইবা য়াই। নাকল অমদনা

লাইনীংদবা চাম্মা শিবতুদি মীওইবা জাতিদা থেন্নবা লৈরম্লোই। মাগীদু মথন্তা শিবা ওইরবদি মীদু মী নত্তে।"

অহলদু মথা তানা খঙনীংলদুনা অতোপ্পা অমসু হাকুমগী মহৈ লোকপা নত্তে হায়বা নহাক খঙ্লবসু করিগীদমক, নহাক্না লৌলোক-পশিংদুবু নহাক্কী চময়বা ৱাহংশিংনা শাওহল্লিবনো হায়না হঙলম্মী। মদুগী পাউখুমদা সেটিনা হায়রম্মী মদুদি হঙলিবা ৱাহংদুনা খুলগী মীশিংদু শেল তোন্দে হায়বা খঙ্নবা অমত্তা ঙাইরবা মওংনি। হাকুমগী অতোনবা পীথ্রবশিংদুতনা অনৌবা মহৈ মরোং লোকপা ঙম্মী।

অহল ওইরবা মুপাদু মমৌনুপীগী পাউখুমদগী থোরক্লিবা হৈশিংবা ৱাথল্লোন্দুদা পেল্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "হৌজিক অরোইবসিমগা পাউখুম পীয়ু, করিগীদমক্ নহাক্না ঐগী ইচানুপাগী লুহোংবদা ঐহাক্কী লন-থুম ময়াম অমা চঙ্ই হায়বা নঙ ফজনা খঙ্লবসু ঐহাক্না মহৈ মরোংগী মনাজ অনীথক্তং তিঙ্ই হায়রিবনো?"

সেটিনা খুম্লম্মী, "নহাক্না লুহোংবদা তিঙখিবা পুন্নমক্তো নহাক নশাগী অপাম্বা থুঙ্নবগীদমক্তনি অমসুং মদু অরেম্বদা মাঙহনবনি। নহাক্কী নচানুপাগী মুংঙায়বা য়ুম অমা শেমগৎপদা চঙগদবদি চেং মনাজ অনীগী মমলফাও নত্তে।"

মদু তাবদা ৱামে অমসুং মচানুপাদু মত্রনা শুমহৎপগুম, শুদ্ধৎ-লম্মী। অহল ওইরবা মুপাদুসু মহাক্কী অয়ানবদুগীদমক্ মুংঙায়রমদে অমসুং মরাল য়াজরম্মী।

মহাক্না থুনমক্ ইমুংগী শোশিং সেটিদা শীন্নরম্মী অমসুং মখোয় অনীনক্কী য়াইফনবা নীংবিরম্মী। ●

# নিংথৌ মচা রিচিট অমসুং নিংথৌ মচানুপী মোগী রারী

থাইলেঙুগী ফুঙ্গারারী

নিংথৌ মচানুপা রিচিট চিনদা থাইলেঙুদা লৈবা ফজরবা সহর নাকোন নোপারট নিংথৌগী মচানি।

নিংথৌ মচানুপা রিচিট পোকপদা পাঞ্জি য়েংলম্মী। পাঞ্জিনা নিংথৌ মচানুপাতুগী মরমদা কুপ্না য়েংলবা মতুংদা শ্বর শাংনা হোন্দুনা তুমিন্না লৈখিরম্মী। নিংথৌনা মরমতু খঙনীংতুনা করি তৌরবগে হায়না হঙলম্মী। পাঞ্জিতুনা হায়রম্মী, "নহানমুক্কী মপোক্তা অঙাং অসিনা লাইগী লিল অমা হাৎলম্মী। মসিগী ফত্তবা ফলনা অঙাং অসিগী মপুন্সিদা শোয়ফত্রবা তাঙ্কক্ অমদা চহী তরেৎ শিতুনা লৈগনি অদুবু মহাক অমুক হিংগৎলক্তুনা মশক মতৌ ফজরবী নিংথৌ মচানুপী অমগা লুহোংগনি।" নিংথৌগা মহারাণীগতু রাতু তাবদা ঙক্লম্মী অমসুং য়াম্না চেকশিন্না নিংথৌ মচানুপা অতুবু য়েংশিল্লম্মী।

নোংমা নিংথৌ মচানুপা অতুনা লৈকোলগী চিদায় অমদা লৈবা অপাকপা মুং অমদা ফম্লম্মী। মতু চেনবা লিল অমনা নুংতুগী মথক্তা লিলগী তু থম্লম্মী। নিংথৌ মচানুপা রিচিটকী মশাদা তুতু চঙতুনা খুদক্তা শিরম্মী।

নিংথৌ অমসুং মহারাণীতু মথায় য়াম্না রারম্মী। পাঞ্জিতুনা মখোয়দা নিংথৌ মচানুপাতুগী অশিবা মশাতু লৈকোলতুদা চেকশিন্না য়ুমগুম্বা অমা শারগা থম্নবা হায়রম্মী। মফমতুদা মহাকপু চহী তরেৎ থম্মীগদবনি। নিংথৌনা অশিবা মশা অতু য়াম্না চেকশিন্না

ঙাক শেন্দুনা থম্লম্মী। নিংথৌ মচা অদু শিরবস্থু অহিংবা মীনা হিগ্লগুম্না মশাদু তদেক তদেক্লম্মী।

মতম্ পুম্নমক্তা মীওইবগী তমথ্রবা লাইবক্ অসি খেৎতোকপা য়াদনা লাকই। নিংথৌ মচা ব্রিটিকী লমসিগা য়ুমলোন্নবা লৈবাক রোমানসাই নিংথোগী মশক্ মতৌ ফজরবী মচানুপী অমা পোক্লম্মী। অঙাং অসি পোকপা মতমদা অঙকপা মতৌ অমা উরম্মী। নিংথৌ মচানুপী অসি স্নো হায়না খঙ্নবা য়াম্না থোৎপা পাম্বী মচেং মচেংনা শেম্বা মান্বা অপিকপা ফজরবা য়ুম অমদা লৈরম্মী। ঈশৈশক্পশিংনা য়াম্না নুংশিবা খোম্বোক্তা ঈশৈ শক্লম্মী অমসুং পোক্প্লদা ঙাইরিবা অঙাংদু নোক্লম্মী অদুদগী অঙকপা মতৌ (য়ুম) দু মাঙখিরম্মী।

নিংথৌ অমসুং মহারাণীনা অঙাংদুগী মমিং স্নো নোই রুঅন ঙম কৌরম্মী। মসিগী অর্থদি ফজরবা য়ুমগী অপীকপা স্নো হায়বনি। নিংথৌ মচানুপীদু নোংম-নোংমগী চাউরক্লম্মী অমসুং মশাগী চহী তরামঙা শুরক্পদা মাগী তুংগী লাইবক্ লেপ্লগদোরিবা বরগী মতাংদা পাঞ্জি য়েংলম্মী। পাঞ্জিদুনা কুপ্না য়েংলবা মতুংদা হায়রম্মী, "নুপী-মচা অসি খুদক্তা থাদোকখিদ্রবদি মহাক্না নিংথৌ অমসুং লৈবাক্কী ফত্তবা মাঙতাক্লিংঙাই ওইবা কয়া পুরক্কনি। মহাক্না অশিবা নিংথৌ মচা অমগা লুহোংগনি, হায়রিবা নিংথৌ মচা অসি মহাক্কী অঙকপা শক্তিনা হিংগৎহনগনি। মরম অদুনা মহাক্ অসি থুনমক্ লৈবাক অসিদগী থাদোক্খিগদবনি।

মদু তাবদা নিংথৌ অমসুং মহারাণীদু মথ্বায় য়াম্না ব্রারম্মী। পাঞ্জিদুগী মায়োক্তা মখোয়না করিগুম্বা অমত্তসু তৌবা পাম্লমদে। মরম অদুনা মচানুপীদুগী মরাইবক্ অদুগীদমক্ জঙ্গলদা থাদোক্পা তারম্মী।

ফি ময়োম অমগা লোয়ননা নিংথৌ মচানুপী অদু অসুক্পা জঙ্গলদা থম্লম্মী। নিংথৌ মচানুপীদুনা অথুবা লম্বেলতদা (শগোল

তোঙবা মীতনা চৎপা য়াবা গাড়ীদি য়াদবা লম্বী) চৎলম্মী। স্বর্গগী লাই ইন্দ্রনা মুপীমচাদুগী মতৌদু উরগা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্নদে। মহাক্না অহল ওইরবা মুণি অমগী মওং লৌরম্মী। ইন্দ্রনা নিংথৌ মচানুপী স্নো অমসুং নিংথৌ মচানুপা রিচিটগী তম্নক্পা লাইবক্তু খঙলম্মী। মহাক্না কপ্তুনা লৈরিবা নিংথৌ মচানুপীদুবু থেমজিন-বীরম্মী অমসুং থৌনা হাম্নীরদুনা হায়রম্মী, ইচানুপী, ঐনা পীরিবা হিদাকসি লৌ। নঙনা করিগুম্বা নারকপদা হিদাক খজিক্তং নঙগী মরাইবক্তা তৈয়ু, নহাক থুনমক্ ফগনি। নহাক্না করিগুম্বা অশিবা হকচাং থেঙনরবসু হিদাক মহি অসিনা হকচাং অদুদা তৈয়ু অদুগা ঈরুজথোকপীয়ু, অশিবা হকচাংদু হিংগৎলক্কনি।

নিংথৌ মচানুপীদু মদু তাবদা য়াম্না ঙক্লম্মী অমসুং হিদাক্তু চেকশিন্না থমজিল্লম্মী। অহল ওইরবা মুণিদু মদু হায়রম্নগা মাঙ-খিরম্মী।

নিংথৌ মচানুপীদুনা জঙ্গল অদুদা কোইচং চৎলম্মী অমসুং মশক্ থিবী কুলা কৌবী মুপী অমা থেঙ্নরম্মী। কুলা অসি লিলনা চিক্লম্মী অমসুং শিরম্মী। নিংথৌ মচানুপীদুনা মাগী হিদাক্তু শিজিন্ন-দুনা হিংগৎহল্লম্মী। কুলনা মাগী মখোঙদা তুরম্মী অমসুং মাগী পূন্সি কনবিবগীদমক্ মাগী সেবা তৌজগে হায়রম্মী। নিংথৌ মচা-নুপীদুনা কুলনা হায়জবদু য়ারম্মী। অদুবু কুলাদি মবুকচেল ফত্তবী, মীগী মাঙ্নবা তৌগনবী মুপী অমনি। মহাক্না লিলনা চিক্পদগী হিংগৎহনবা ঙম্বা হিদাক অদু খঙবা পাম্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপী স্নো অমসুং কুলনা অমুম কোইরকপদা নাকোন নোপোরট হায়বা লমদু য়ৌরক্লম্মী। মখোয়না লমদুগী নিংথৌ মচানুপা অমা লিলনা চিকুনা চহী তরেৎলোম শিদুনা লৈরে হায়বগী পাউদু তারম্মী অমসুং নিংথৌ মচানুপী স্নোনা ঙাকশেন্দুনা লৈরিবা লৈকোলদুদা লাক্লম্মী অমসুং লৈকোলদু ঙাক্লিবা মপুদুদা

নিংথৌ মচানুপা থম্লিবা মফমতুদা চঙ্‌ননবা হায়রম্মী। মপুছুনা মহাকপু চঙহল্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপীহুনা লৈকোল ঙাক্লিবহুদা মহাকপু কাহুদা মথন্তা লৈননবা হায়রম্মী। অহুম ওইনমক্ কুলদি লৈরম্মী। নিংথৌ মচানুপীহু ঈরুজথোক্লম্মী অহুগা নিংথৌ মচানুপাহুদা হিদাক মহিহু তৈবীরম্মী। হিদাক্কু তৈবা লোইরক্‌পদা লিলগী হুশিংহু তপ্না তপ্না থোক্লক্কন্না অশাবা মনম্ অমা ফাওরক্লম্মী। মহাক্না মশাহু ঈংনবা অমুক হন্না ঈরুজথোক্কে খল্লম্মী। অহুদগী মাগী নিংথৌ মচানুপীগী ওইবা ফিজোলহু লোথোক্কন্না ঈরুজনবা তৌরম্মী। মাগী মফি-শিংহু কুলদা শিন্নরম্মী।

নিংথৌ মচানুপাগী অশিবা হকচাং অহুনা হিঙ্গংলক্‌পগী খুদম্ ফংলক্‌পহুদা মবুক ফত্তবী কুলগী পুক্নীংদা ফত্ত লৌশিংগী রাখল লাক্লম্মী। মহাক্না থুনমক্ মাগী মফিহু হোঙদোক্কন্না নিংথৌ মচা-নুপীগী ফিজোলহু শেৎচিল্লম্মী। নিংথৌ মচানুপা হিংগৎলক্কন্না হৌগৎলক্লম্মী অমসুং স্বর্গগী ঈশৈগী মখোল অমস্তু তারম্মী। মহাক্না মশক্ থিরবী কুলহু নিংথৌ মচানুপীগুম্ উরম্মী অমসুং মহাক্না মহাকপু শোয়দনা হিংহনবা ওইরম্‌গনি হায়না খল্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপী স্নোনা স্বর্গগী ঈশৈ অহু তাবদা মনুংদগী চেন-থোরক্লম্মী অমসুং কুলনা মাগী মফিশিংহু শেত্তুনা লৈরম্বহু উরম্মী। মহাক্না কুলদা মাগী মফিশিংহু পীরক্কবা হায়বম্মী অহুবু কুলনা মহাকপু মীনাইনুপীনি হায়হুনা থিনা চৈহুনা চৎখিনবা হায়রম্মী।

নিংথৌ মচানুপী স্নোনা নিংথৌ মচানুপা রিচিটপু নুংশিরম্মী মরম অহুনা মহাক্না নিংথৌ মচানুপাহু থাদোক্কনা কুলগী মথুক্তগী চৎপা পাম্লমদে। মহাক্না মীনাইগুম্না লৈরগে হায়না লেপ্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপা রিচিটনা হিংগৎলক্‌পদা নিংথৌ অমসুং মহা-রাণীহু য়াম্না হরাওরম্মী। মখোয়না স্নোবু নুংশিরম্মী অমসুং কুলনা

ম্নোবু নমথাক তৌবা ওইরমগনি হায়না থল্লম্মী। অদুবু মখোয়না কুলবু তাম্থোকপদি তৌরমদে। নিংথৌ মচানুপা রিচিটস্থু কুলবু চিংনরম্মী। অদুনা হাথু হাথুনা লুহোংবা তৌরমদে। অমরোমদা ম্নোদি খাঙপোকশঙ মচা অমদা লৈরম্মী অদুগা ভানু-য়েনশিং য়েং-শিল্লম্মী। মহাক্না কুলগী য়াথং মতুংইন্না কনামত্তগা রা ভাঙনরমদে।

নিংথৌ মচা রিচিটনা হায়রম্মী, মহাক্না কুলা লুহোংত্রিবৈগী মমাংদা তুরেলদা হিগী খোঙচৎ অমা চৎখিগনি। মহাক্না কুলদা হিগী মমাংথংবা শরুক্তা মমৈ হুইদেম শাবা ফিরাল অমা থেৎননব-গীদমক্ ফি মচেৎ অমা মচু শংননবা থারম্মী। মহাক্না অশেংবা নিংথৌ মচানুপী অমা ওইরবদি ফিরালদু কমদৌনা মচু শংগদগে অমম্নুং শেমগদগে হায়বদু খঙ্গনি।

কুলদি মহু করম্না তৌগদগে হায়বদু খঙলমদে। মহাক্না তৌফম্ খঙ্দ্রদুনা শাগুরদুনা ফিদু মচেৎ মচেৎ শেগাইরম্মী অদুগা থোঙনাউদা লংথোকখিরম্মী। মহাক্না মচু শংননবা মহি অদুম্নু লংথোরকপদা লৈবাক্তা হৈদোক্লম্মী। ম্নোনা শেগাইরবা ফি মচেৎশিং অদু খোমজিল্লম্মী অদুগা মচু শংলম্মী। মহাক্না মচু শংলবা ফি মচেৎশিং অদু খোমজিল্লম্মী অদুগা মচু শংলবা ফি মচেৎ মচেৎশিং অদু তাইশিল্লম্মী অদুগা পিক্তক্না রাশি লৈবা ফিরাল অমা শারম্মী। কুলনা ফিরালদু মুল্লম্মী অদুগা জ্ঞান তাদনা ম্নোবু ফুরম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচানুপাদুদা ফিরালদু মহাক্না শাবনি হায়রম্মী।

নিংথৌ মচা রিচিটনা কুলবু চিংনরম্মী অদুবু মহাক্না করিম্নু তৌবা ঙম্মদে। মহাক্না হিদু হোম্নবা তৌরম্মী অদুবু অঙক্পা থৌদোক্ অমা থোক্লম্মী মহুদি হিদু চৎলু হায়বা য়ারমদে। হিদুদা তোঙলিবা অমনা নিংথৌ মচাদা হায়রম্মী, "মহাক্না থোইদোক হেন্দোক্না অফবা মীদা করি পাম্বগে হায়বদু হঙদুনা মখোয়দা খুদোলপোৎ পীবদু কাউথোক্পদগী হি অসি থৌদোকপা য়াদ্রি-বনি।" নিংথৌ মচাদু তশেংনমক্ অদুম্না তৌবদু কাউথোক্লুরবনি।

মরুওইবা মীশিংনা কোয়না চত্তুনা হায়রিবা মীশিংহুদা মখোয়না করি পাম্বগে হায়বতু হঙলম্মী। কুলনা খুদোলপোৎকী-দমক্ অঙাংবা মুংগী অচৌবা মচেৎ অমা পাম্মী হায়রম্মী। অতোপ্প-শিংসু মাগী মাগী অপাম্বা হায়রম্মী। নিংথৌ মচানুপানা শুমক্তু পাংথোক্লম্মী অমসুং খুৎলায়গা লোয়ননা অহানবা মরুপ্তুদা হিহু থাঙনবা হায়রম্মী অহুবু মচি ফাওবা লেংলমদে। অহানবা মরুপ্তুনা হায়রম্মী, "অফবা মীওইশিংহুদি চৎথ্রমাল্লে। ঙাম্নু অমসুং য়েন মচা শেম্নরিবী মঙোন্দদি হঙলবরা? মহাক্তি তশেংনা অফবা মীনি।"

নিংথৌগী থবক্ তৌরিবা মরুওইবা মীশিংহুনা স্নোগী মমাঙ্গা চৎলম্মী অহুগা মহাক্লা করি পাম্বগে হঙলম্মী। স্নোনা হায়রম্মী, "নিংথৌ মচানুপানা মঙোন্দা করি পাম্বগে হায়না হঙলবদি মহাক্লা স্নো-রুদকী অপিকপা ফজরবা য়ুম অমা পাম্মী, য়ুমহুবু খুদোলপোৎ ওইনা পীবিরকুউ।

অঙকপা হায়জবা অমনি হায়না নিংথৌ মচানুপা রিচিটনা খল্লম্মী। মহাক্লা অহানবা মরুপ্তুদা হিহু থাঙনবা হায়রম্মী অমসুং ইরাই লাইনা থাঙবা য়ারম্মী। অহুদগী নিংথৌ মচা রিচিটনা কুলা অসি লোনম্ তৌবা মীনি অমসুং মহাকপু হিংগৎহনখিবা মীদি নিংথৌ মচানুপী স্নোনি হায়না খল্লম্মী।

হি অহুনা রোমানসাইগী লমদা থুঙলম্মী। নিংথৌ মচা রিচিটনা মফম্ অহুদগী পোংতু লৈনবা তৌরম্মী। মহাক্লা রোমান-সাইগী নিংথৌ অমসুং মহারাণীগীদা চংলম্মী তৌইগুম্বসুং কৈথেলদদি কনামত্তনা স্নো রুদকী ফজরবা অপিকপা য়ুমহু ফংলমদে। নীংবা কায়রবা নিংথৌ মচা রিচিটনা নিংথৌদা স্নো রুদকী অপিকপা য়ুমহু কদায়দা ফংগদগে হায়না হঙলম্মী। নিংথৌহু মহু তাবদা য়াম্না হরাও-রম্মী মরমদি পোৎসি পাম্লিবা মী অহু মহাকী মচানুপী ওইরমগনি হায়না খল্লম্মী। অহুদগী মহাক্লা নিংথৌ মচাহুদা স্নো রুদকী

অপিকপা য়ুমবু পাম্লিব। মীহুগী মওং মতৌহু করম তৌবগে হওলম্মী। মহাক্না নিংথৌমচানুপা ব্রিচিটনা মঙোন্দা নমথাক্ তৌরে হায়না থল্লম্মী।

অহুমওইনক্ মহাক্না ব্রিচিটতা স্নো র্ দকী অপিকপা য়ুমহু খুদোলপোৎ ওইনা পীরম্মী অহুগা ব্রিচিটকী হিহুদা মহাকী মী অমীথক্ খুদোলপোৎ পাম্লিবা নুপী অহু কনানো হায়বহু য়েংলুনবা থারম্মী।

নিংথৌ মচা ব্রিচিটনা ময়ুম য়ৌরবদা স্নো র্ দকী অপিকপা য়ুমহু মীনাইনুপী লৈশাবীহুদা পীরুনবা রোমানসাইদগী লাকপা মী অনীহু থারম্মী অমসুং মহাক্না মখোয়গী মতুংদা লোল্লা ইন্নরম্মী। নুপা অনীহুনা মীনাইনুপী অহু নিংথৌ মচানুপী স্নোনি হায়বা খঙলম্মী অমসুং মঙোন্দা ইকাইখুম্নবা কৌরম্মী।

নিংথৌ মচা ব্রিচিটনা অশেংবা নিংথৌ মচানুপী অহু কনানো হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না রারী পুন্নমক্ নিংথৌ অমসুং মহারাণীদা তম্লম্মী।

অহীং নোংয়াইদা স্নোগী অপিকপা য়ুমহু অচৌবা কোম্নুং অমা ওইরম্মী। মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌ মচানুপা ব্রিচিটনা কোম্নুংহু উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। থোঙশিং অহু মনুংদগী লোল্লম্মী। নিংথৌ মচানুপা ব্রিচিটনা হায়রম্মী, "ঐনা অশেংবা লাইবক্তা তম্লক্পা নিংথৌ মচানুপী স্নোগী মপুরোইবা ওইবা তারবদি ঐবু মনুংদা চঙহন্দুনা নিংথৌ মচানুপীগা উন্নহল্লু।" থোঙশিং অহু হাঙদোরক্লম্মী অমসুং নিংথৌ মচা ব্রিচিটনা চঙলক্লুনা নিংথৌ মচানুপী স্নোগা উন্নরম্মী। ব্রিচিটনা স্নোদগী রারী খুদীংমক্ তারম্মী।

নিংথৌ অমসুং মহারাণীনা য়াথং তৌহুনা সভাদা মী পূলহল্লম্মী। কুলবু মফম অহুদা পুরক্লুনা রাহং পাউথুম তৌহল্লম্মী। মাগী রারী খুদীংমক্লুদগী অচুম্বহু খঙলম্মী। মহাকী মরাল অহু মশানা য়াজরম্মী। মহাকপু মরালহুগী দণ্ড পীননবা য়াথং তৌরম্মী।

নিংথৌ মচানুপী স্নোগী থম্মোয়দি য়াম্না থোৎলি অমসুং মীয়ুংশি চাউই। মহাক্না কুলগী মরাল অদুবু ভাবপীরম্মী। কুলদু য়াম্না লাপ্পা জঙ্গল অমদা থাদোকখিরম্মী অমসুং মহাক্কী মবাল অদু-গীদমক্ অমুক হন্না হল্লক্কনবা হায়রম্মী। য়াম্না হরাও নুংঙাইনা নিংথৌ মচানুপা রিচিটগা নিংথৌ মচানুপা স্নোগা লোয়ননা লুহোং-লম্মী। মথোয় চহী কয়ামকম্লোম য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। ●

# অশিববু জয় তৌরবা নিংথৌ মচা

মেক্সিকোগী ফুঙ্গারারী

মতম অমদা মশক মতৌ ফজরবা নিংথৌ মচানুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না পৃন্সিগী অফবা থবকশিংদা শরুক য়ারম্মী অমসুং নুংঙাইয়না লৈবা পাম্লম্মী। মালেম লৈমগী লৈরোল্নুংদা ঈশ্বরনা লল্ পীবনিনা মহাক্কী লৈবাক্তা সনা লুপাগী অরাংপা লৈরমদে।

নিংথৌ মচানুপাতু লানশোক্নবা পাম্লম্মী অমসুং লান ঙম্নগা মহাক্কী অপীকপা লৈবাক্তু চাউথোকহনবা পাম্লম্মী। মঙোন্দদি পৃথিবীসি স্বর্গ ওইরম্মী। মহাক্কী অপাম্বা লোইনমক্ লৈরম্মী।

তৌইগুম্বসুং মহাক্না তাইবঙগী লম্বীসি উবদা জ্ঞান মম্লম্মী। মহাক্না মাগী মপা শিবা উরম্মী। অতুদগী মহাক্না লানফমদা মী চা কয়া শিবা উরম্মী। মহাক্না খ্বাইদগী নুংঙাইয়তবদি মাগা লুনা তিন্নবা মরুপ অমা ইখঙ্ খঙহৌদনা নহা ওইনা শিখিবা অতুদনি। নিংথৌ মচা-নুপাতু রাবা হৌরম্মী। মানা মাগী রাখলদা মীশিংনা শিবা অসি ফত্তে হায়না খল্লম্মী। মহাক শিবসু পামদে। পৃথিবীসি মঙোন-দদি স্বর্গনি। অতুনা মাদি অমর ওইবা পাম্মী।

মহাক্কী নুপীনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিং অসি কনামত্তা অমর ওইবা ঙমদে। ঐখোয় লোয়নমক লাক্লগা অমুক হনখিগদবা ঙাক্তনি। হিংলিঙৈদা নুংঙাইয়গদবনি তৌইগুম্বসুং সুম হিংতুনা লৈনবদি খনলুগনু।"

নিংথৌ মচানুপাতু জ্ঞান্ তারমদে। জিব পান্বা অমসুং হিংলিবা পাম্বীশিং অসি পোক্পসু য়াই শিবসু য়াই তৌইগুম্বসুং

মুংঙাই য়াইফনা পোল্লবা থোইদোক হেন্দোল্লবা মীশক অমগীদি অতুগুম্বা থাক্তুগী ৱাংমদা লৈবম্ভু য়াই।

মরম অতুনা মহাক্না অশুকপা উমং অমগী শুরুংদা লৈবা মমিং চৎলবা মুণি অমগী মনাক্তা চত্তুনা ৱারী শারম্মী। মুণিহুনা মঙোন্দা মাগী অপাম্বা লোইনা ফংলিবমক্তদা মঙোন্দগী করি অমুক পাম্লীবগে হায়না হঙলম্মী। নিংথৌ মচানুপাহুনা মহাক অমর ওইনিংবগী অপাম্বতু হ্কোংদোল্লকপদা মুণিহুনা মঙোন্দা হীরমতুগী মরমদা মুন্না অমুক্কুংগা খল্লুখো হায়তুনা পাউতাক পীরম্মী। মুণিহুনা মঙোন্দা পৃথিবীসিদা অমর ওইবা হায়বতু তশেংনা মমল লৈব্রা লৈতব্রা হায়-বতুসু খন্নমবা হায়রম্মী। অতুম ওইনমক মহাক্না চেকশিন্না মুন্না খল্লবা মতুংদা অমর ওইবা অতুমক পাম্লবদি থা অমগী মতুংদা মহাক্কী মনাক্তা অমুক লাক্কদবনি হায়রম্মী।

থা অমগী মতুংদা নিংথৌ মচানুপাহ উমংগী শুরুংতুদা অমুক লাক্লম্মী অমসুং শুরুংগী থোঙতুদা থিনবদা মাইখুম উপ্পী মুপী অমনা থোঙতু হাওদোল্লম্মী। মহাক্না মুপীতুদা মহাক্ মুণিতুদ অমর ওই-নবা লম্বী হঙবা লাক্পনি হায়রম্মী অতুদগী মহাক্না খঙনীংবনা খৌ-ৱাংতুনা মাগী ফজবতু য়েংনবা মুপীতুদা মাইখুমতু হাইদোল্লবা হায়রম্মী।

মাইখুম উপ্পী মুপীতুনা "ঐদি কজবী নত্তে, শকথিবীনি। তৌইগুম্বসুং নোংমদি নঙ ঐগী ওইরগনি অতুনা মতমতুতদা নঙোন্দা ঐহাক ইশামক শক্তাক্কনি।" হায়রম্মী।

নিংথৌ মচানুপাহুনা মহাক্কী মরৈবাক্তা মহাক্না অপাম্বমখৈ মতম চুপ্পদা ফংই হায়রম্মী। মহাক্না মুপীতুদা মহাক্কী মাইখুমতু হাইদোল্লবা তকশিল্লম্মী। মুপীতুনা মাইখুমতু হায়দোকপদদি করিসু য়াওদবা কোক্কী শরুক্তু উরম্মী। নিংথৌ মচানুপাহুনা লাউরম্মী, "ও, মঙদি অশিরনি, চৎখ্রো চংলো। ঐদি নঙগী দরকার লৈতে অতুগা

কৈদৌঙৈদসু পামসু পাম্লোই।”

মাইখুম উপ্পী মুপীহু খঙহৌদনা মাঙখিরম্মী। মুণিহু শুরুং মমুংদগী থোরক্লম্মী অমসুং নিংথৌ মচানুপাহুদা মহাক অহুমক অমর ওইবা পাম্লিবরা হায়না হঙলম্মী। নিংথৌ মচানুপাহু মহুদা চপ্ লেপ্লম্মী। মুণিহুনা মঙোন্দা যাহুগী পোৎলম খর পীরম্মী। নিংথৌ মচানুপাহুনা মহু লৌরম্মী। মুণিহুনা হায়রম্মী “মীকুপসিদগী নঙ অমর ওইরে। নঙনা অশিববু জয় তৌরে।” নিংথৌ মচানুপাহু নুংঙায়বনা চোঙখৎলম্মী অমসুং মাগী কোমুংদা হনখিরম্মী।

চহি কয়া হৌখিরম্মী। অমর ওইরবা নিংথৌ মচানুপাহু পূন্সিদা নুংঙায়বা য়াবমথৈ নুংঙায়না লেল্লম্মী। মহাক্লা লাল্ কয়া শোক্লরম্মী অমসুং মাইপাক্লম্মী। মহাক্লা লম কোয়রম্মী অমসুং মহৌশাগী ফজবদা শুন্নৎলম্মী। মহাক্কী মিংচং পাক শন্না শন্দোক্লম্মী। মহাক জয় তৌবা ঙম্দবা ওইরম্মী। অশিবফাও মাগা থেঙ্নবদা মাইথিরম্মী।

অহুবু ইখঙ খঙহৌদনা নোংমদি মহাক পূন্সিগী হঞ্জিন্ হঞ্জিন্বা মওংহুদা তন্থবা হৌরম্মী। মহাক্ মহাক্লা হেক পাম্লিবমথৈ লোয়না ফংলম্মী। মহাক্লা পূন্সিবু হেক ঙম্লিবমথৈ নুংঙাইথোক্লম্মী। অহুবু হৌজিক্তি পূন্সিসে মঙোন্দদি মহাক্লা নহালমথৈ খঙলমদবা অঙকপা অমা ওইররে। মহাক্লা পূন্সিবু খঙলুবা অহুমক্লা তন্থবা পোকপা হৌরম্মী। মহাক্লা পূন্সিগী য়াংমদা করি লৈরিবগে হায়বহু খঙনিং-বনা লাংতক্লরম্মী। শিখিবা মখোয়শিংদো মালংসিদা মাঙ্দি মাঙ্ লম্লোই। অহুদি মখোয় কদায়দা চৎলিবজাংনো? অতিয়াথক্সিদা মালেমসিদগী পূন্সিসি হেন্না নুংঙায়বা স্বর্গ অমা লৈ হায়বহু চুম্বজাংলা?

নোংমদি লানফমদা মহাক্কী অমত্তা ঙায়রবা মচানুপাহু শিরম্মী। মহাক মখায় য়াম্না শোক্লম্মী। মহাক শিনিংলম্মী। মহাক্লা অশিববু

মঙোন্দা লাক্লবা কৌরন্মী।

অশিবন্থু লাক্লমদে। নিংথৌ মচানুপান্থু অন্থুম অমর ওইন্থুনা লৈরম্মী। অন্থুদগী মহাক্লা মহাক্লী মরৈবাক সনা-লুপা, মরল-মথুম, অক্ষ-নুংঙায় ফজবা লোয়না থাদোক্লম্মী অমসুং হৌজিকফাওবা পৃথিবীসিদা মফম অমদগী মফম অমদা কোইচৎ চত্তুনা অশিবা থিন্থুনা লৈরি হায়। ●

# অশেংবা থাজবা

**পাকিস্তানগী ফুঙ্গারারী**

নিংথৌহু মহাক্কী শুঙ্গাৎনীংঙাই ওইনা ফজরবী অমত্তা ঙাইরবী লৈশাবী ফারবী মচানুপীহুবু য়াম্না নিংলম্মী। নখোয়না খঙলিবহুঙাই, মচানুপী হায়বসিমক্তবু মমা-মপানা য়াম্না থাজনা থমজৈ মখোয়না চাউশিল্লক্পদা মমা মপাগী রাখলদা হেন্না লুমশিল্লকই। অসুন্না নোংমদি মচানুপীবু নীংজবা মহারাণীহনা নিংথৌদা মচানুপীহুগী লম্বা চানবা অমা থিবা দরকার ওইরে হায়না পল্লম্মী। নুপীশিংনা অসি-গুম্বা হীরমশিংদদি হেন্না খঙজিল উশিল্লি। নিংথৌহু মহাক্না তারিবহু থাজরমদে অহুবু মহাক্কী পীক্লিবা লৈ অপোম্বগুম্বা মচানুপীহু মহাক্কী কোন্নুংদগী লৈনমনাস্তোক্লবা হোৎনরিবা তশেংনা মপুঙ ফানা শাৎলবা লৈ ওইরে হায়বা খঙলম্মী। নিংথৌহু মচানুপীগা কায়নবগী খল্লুবদা থাঙবা ঙম্নমদে অহুবু থুনা নত্রগা ইকুই কুইদনা মহাকপু লুহোংহনা পীখিনি হায়বা খঙলম্মী।

মথংগী নুমিত্তা কোন্নুংগী রা লাওথোকপশিংনা লৈবাক্তু থুঙনা চত্তুনা নিংথৌনা মচানুপীহুবু নিংথৌনা পীবা করিগুম্বা ফিভম্ অনীথক মাইপাক্লা তৌবা ঙম্বা নত্তা অমদা পীগনি হায়না লাওথোক্লম্মী। শেঙ্গেংগী য়ৈনবা ড্রম্ অমা কোন্নুংগী মপান্দা থম্লম্মী অমসুং লুহোংনবা লাকপশিংহুনা মহু য়ৈরগা মখোয়গী অনীংবা হায়গদবনি। মীরেপ্ ময়াম লাক্লম্মী, মরাইবক্ য়েংলম্মী অহুবু মাইথিহুনা মরল মথুম নাঙহুনা ইকায়না নীংবা কায়না হন্নরম্মী।

অসুন্না মতম্ য়াম্না শাংনা হৌখিরম্মী তৌইগুম্বসুং নিংথৌ

 নুপীহুবু ফংবদা কনামত্তা মাইপাক্লমদে। নিংথৌহু মহাক্কী

হুংশিজববী মচানুপীহুন কনামত্তনা পুবা ঙমদ্রে থনবদা হবাওরম্মী। অহুমওইনমক্ লুহোংবা লাকপা মাইপাকখিদ্রবশিংগী মশিং হেনগংলিবমথৈ নিংথৌ মচানুপীহুগী ফজবা নীংথিবগী মীংচত্তু থাপ্পা চৎখিত্তুনা অবাপ্পা লমদম অমদা লৈবা নিংথৌ মচা অমদা য়োরম্মী। নিংথৌ মচা অত্তুনা নিংথৌ মচানুপীগী পাউহু তাবদা হুংশিরম্মী অমসুং মাগী মবমদা খনবা হৌরম্মী। মমা মপাগী অমত্তা ঙাইবা মচা ওইবনিনা মহাকপু অহুগুম্বা অথাপ্পা লম অমদা চংপা য়াবোই হায়বা মহাক খঙলম্মী। নুংশিবা হাযবসি মমিৎ তাঙই অহুবু মহুগী লম্বী অমদি লৈ হায। অসুম্না নোংমা অমম্বা অচিকপা অহীং অমদা নিংথৌ মচাহু কোন্নুংদগী নান্থোক্লম্মী অমসুং মাগী থাজববা শগোলহুদা সনা, মনিমুক্তা মতীকচানা হাপ্লুনা মহাক্কী মঙলানগী নিংথৌ মচানুপীগী লমদম হুদা খোঙশাল্লম্মী। অবাপ্পা খোঙচত্ত য়োবহুনা মহাক মীংশঙশঙ অমদা লৈবম্মী। নুমিৎ নিনি মহাক্না মমিং-মনাশিংনা সহনহু কোইনা চংলম্মী। অনৌবা লমহুগী মঙং মতৌশিং অহু খঙ লবা মতুংদা নিংথৌ মচানুপাহুনা খ্বাইদগী ফজববা ফিজোল শেংলহুনা হুম্নীশুনা নুমিত্তা মহাক্কী থাজববা শগোলহু তোঙহুনা সনাকোন্নুংগীদমক্ খোঙশাল্লম্মী।

নুমিৎ কয়ানিবোম যৈদ্রনা শেঙ্গেংগী যৈনবহু য়েবা তাবক্পদা নিংথৌহু ঙক্লমী। কোন্নুংগী নুপা অমগা অনৌবা লুহোংনবা লাকপহু পুবক্লবা থাবম্মা। ঙহাক্কী মনুংদা নিংথৌ মচানুপাহু ময়াম মমাঙদা পুবক্লম্মী। শীংথানবা যাবা মগুংদা চঙশিল্লহুনা নিংথৌ মচানুপাহুনা নিংথৌগী নখোংদা সনাগী অমা কৎলহুনা ঙক্ নোল্লম্মী অমসুং ফজরবা মঙংদা ব্যবহার তৌহুনা মহাকপু ইকাইখুম্নবা উৎলম্মী। নিংথৌহু সনাহুনা অঙগা নিংথৌ মচাহুগী অরাংবা থাক্কী বাবহার মঙংহুদা পেল্লম্মী।

"নহাক্না মফমসিদা পোংশিং অসি পুহনা লাক্লিবা করিগীনো পাখঙ?" নিংথৌনা হংলম্মী।

"ইনিংথৌ, ঐহাক অরাপ্পা মকমদগী নিংথৌ মচানুপীগীদমক্ হায়বা লাক্‌চরিবনি। অদোমগী ফিভমতু পাঙথোক্লবা অমসুং মহাকপু ঙম্লবা ঐহাকপু খুদোংচাবা পীবিয়ু হায়দুনা নিজরি।"

নিংথৌনা হায়রম্মী, "পাখঙ, ঐহাকপু তশেংনা নঙনা পেলহল্লে তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না নঙোন্দা হায়রিবসিনি থৌনা ফরবা নহা কয়া ঐহাক্কী ফিভম মপুঙ্ ফাহনবা ঙম্‌দতুনা মাইথিব্রবনি অমসুং কো-মুংগী লনগৈদা মখোয়গী মরল-মথুম্ ময়াম থাদোক্লম্লগা নীংবা কায়না হন্নগ্রবনি। নহাক্না অতুম্না খল্লবদি অমুক্ হন্না খন্থবনা ফনি মসি অথুবা নত্তে মতম লৈরি অতুনা নুমিৎ অমদা অমুক্ লাকউ।

"ইনিংথৌ মতম য়াম্না শাংনা ঐহাক হীরমসিদা খল্লবনি অতুনা হীরমসিদা ঐ অমুক থেঙ্‌থররোই। মরম অতুনা অদোম্না পেনবী-রবদি ঐহাকপু চানবীতুনা হায়রিবা ফিভমতু খঙ্‌হনবীয়ু।"

পাখঙতু মপুক্নীং লেপ্লে হায়বা নিংথৌতুনা খঙলম্মী অমসুং হায়রম্মী, "ফিভম অনীতুগী মনুংদা অহানবসিদি য়াম্না চম্মী, মতুদি—"লুহোংবা লাকপা কাংবুগী মরক্তা নুপা নত্রগা নুপী কনামত্তা মকোক্তা পোকহৌবা য়াওরক্‌পা য়াদে।"

"অতুগা অনীশুবা ফিভমতুদি ইনিংথৌ?"

"করে নঙ অহানবগীসি তৌখো ঐনা নঙোন্দা লাইরোইদবা অমতু হায়দ্রিবৈগী মমাংদা।" অসি হায়রতুনা নিংথৌনা সভাহু লোইশিল্লম্মী অমসুং কোনুং মনুংদা চঙখিরম্মী।

কয়াদা নাতৈ চাখিদ্রবনো? অয়াম্বনা ৱাকৎনীংলমগনি অতুবু অশেংবা হায়বা তারবদি মতমতুদদি হায়নরিবসি নাতৈ চাদবা নত্তে। লুহোংবা হায়বসি মরুওইদবা থবক্ নংলমদে অতুগা লুহোংবা লাকপা কাংবু মরুওইনা নিংথৌ মচানুপাগী হায়বসিদি মীয়াম লোইনা চৎক-দবা পোকহৌবা মী য়াওদবা য়াররোইদবনি। অতুমওইনমক্ হায়রিবা নিংথৌ মচাসিদি থম্মোয় কায়রমদে অমসুং লুহোংবগী কাংবু অমুক পুথুনা লাক্লবা মহাক্কী নৈবাক্তা হনখিরম্মী।

নিংথৌ মচানুপাসিগী মমা মপাদু মচানা ইখঙ, খঙহৌদনা মাঙখিবদুদা লাংতক্করম্বগ তেক্ত-কাযদনা অমুক্ হল্লকপদুদা য়াম্না তরাওবম্মী। লুহোংবা কাংবুদু থানবা থৌরাংলম্মী। নিংথৌ মচানুপাদুনা অবাপ্পা খুদোংথিবা খোঙচও গী মবমদা হায়ব-হায়বদুনা মাগী মওংদু পাঙথোক্রবা নহা ওইবিবা মীশিংতমক্ চৎনবা খনবা ঙম্লম্মী। অদুম্ ওইনমক্ অচৌবা রাফম অমদি লৈবম্মী। মহাক মহাক্কী মমা মপা লুহোংবগী কাংবুদুদা যাওদনা কমদৌনা চৎকদৌবিবনো? মখোয অনীমক্ অহল ওইবে অমম্মুং পোক হৌবে। নিংথৌদুনা মহাক্কী মচানুপাদুনা করি গুম্বা খবা মঙোন্দা লোৎলে হায়বা খঙলম্মী। নোংমদি মহাক্না হৈশিংনা অমম্মুং অথৌবা লৌশিংনা মচানুপাদুবু অশেংবা হায়দোক্রবা থৌবম্মী। মহাক্কী মচানুপাগী খুদোংথিনীংঙাই ওইবদু তাবদুনা শিংলবা নিংথৌদু ইরাই লাইনা লম্বী অমা খঙলম্মী।

"নুংশিববা ইচাগুপা, নিংথৌদু য়াম্না শিংই অমম্মুং নঙোন্দা চলাক তৌনবা শোযদনা হোৎনবক্কনি। অদুনা নমাগা ঐহাক্কা দবকাব লৈবকপা মতমদা নঙবু লমজিং লমতাক্কবা অমম্মুং পাউতাক পীনবা নঙগা লোয়নবা চৎপা দবকাব ওই। তাইগুম্বম্মু ঐখোয়বু কনামত্তনা উদনবা মওংদা লৌগদবনি।"

লুহোংবা কাংবুদুগীদমক্ পোংচৈ অচা-অথক্ পুনবা উপুশিং অমম্মুং খাওশি মযাম অমা শেম শারম্মী। ময়ামসিগা লোয়ননা অচৌবা মথলগী চুপ্পু অনীথকম্ম শাঙলম্মী। নিংথৌ অমম্মুং মহাবার্ণাদু অচৌবা চুপ্পুশিংদুদা হাপ্পুনা লুহোংবা চংলিবা কাংবুদুদা যাওবম্মী।

হাযবিবা কা বুসিনা কোন্নুংগী মপান্দা কেম্প শাবগা অমম্মুং নিংথৌ মচানুপাদুনা কান্নুংদা মখোয় লাকপগী পাউ থাবম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌদু মাগী ফম্নাইবশিংগা লোয়ননা অহানবা ফিভমদু মপুঙ ফানা পাঙথোক্লে হায়বা মশা খঙনবা কেম্পতুদা

লাক্লম্মী। পেল্লহুনা মহাক্না নিংথৌ মচানুপাহুদা মহাক্কী অনীশুবা ফিভমদু হায়রম্মী।

"হয়েং মুমিৎ থোরক্লিভৈদা ঐখোয়গী মীশিংনা নঙগী কেম্পতা লুহোংবা লাকপা কাংবুগী মী খুদীংমক্কী চেং তোয়া (কিলোগ্রাম মঙাদগী হেনবা চাংগা মান্নবা) অমগা কুংনা শেন্নবা সর্ব্বট চফু অমমম্গা পুরক্কনি। হায়রিবা পুন্নমকসি মুমিৎ তাদ্রিভৈদা লোই-নমক্ চাথোক্কদবনি করিগুম্বা ঙমদ্রবদি নঙগী নরল নথুম লোইনা মৎকনি অমসুং কাংবুসি খোঙউপ্ য়াওদনা তানগনি। অদুগা নীংশিংগদবা অমনা চীঙ্গাক অমত্তা হুন্দোকপা য়াদে নত্রগা মরিক অমত্তা মাঙহনবা য়াদে।"

অকনবা য়াথংহুদা মহাক্কী নহা ওইরিবা লোয়নবশিংহু লম্বী অমত্তা পুথোকপা ঙম্নমদে। অহীং অথেঙ্বদা নিংথৌ মচানুপাহুনা মমা মপাদগী পাউতাক লৌননবা অচৌবা উপুশিংহু হাঙদোক্লম্মী।

মহাক্কী মপানা হায়রম্মী "অমুক্তা চেং শরুক্ খরতমক্ থোঙঙু অদুন্না তৌরবদি ময়ামদা য়েন্থোকপদা কনামত্তনা খজিক্তদগী হেন্না ফংলরোই। অদুন্না মুমিৎ চুপ্পহু তৌ অমসুং ঈশ্বরগী থৌজালদগী চাক লোইনমক্ চারনি অমসুং কনামত্তা মাঙহল্লরোই।"

"অদুগা চপ মান্নবা সর্ব্বটতসু তৌ," মহাক্কী মমানা হায়রম্মী। "অমুরক্তা চফু অমা নত্রগা অনীনা য়েল্লু অহুম্মাইনা তৌরবদি অমুক্তা কনামত্তনা য়াউম অমদগী হেন্না ফংলরোই অদুগা ঈশ্বরনা নঙবু থৌজানবীবা ওইসনু।"

মথংগী মুমিত্তা মুমিং হেক তাখিবা মতুংদা নিংথৌহু মহাক্কী অনীশুবা ফিভমদু পাঙথোকপা ঙম্নরোই অমসুং মহাক লন-থুম ময়াম অমা ফংলগনি হায়না মপুক্লীংদা চপ্ য়ুংনা খন্দুনা কেম্পতুদা চঙশিল্লম্মী। চাক মরু অমত্তা লেম্দবা অমসুং সর্ব্বট চফু লোই-নমক্ হাংহুনা লৈবহুদা মহাক ঙক্লম্মী। অদুগা তশেংনা খ্বাইদগী

ঙকৃপদি কাংবুহুগী মীপুম, খুদীংমক লোইনা হরাও তয়াম্লম্মী।

নিংথৌহুনা নিংথৌ মচানুপাহুবু কোল্লম্মী অমস্তুং মহাক্কী অঙম্বশিংহুদা অমস্তুং লুহোংবা লাকপা কাংবুশিংহুদা লুহোংবগী থৌরমহু কোনুংগী পাজিনা লেপ্পা অফবা পুংফম অমদা পাঙথোক্লগনি হায়দুনা লাওথোক্লম্মী। অহুদগী নিংথৌ মচানুপাহুদা ওনশিল্লহুনা হায়রম্মী, "পাখঙ, নহাক্না মাই পাক্না ঐগী ফিভমশিংহু পাঙথোক্লে অমস্তুং ঐনা মহুগীদমক্ ঐগী ইচানুপীবু নঙোন্দা লুহোংনবা লাও-থোক্লে। হায়রিবসি নিংথৌগী রাশক্নী অমস্তুং মসিদা নহাক চিংনবগী দরকার ওইদে। তৌইগুম্বস্তুং ঐহাক্না নঙোন্দা চিংনবা অমদি লৈরি। ঐহাক্কী অনীশুবা ফিভমহু অহল ওইরবা অমস্তুং অশিঙবা মীগী পাউতাক নত্তনা নঙনা করম্না পাঙথোকপা ঙমগদৌরিবনো হায়বসি ঐহাক খনবা ঙমদে। নহাক তশেংনমক হায়রিবা পাউ-তাকসি ফংলমগনি তৌইগুম্বস্তুং ঐহাক ইশামক, নহাক্কী কাংবুসিদা পোকহৌবা অমত্তা য়াওদে হায়বস্তু উরে। অহুনদি নঙ মসি কমদৌনা ওইথোক্লবা তৌরিবনো?

নিংথৌ মচানুপাহুনা তুমিন্না নিংথৌহুবু অচৌবা উপু অনী লৈরিবহুদা লমজিংলম্মা অহুগা উপুশিংহুগী মথুমশিংহু হাঙদোক্লম্মী অমস্তুং মহাক্কী মপা-মমাহুদা নিংথৌহুবু শকতাক্লম্মী। নিংথৌ অনীহু অমগা অমগা খ্বাইদগী হেন্না ইকায় খুম্মনা অমস্তুং ফজরবা ব্যবহারগা লোয়নননা উন্নরম্মী। মখোয় য়াম্না হরাওনরম্মী অমস্তুং কাংবুহু লোয়নমক্ ইকায় খুন্নরবা অতিথীশিং ওইনা কোমুংদা পুরক্লম্মী। নুমিং খরনি হরাও কুম্মৈ তৌরম্মী অহুদগী অফবা নুমিং অফবা পুংফম অমদা মশক্ মতৌ ফজরবা নিংথৌ মচানুপা অমস্তুং ফজরবী নিংথৌ মচানুপীহুগী লুহোংবহু পাঙথোক্লম্মী। অশেংবা থাজবহু অচুম্বা তাল্লিবহুদা খুৎশিন্নরম্মী। ●

# লুখ্রাবী অমগী গধাময়াম

চিনাগী ফুঙ্গাৱারী

মমাংঙৈদা চিনাদা য়াম্না শীংবা নহা ওইরিবা লল্লোনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না থৌনাফবা নুপা অমা ওইরম্মী অমসুং মফম অয়াম্বা শীন-থুংনা কোয়রম্মী। নুমিদাংদা সড়কী মতায়দা লৈবা মীথুংশংদা পোথারম্মী অমসুং লুট তৌবা হুরানবশিংদগী ঙাকথোক্লবা মথুন্তা থাঙশাং অমা মতম্ চুপ্পদা পায়রম্মী।

নোংমদি মহাক য়াম্না শাংনা চীংলক্তা লাকপদগী চোকথরম্মী অদুগা মাগী গধাশিংদুসু পোৎলুম পুবা ৱাদুনা চংপদা অসুম অসুম্ তপথরম্মী।

গধাশিংদু মাঙদা চিংলদুনা লল্লোনবা নুপাদুনা মখোয়শিংদু অহল ওইরে অশংবা লম্লাংদা থাদোকপীদুনা শজিক চারগা পোথা-হনবা মতম্ ওইরে হায়দুনা মথন্তা শোল্লম্মী।

অদুদগী অহল ওইরবা নুপা অমা উবদগী লল্লোনবা নুপাদুনা খাল্লগা মহাক অরাপ্পা লমদগী লাক্কুনা য়াম্না চোকথরে অদুনা অহীং য়ারেকপা য়াবা মীথুংশং খঙব্রা হঙলম্মী।

অহলদুনা লম্বীদুদা মথুং থিন্দুনা অহাওবা চাক য়েঙ্গাংসু ফংবা লুখ্রাবী চীয়াংগী মীথুংশংগী লৈফম্ তাক্লম্মী। অদুদগী অহলদুনা লল্লোনবা নুপাদুগী চোকথরবা অহল ওইরবা গধাশিংদু মিকুপ্মুক্ য়েংলগা হায়রক্ই — চীয়াং হায়রিবা নুপীদু গধাসু য়োনবনি, মাগী চাক-য়েঙ্গাংদোনা গধাশিংদুসু মমিং চৎপনি।

মদু তাবদা লল্লোনবা নুপাদু হরাওনা অহলদুবু থাগৎলম্লগা হায়রিবা মীথুংশংদু তান্না লাক্লম্মী।

হায়রিবা মীথুঙশঙসি অকোয়বদা ফজনা হৈকোল লৈকোল শেমহুনা য়াম্না লু-নানবা মফম, ওইরম্মী। মুঙ থাবা লম্বীহুদা গধাশিংহুনা চৎপগী কদ্রক, কদ্রকপা মখোল থোকপহুদা থোঙহু হাঙদোক্লরুগা হরাও তয়াম্বা মায়থোঙগী মুপী অমা থোঙজিন্দা লেপ্লহুনা খোইথুম্নরবা খোঞ্জেলদা লল্লোনবা মুপাহুবু তরাম্না ওক্লম্মী।

মুপীহুনা তাকুনা গধাশিংহু লল্লোনবা মুপাহুনা মখোয়গী থক্ষমদা মুংঙায়না থম্বীরম্নগা মৈঙালনা থল্লবা ফজনা শেম্লবা মী ফমফম কাহুদা চঙলক্লম্মী। মী য়াম্না মফমহুদা হান্ননা চা-থকুনা মখোয় মখোয়না চৎলুবগী রারী লীননা ফমহুনা লৈরম্মী।

মখোয় মশেল অমগা অমগা চীং ফাওহুনা, মাইকৈ থুঙনা অমসুং লম অতৈ অতৈদা ফনা য়াম্না চৎলুরবসু হায়রিবা মীথুঙশঙ-সিগুম মুংঙায়বা, ফজনা তৌবা মফম অতৈদা লৈতে অমসুং লুপ্রা-বীহুনা থোঙবা চাক য়েঙ্গাংহু অতৈগা মান্নদে য়াম্না হাওই অংগুম্বা অমুক্তা চাদ্রি হায়হুনা ঙাঙনরম্মী।

অসুন্না মখোয় লোয়না মুমিদাংগী চরা মবুক থন্না চারগা অমোনবা মুগানা শেম্বা ফমফমহুদা ঙাথহুনা পোথানবা মতমহুদা লুপ্রাবীহুনা গেহুনা শেম্বা কেক পুরকুনা টেবলদা থম্লম্মী অমসুং লম-কোয়বশিংহুনা হরাওনা চারম্মী। অহুবু নহা ওইরিবা লল্লোনবা মুপাহুদি চোকথমন্দুনা ময়াম মরক্তদগী থোরক্লগা ফমুং ময়াম থাবা অচৌবা কাহুদা মতাই ইথঙ, থঙবা অমা খল্লগা তুম্বা চঙলম্মী অমসুং মহাক য়াম্না থুনা তুমথখিরম্মী।

মানা পুং খর তুম্নরবা তুংদা করিগুম্বা অঙকপা মখোল অমদা মিকপ থোক্লকুনা মথুক্তা থাঙশাং পায়হুনা ফমুংদগী চোঙথরক্লম্মী। অতৈ মীশিংহুদি মুংঙায়না তুম্লম্মী। মহাক্না মিকুপমুক লেপ্তুনা লৈবদা শোম্থাংননা হায়রিবা মখোলহু অমুকসু তারম্মী।

মীথুঙশঙহুদা লুরানবা চঙলমাল্লে খন্দুনা তুমিন্না চৎলগা

থোঙনাওদগী মথংগী কাহুদা য়েংবদদি নুপী অমগী শকুম উবদা মহাক ঙক্‌মন্দুনা ময়া কারম্মী।

নুপীহুনা কাংখদগী অচৌবা তরং অমা চিংথোক্লুনা মখুম হাঙ-দোক্লম্মী। মহাক্কী মশমতু মরেংবান্দা শন্দোক্লুনা থাদোক্লম্মী অমসুং নুংশিংনা য়ৈবদা লিলদৌনা কোইপাই পাইরম্মী।

অঙকপী নুপীহুনা থোঙনাওরোমদা য়েংলক্পদা লল্লোনবা নুপাহু কিজহুনা মতুং হল্লম্মী। অহুদগী মহাক্না অমুক হঞ্জিন্দুনা য়েংবদা লুপ্রাবী চীয়াংহু ওইরম্বহুদা ঙক্কুনা থোঙনাওদগী লৈথোক্লম্মী। অহুবু নুপীহুগী মায়থোঙহুদা ফত্তবগী শক্লোন্‌ পুবহুদা মহাক্‌ করি তৌরিবনো হায়হুনা য়েংলম্মী।

লুপ্রাবীহুনা উপুদগী অপীকপা উগী শগোল অমা, উগী মী অমা অমসুং অপীকপা লাঙ্গোল অমা পুথোরক্কুনা লুক্‌থরগা লল্লোনবা নুপাহুনা তাবা ফংদনা মুৎম্‌, মুরুম্‌, শোল্লম্মী।

অহুদগী মাগী খোঞ্জেলহু অমুম্‌, অমুম্‌, হৌগৎলক্‌পগা লোয়-ননা উগী মুর্তিশিংহু লেঙবা হৌরম্মী। থুনমক্‌কাহু খোয়হুনা লৌরী শেন্নম্মী।

অহু লোইরগা উনা শাবা মুর্তিশিংহু অমুক্‌ থমজিনখিরম্মী অমসুং লৈমায়হু শিন্‌ থুঙ্‌না মরু খুবাম পায়হুনা চায়থোক্লম্মী। অহুদগী মিত্রংগী মরুহু লৈবাক্‌ শোক্লম্‌ শোক্‌ফাব্রিরৈদা অপীকপা গেহু পান্থীশিংহু ময়োল চোঙহুনা থুনমক্‌ কাহু থুঙনা পান্থীশিংহু হৌরম্মী।

লুপ্রাবীহুনা মহৈহু লোক্লুনা চক্রীদা তক্‌খায়রম্মী অমসুং মাগী মিত্রংগী গেহুগী অচাপোৎ শানবা য়াম য়াম্না লৈরে হায়হুনা মথন্তা পেন্না শোঞ্জরম্মী।

লল্লোনবা নুপাহু ফমুংদা রাখল খন্দুনা চঙলম্মী। মিত্রংগী অচাপোত্তুদা করি য়াওবঞ্জাৎনো খন্দুনা হীপখিরম্মী। অহুবু মহাক

মখোয় অতৈদৌনা অচাপোত্তু চাহৌদবহুদা নুংঙায়রম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা মানা ফমুংদগী হৌগৎলক্পদদি গধানা খোঙবগী মখোলনা মনাকোং থল্লম্মী অমস্তুং মানা য়েংবদা কাহু গধা অচৌবা-মচা ময়াম্না পীক্ থল্লম্মী।

অহুগা লম্কোয়বা ময়ামহুদি কদায়দা চৎপ্রবা হায়হুনা মথন্তা হঙজরম্মী। হৌখিবা নুমিদাংগী থৌদোক্তু নীংশিংলক্তুনা ফজবী লুপ্রাবী নুপীসিনা মিত্রংগী গেহুগী অচাপোত্তু পীজরগা মখোয় লোয়না গধা ওলহনখ্রে খঙলক্তুনা ফনা কুইনা রাখল থল্লগা মপোৎ মচৈ য়োমহুনা চৎনবা লুপ্রাবীহুদা হায়বা চৎলম্মী অমস্তুং মহাক চরা রান্নবা (ব্রেক ফাষ্ট) মতম লৈত্রে অহুনা লম্বীদা চানবা হাওরবা গেহুগী অচাপোত্তু খর পুখিগে হায়রম্মী।

লুপ্রাবীহুনা মিত্রংগী অচাপোত্তু খর য়োম্বীরম্মী অমস্তুং লল্লোনবা নুপাহুনা নুপীহুগী থৌজানগীদমক্ থাগৎলম্মী অমস্তুং মহাক্না হল্লক্পদা অমুক্ মীথুঙশঙহুদা চঙলক্কনি হায়রম্মী।

নুমিৎ খরনিগী তুংদা লল্লোনবা নুপাহু হল্লক্লম্মী অমস্তুং মীথুঙ-শঙহুগী থোঙদা থিল্লম্মী। মহাক্ উবদা লুপ্রাবীহু ঙক্তুনা খর ফুইনা হোল্লম্মী।

নুপাহুনা মহাক্ মফমহুদা অমুক্ হল্লক্পহু নুংঙায়; লম-কোয়বা খরা থেঙনহুনা নুপীহুনা য়োম্বীবা গেহুগী অচাপোত্তু মখোয়না চাথোক্খিহুনা মাদি অমত্তা চাবা ফংহৌদ্রে হায়রম্মী।

মহু তাবদা লল্লোনবা নুপাহু কৈদৌবগী গধা ওল্লিবনো হায়-হুদা ঙক্রে। লুপ্রাবীহুনা মানা অহুম্না চাদহুনা লাম্বহু নুংঙায়তে, হৌবদা ঙাইরিবা অচাপোং লৈরে হায়হুনা অর্থ লৈনা মোমোন নোক্লম্মী।

অশিংবা লল্লোনবা নুপাহুনা মানা পুরক্পা অচাপোত্তু সু

মহাও য়েংউ, লৈবাক্তুদা য়াম্না হৈবা মীনা শাবনি অতুগা করম্বনা হেনবগে বীচার তৌ হায়রম্মী।

নুপীতুনা হোয় হায়রম্নগা চা লৌবা চৎখিরম্মী। মপূক্লীংদা অপঙবা নুপাতুদা মিত্রংগী অচাপোক্তু পীজনবা মতম্ লৈরি খল্লম্মী।

নুপীতুনা থোকখ্রিডৈদা লল্লোনবা নুপাতুনা মাগী খাউদগী গেত্নগী অচাপোৎ ময়াম অমা লৌথোক্লম্মী। হায়রিবা অচাপোৎসি লুখ্রাবীতুনা হান্না মহাক্কী খোঙচত্তুদা চানবা য়োমখিবশিং অতুমক্নি। অতুগা মখোয়শিংতুগী মরক্তা চুম্নগী অচাপোৎ কেক্ অমা হাপচিল্লম্মী।

মবান্নী পুন্না কম্মিন্নতুনা চা থক্লম্মী অমসুং লল্লোনবা নুপাতুনা লুখ্রাবীতুদা অচাপোক্তু পীরম্মী। নুপীতুনা মিত্রংগী নত্তবা অচম্বা অমা য়াওবতু চেকশিন্না খন্দোক্তুনা চাবা হৌরম্মী অমসুং অচাপোক্তু য়াম্না হাওই মাস্থু অতুগুম্বা শাগনি হায়রম্মী।

লল্লোনবা নুপাতু নুপীতুনা মথং অচাপোৎ অমমুক্ লামখিবতুদা নোক্লম্মী। নুপীতুনা মতু চাথ্রবদা লল্লোনবা নুপাতুনা মহাক্ মশানা শাজখিবা অচাপোক্তুনি হায়রম্মী।

মতু করম্না ওইথোক্কদোরিবনো হায়তুনা নুপীতুনা পাখত্তুনা হঙবদা লল্লোনবা নুপাতুনা গেত্নগী অচাপোক্তুগী অরোনবা মহাক খঙই অমসুং মতৌ করম্না শঙ্গোলদা মতম চুপ্পা ফজবা নহা ওইবা গধা ঙাক্তা লৈরিবনো হায়বস্থু লোয়না খঙই হায়দোক্লম্মী।

লুখ্রাবীতুনা অকিবগী মশক্ ফংনা লাউরম্মী অতুবু মহাক্কী মনাতু মচু ওন্দুনা শাংদোরক্লম্মী। মাগী অশাওবা খোঞ্জেলতুনা গধানা খোঙবগী মখোল ওল্লক্লম্মী অমসুং হায়রিবা লুখ্রাবীতু ফজথ্রবা গধা ওনখিরম্মী। ●

# উগী শামু

শ্রীলঙ্কাগী ফুঙ্গারারী

মমাংঙৈদা ইনাকখুনবা, মিহৌ চাউবা চন্দাপজোতা কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। নিংথৌসিগী অহাঙবা মতম অয়াম্বদা মহাক্কী মপোং–মচৈ য়েংহুনা লৈরম্মী অমম্মুং শেল থম্ফমদা পৈশা মশীং থিবা নত্রগা মাগী লৈজবা শামুশিংগী মশিং থিবনা হেন্না মুংঙাইজরম্মী। নিংথৌ চন্দাপজোতাগী মতমদা মী অমগী মরল মথুমসি মাগী অরৈবা শামু মশিং থিরগা ওইনা ওন্নরম্মী।

নোংমা নিংথৌসিনা মাগী মন্ত্রিগা চংমিন্নবদা মহাক্না পৃথিবীগী মমুংদা খ্বাইদগী ঈনাক খুনবা মরাইবক্ ফবা নুপানি হায়রম্মী। মতুদা মন্ত্রিহুনা নিংথৌ উদেনা কৌবা অমা মখোয়গী লৈবাক্না থঙ্ননা লৈরিবা অতুদি মরল মথুম য়াম্না লৈ, মাগা চাংদম্নবদদি অতৈশিংসি লাইরবগা মান্নে হায়রম্মী।

মতু তাবদা নিংথৌহু য়াম্না মুংঙায়রমদে অমম্মুং পীশুম্ শুক্লহুনা হায়রিবহু করম্নোনে নিংথৌশিংগী মরক্তা মানা অচৌবা লালহৌবনি অতুগা কনামত্তনা মঙোন্দগী হেন্না মরলম্মু লৈতে হায়রম্মী।

হায়রিবা নহা ওইরিবা নিংথৌসি পৃথিবীসিগী শামু অমা হেক্তা ফাবা ঙম্বা মিত্রং হৈ অমম্মুং মহাক্কী মিত্রংগী খোঙ্নবা যন্ত্রদগী থোরকপা ঈশৈনা অচেনবা শামু লেপহনবা ঙম্মী হায়না মন্ত্রীহুনা খুম্নম্মী।

নিংথৌ চন্দাপজোতাহু অতোপ্পনা মঙোন্দগী হেন্না শামু লৈ হায়বহুদা খাঙবা ঙম্নমদে অমম্মুং খুদক্তা মানা হায়রিবা মিত্রংহু তম্বা ঙম্নবা কমদৌসিগে হায়হুনা খনবা হৌরম্মী।

হুমিৎ কয়ানিরোমগী তুংদা নিংথৌহুনা মাগী লৈবাক্তা লৈবা হৈশিংবা মী লোয়না কৌরগা অহীংবা শামু নত্রগা শগোলদগী হেন্না য়াঙবা ঙম্বা উগী অহোবা শামু অমা শাউ হায়হুনা য়াথং তৌরম্মী।

শামুহু শাবা লোইরকান্দা নিংথৌহুনা য়েংবা চৎলম্মী অমসুং মাগী লাম্মীশিংদগী অকন্বা লাম্মী হুমফু অহোবা শামুহুদা হাপচিন-গদবনি হায়রম্মী।

শামুহুগী মন্নুংদা হায়রিবা লাম্মী হুমফুহু য়াওরগা নিংথৌ উদেনাগী লৈবাক্কী সিমনা তম্না চৎখিরম্মী।

ইকুই কুইদনা ঙক্লবা চাউরবা শামুহু নিংথৌ উদেনাগী মী-শিংনা উরক্তুনা নিংথৌগী কোন্নুংদা পাউ তাকপা চেনখিরম্মী।

পাউহুদা পুক্নীং চিঙশিল্লহুনা নিংথৌ উদেনাহু মাগী মিত্রংগী যন্ত্রহু পুরহুনা শামুহু ফানবা খোঙশাল্লম্মী অমসুং য়াম্না থুনা হায়রিবা শামুহু উরম্মী। অহুবু শামুহুদি নিংথৌ চন্দাপজোতাগী লৈবাক-লোমদা চেনবা হৌরম্মী।

নিংথৌ উদেনানা মন্ত্র থিহুনা মাগী মিত্রংগী যন্ত্র খোঙবহু অরেম্বা তারম্মী অমসুং য়াম্না য়াঙনা পাইবগুম্ চেল্লিবা উগী শামুহু করিমত্তনা লেপ্হনবা ঙম্লমদে।

মাগী যন্ত্রগী মখোন্দা লেপ্তবহুদা নিংথৌহুনা অঙক্পা শামুনি থন্দুনা মঙোন্দগী নাম্ভোকহল্লরোই হায়হুনা মাগী শগোলহুদা থুনা চোঙখত্তুনা শামুহুগী মতুংদা শগোল থৌরম্মী। মাইল কয়ামরুম মানা শামুহু ইন্নরবসু মহাক্কী শগোলহু য়াম্না শাল্লমদে। অহুমওই-নমক্ নিংথৌহুদি ইরাই লাইনা থাদোক্কদবা মীতা ওইরমদে অমসুং শামুহুনা হেক লেপত্রিবফাওবা অহুম তান্নরম্মী।

নিংথৌ চন্দাপজোতাগী লাম্মীশিংনা শামুহুদগী থোরক্পকান্দা নিংথৌহু মাগী শগোলহু লেপ্পবা মতম্ ফংলমদে। শামুহুগী মবুক্তগী লাম্মীশিং চোঙথোরকপা উবদা ঙক্লবা নিংথৌ উদেনাহু ৱাখল

থোকপা ওমদ্রিবৈদা লান্মিশিংহুনা ফাহুনা মখোয়গী নিংথৌগী মনাক্তা পুবন্মী। নিংথৌ উদেনাহ্ন মহাক্পু মীনম্বা লাং থাক্পনি খঙলক্পদা য়াম্না শাওনীংলম্মী অমসুং মাবু ফাবিবশিংহুদা কবিগী অহুম্না মাবু ফাবিবনো হঙলম্মী।

নিংথৌ চন্দাপজোতাহু মহাক্কী মীনম লাংহু মাই পাক্পহুদা সুংঙাযবর্মা অমসুং মবৌনৈনা নোক্লহুনা নহা ওইবিবা মশক্ মতৌ ফজবা নিংথৌহুদা মঙোন্দা মানা হৈবিবা মহৈহু (মন্ত্রহু) তম্বীববদি নিংথৌহু অশোয অঙাম যাওদনা মবৈবাক্তা অমুক্ হনখিবা যানি হায়বম্মী।

পাউখুম পীদ্রিবৈদা নিংথৌ উদেনাহু ঙহাক থল্লগা নিংথৌহুদা মহৈহু তম্বীবগে অহুগা মহাক্কী ওজাশিংগী মবক্তগী খ্বাইদগী হৈশিংবা অমদা ব্যবহার তৌবগুম মঙোন্দসু শোগদবনি হায়বম্মী।

মহু তাবদা নিংথৌ চন্দাপজোতাহু ঙক্না মযা কাবম্মী। নিংথৌ অমা ওইনা মাগী পুন্সিদা মী খুদাংমব্ মাগী মখাদা লৈবনি থল্লম্মী অমসুং অতোপ্পা অমা ব্যবহার তৌবা হাযবসি মঙোন্দা মগুণ হন্থবনি।

নিংথৌহুনা উদেনাদা অমুব মঙোন্দা ব্যবহার তৌবা মীশক্ অমদা হেওা মহাক্কী মহৈহু তম্বীগদ্রা হঙবদা তম্বাগনি হাযনা খুম্নম্মী।

মহু তাবদা নিংথৌ চন্দাপজোতাহু রাখল্ অমা লাক্লম্মী। মহাক্কী মশক্ মতৌ যজববী মচানুপী বাস্থুলাদত্তদি মহৈহু তম্বা যাগনি অহুব মহা। মচানুপীহু মশক্ মতৌ ফজবা নিংথৌহুগা সুংশিনখিগদ্রা খন্দুনা নিবম্ম। ঙহাক কন্না খল্লগা থৌবাং অমা খঙলহুনা নিংথৌ উদেনাদা মহাক্কী মনম্ পোনবা মচানুপী অমা লৈ, হাযরিবা মচানুপীসিনা নিংথৌহুদা মানা পান্নীবা ব্যবহারহু চংলবদি মঙোন্দা মহৈহু তম্বীগদ্রা হাযনা হঙ্বদা নিংথৌ উদেনাহু মশানা য়ারম্মী।

নিংথৌ চন্দাপজোতানা অমুক মাগী মচানুপীতু মহাক্কী মনম পোন্‌বতুদা ইকায়জজৈ অতুনা মাবু তম্বীবা মতমদা পর্দা অমা খন্‌-গনি হায়রম্মী।

হায়নরিবা পুম্বসি য়ানরকান্দা নিংথৌতুনা লোইনা হায়রম্মী। অতুগা মহাক্কী ওজা ওইগদৌরিবা নিপাসি কুষ্ঠীনা নাবা মরম্না তম্বীবা মতম্‌দা মাগা উন্নদনবা পর্দা অমা খন্‌গনি হায়রম্মী।

মথংগী নুমিত্তগী হৌনা উদেনানা বাস্থলাদত্তদা মিত্রংগী মহৈদু তম্বীবা হৌরম্মী। অহানবা নুমিং নিনিদি মহাক পুক্লীং চঙনা তাতুনা নিংথৌতুনা হায়রিবমথৈ তম্লম্মী। তুম্নি শুবা নুমিত্তদি বাস্থ-লাদত্ত পুক্লীং চঙ্‌বা রাংলম্মী অমসুং মমাংগী নুমিংশিংদা তমখিবতু নীংশিংবা ঙম্লমদে অমসুং লানবা হৌরম্মী। মহাক্না তোয়না লানবা অতুদা মমৈথংদা নিংথৌ উদেনাতু খাঙবা ঙম্লক্তুনা শাওরম্মী অমসুং নিংথৌ মচানুপীতুদা অপঙবী নম্বোনবী জীব নঙদি চহী চাম্মা তম্লবসু হৈররোই হায়তুনা লাওরক্লম্মী।

মহাকপু অতুম্না কৌতুনা চৈরক্‌পতু তাবদা বাস্থলাদত্তসু শাও-মন্‌খিতুনা তমখিরবা কুষ্ঠী থুঙবা নুপানা মঙোন্দা অতুম্না চৈতুনা ইকায়বা পীবগী করি মথৌনা লৈ হায়তুনা শাওনা খুম্লম্মী।

নিংথৌ উদেনাসু অহম্না হায়রক্‌পতুদা শাওমন্দুনা খৎনরগে হায়তুনা পর্দাতু শেগায়রম্মী।

মবান্নী অমনা অনবু উন্নরকান্দা নিংথৌ অমসুং বাস্থলাদত্ত অনীমক্ ঙক্লম্মী। নিংথৌ চন্দাপজোতানা হায়বগুম্না মবান্নী কনামত্তসু ফিভম শোয়রমদে। নিংথৌ উদেনানা হেক্ উবদগী বাস্থলাদত্তনা খ্বাইদগী হেন্না ফজবী নুপী ওইরম্মী অমসুং খুদক্তা মাবু নুংশিরম্মী। হায়রিবতুমক্ বাস্থলাদত্তদসু থোক্লম্মী। তশেংনা নিংথৌ উদেনাতু মশক্ মতৌ ফজবা নুপা ওইরম্মী।

মবান্নী লৌনম হৈবা নিংথৌ চন্দাপজোতানা তৌরিবত্থু করিনো খঙ্লম্মী অমস্তুং বাস্থুলাদত্তনা নিংথৌ উদেনাবু নাম্থোক্লবা মতেঙ্, পাঙগনি হায়দুনা ৱাশক্লম্মী।

মপানা মঙোন্দা মহৈত্থু হৈরব্রা হায়দুনা হঙলক্পা খুদীংদা বাস্থুলাদত্তনা মহাক থুনমক্ মহৈত্থু লোইনা খঙ্লগনি হায়রম্মী।

নোংমদি মহাক্না মপাদা মহৈত্থুদি খঙলে অদুবু লৈবাক্কুগী খ্বাইদগী লাপ্পা মফমদা হৌবা পাম্বী মখল্ অমা মহাক্না ফংবা ঙম্লবদি মহৈত্থু হেন্না মহৈ য়ানগনি অমস্তুং হায়রিবা পাম্বীসি তশেংবদি নিংথৌ উদেনাগী লৈবাক্কী সিমনা খক্তদা ফংই হায়রম্মী।

নিংথৌ চন্দাপজোতাদু মহৈত্থু শিজিন্ননীংবগী মিহৌবনা মচাস্থুপীদুনা হেক পাম্লক্পদা লৈবাক্কুগী সিমনা য়োৌরফাও থোঙ্গাল লোয়না ফাওদুনা চংখিনবা থোঙাক্পশিংদুদা হায়রম্মী।

নিংথৌ উদেনা অমস্তুং বাস্থুলাদত্তনা খাঙবা কন্বগা লোয়ননা নোংমা নিংথৌ চন্দাপজোতানা শাদানবা চংখিনত্থু ঙায়রম্মী অমস্তুং য়াম্না থুনা মবান্নী সনা খাউ অমা পূদুনা শগোল অমা তোঙলগা কোন্নুংগী থোঙ্গালশিং লান্না চংখিরম্মী।

মখোয়না সিমনা য়োৌরমদাইদা নিংথৌ চন্দোপজোতাগী লাম্মীনা মবান্নীবু ফারম্মী। নিংথৌদুনা সনা খাউত্থু হাঙদোক্লগা সনা ময়েক্কু মাগী অকোয়বদা চায়খায়রম্মী। লাম্মীত্থুস্থু মখোয়গী নিংথৌগী মতৌগুম্ মিহৌবনিনা সনাদু খুন্নবা তান্নবত্থু তোক্লম্মী।

বাস্থুলাদত্ত অমস্তুং নিংথৌ উদেনা শোয়দ ঙামদনা চংখিরম্মী।

নিংথৌ চন্দাপজোতানা থৌদোক্কু তাবদা শাওরম্মী। শাওমন্খিবনা তৌকম্ খঙ্দনা লৈবাক্তা মখোঙ থিল্লম্মী অদুবু হৌজিক্তি নিংথৌ উদেনাদা ফত্তবা অমত্তা তৌবা ঙম্লম্দে। ●

# লিল্

ইটলিগী ফুঙ্গাৱারী

খুঙ্গং অমদা লৌউবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচানুপী অহুম্ লৈরম্মী। নুমিৎ খূদীংগী মহাক্ লবুক্তা থবক্ শুবা চৎলম্মী অমস্তুং মচানুপীশিংতুনা পালি নাইনা লবুক্তা মহাক্কী চানবা হেক্ হেক্ পুরম্মী। নোংমদি মপাগী চানবা পুবতু মচানুপী অহলতুগী পালি তারম্মী।

লবুক্ চৎপগী লম্বেলদা অশুক্পা উমং অমস্তু লৈরম্মী। হায়রিবা নুপীমচাসিনা উমংতু য়োরক্পদা মহাক চোকথরম্মী অমস্তুং ঙহাক পোথানবা হায়তুনা ফমথরম্মী। মফমতুদা নুংজাও অমগী মথক্তা ফম্লিন্নৈদা মহাক্না করিগুম্বা অমা তারক্পগী মখোল অমা তারম্মী অমস্তুং মাইকৈ অদোমদা য়েংলম্মী। মহাক্না অকিবগী মশক্ ওইরবা চাউরবা লিল্ অমা মঙোন্লোম্দা তপ্না তপ্না চঙ-শিল্লক্পতু উরম্মী। মফমতুদা মহাক্না চানবা ময়োমতু থাদরম্লগা ঙমজবী থাতুনা য়াঙ্না চেল্লক্লম্মী। নুমিত্তুমদি লৌউবা নুপাতু চাক্ চাবা ফংদতুনা লাক্লম্মী। নুংথিলদা মহাক্না ময়ুম্ হল্লক্পদা মহাক্কী মচানুপীশিংতুদা য়াম্না শাওরম্মী।

মথংগী নুমিত্তুদি মপাগী চানবা পুবতু মচানুপী য়াইমতুগী পালি ওইরম্মী। মহাকস্তু উমংদা পল্লম্মী অমস্তুং চপ্ মান্নবা নুংজাও মথক্তুদা পোথানবা ফম্লম্মী। মহাকস্তু অচৌবা লিলতু উরম্মী অমস্তুং চানবা ময়োমতু থাদরম্লগা চেল্লক্লম্মী। নুমিত্তুমস্তু লৌউবা নুপাতু মহাক্কী চানবা ফংলমদে। হৌজিক্ লবুক্তা চৎনবা মচানুপী অহুম-শুবীতুগী পালি লাক্লম্মী। মহাক্তি অশিংবী অমস্তুং মথোনা লৈবী

নুপীমচানি। মহাক্না চানবাময়োম অমগী মহুত্তা অনী শেম্লন্মী। উমংতু য়োম্নকান্দা মহাক্না লিল্‌হু উরন্মী তৌইগুম্বম্সুং মহাক কিন্নমদে। মহাক্না চানবা ময়োম অমা লিল্‌হুদা পীরন্মী। চাউরবা লিল্‌হনা নুপীমচাহুদা ব্রা ঙাঙ্‌লখী অমসুং মঙোন্দা মহাক্‌পু অফবা মঙ্গল পুন্নরুব ময়ুম্‌দা পু হায়রম্মী। মহাক্না লিল্‌হুবু মহাক্কী মফিদা হাপচিল্লম্মী অমসুং ময়ুম্‌ য়োরগা মংবু মহাক্কী ফমুং মথাদা থম্লম্মী। মতম্‌ খরগী মতুংদা লিল্‌হু য়াম্না চাউরক্লম্মী মহুদি ফমুং মখাদা লৈবা চল্লমদে মরম্‌ অহুনা লিল্‌হু চংখিরন্মী। চক্রিবৈগী মমাংদা লিল্‌-হুনা নুপীমচাহুদা মিত্রংগী শক্তি অহুমথক্‌ পীরন্মী। অহান্‌বহুদি মহাক্না কপ্পকান্দা পিশিংহুনা মণি-মুক্তা অমসুং লুপা ঙন্‌গনি, মহাক্না নোক্‌পদনা মাগী মকোক্তগী কম্ফোই মরু তারকনি অমসুং অহুমশু-বদনা মহাক্কী মখুৎ হাম্বদা মখল খুদীংমক্কী ঙা মহাক্না থোকহন্‌গনি।

নোংমদি য়ুমহুদা চানবা অমত্তা লৈরমদে। নুপীমচা অতোন-বীহুনা মহাক্কী মখুত্ত (বেসিন্‌দা) হাম্লন্মী অমসুং মখল খুদীংগী ঙা থোরক্লম্মী। মহুদা মচে অনীহু কল্লক্লম্মী অমসুং মথোয়না মপাদা মনাওনুপীহুবু কা অমদা শো লোনশিন্দুনা থমহল্লন্মী। নোংমা নুপী-মচাসিনা মহাক্কী কাগী থোঙনাও মনাক্তা লেপ্লম্মী অমসুং মপান্দা নিংথৌ মচানুপানা বোল শান্নরিবা নিংথৌগী লৈকোলহুদা য়েংলম্মী। মানা সুম্‌ য়েংলিঙৈদা নিংথৌগী মচাহ্‌ নাস্থ্‌হুনা লৈমায়দা তুরম্মী। মহুদা নুপীমচাহু নোক্লম্মী অমসুং মহাক্না নোক্‌পদা মহাক্কী নকোক্তগী কম্ফোই মরুশিং নিংথৌগী লৈকোলহুদা তারম্মী। নিংথৌ মচানু-পাহুনা কম্ফোই মরুহ্‌ কদায়দগী লাক্লিবনো হায়বা লংজিল অমত্তা খঙ্‌লমদে মরমদি নুপীমচাহুনা থোঙনাওহু খুদক্কা থিঙজিল্লম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌ মচানুপাহুনা লৈকোলদা শান্নবা লাক্‌পদা কম্ফোই পাম্বীশিংহু উহৈ পান্‌বা থেঙ্‌নরম্মী। নিংথৌ মচানুপা-হুনা উহৈশিংহু হেক্কে তৌবদা উহু মহাক্কী মমিং মমাংমক্কদা ব্রাংখৎ-খিরম্মী। কনামত্তনা উপাম্বীহুদগী মনা অমফাও হেক্‌পা ঙম্লমদে।

নিংথৌনা লৈবাক্কুগী অশিংবা মী লোইনা কৌরম্মী অমসুং মিত্রংচুগী রাহম্বোক হঙ্লম্মী। মখোয়শিংতুদগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা অমসুং শিংলবতুনা নিংথৌদা উহৈচু লৈশাবী অমথক্কুংনা হেক্পা ঙমগনি অমসুং নিংথৌ মচানুপাগী কৈন্যা ওইগনি হায়রম্মী।

নিংথৌনা লৈবাক্কুগী নহা ওইরিবী নুপীমচাশিং লোইনমক্ লাক্নবা অমসুং মখোয়গী মরাইবক্ য়েংনবা য়াথং পীরম্মী। লৌউবা নুপাচুগী মচানুপী অনীচুফাও মখোয়গী মরাইবক্ য়েংবা লাক্লম্মী অচুবু ঙমদচুনা লৈমায়দা তুরম্মী। নিংথৌচু মফমতুদা লাকপা নুপীমচাশিংগী মশিংতুদা পেল্লমদে মরম্, অচুনা মহাক্না য়ুম্ খুদিংমক চংচুনা থিরম্মী অমসুং অতৈ নুপীমচাশিং ফংলম্মী। হায়রিবা নুপীমচাশিংসিগী মরক্তা লৌউবা নুপাচুগী অচুম্শুবী মচানুপীচুসু য়াওরম্মী। মখোয়না মহাকপু উ পাম্বীচুগী মনাক্তা পুশিল্লক পদা উশাশিংচু নেমথরক্লম্মী অমসুং মহাক্কী মখুত্তা চপচানা কম্ফোইচু থম্লম্মী। অঙকপা মতৌচু উবদা মীপুম্ খূদীংমক্ কৈন্যা ফংলে হায়চুনা লাউরম্মী।

লৈবাক্ পুম্বচু লুহোংবচু লাক্পদা লোইনা হরাও নুংঙায়রম্মী। লুহোংবগী শেমশাবা পুম্নোই লোইরম্মী। মচে অনীচুসু লুহোংবা কাংবুচুদা বাক্তোন তৌরম্মী। লুহোংবা নুমিত্তা কৈন্যা ওইগদৌরিবীচু কৈন্যাগী ফিজোল শেত্তুনা থৌরাং লোইরম্মী অমসুং মখোয় অচুম্মক্ লোইনা শগোল গাড়ীদা তোঙচুনা কোন্নুংদা চৎলম্মী। অচুম্ওইনমক্ শগোল গাড়ীচু উমং ময়াইদা লেপ্লম্মী। মচে অনীচুনা মনাওনুপী অতোনবীচুবু শগোল গাড়ীদগী কুমথরক্লবা হায়রম্মী অচুদগী মখোয়না মহাক্কী মখুৎশিং ককথৎলম্মী অমসুং মহাক্কী মমিৎশিং কোৎথোক্লম্মী অচুগা মোংশোঙদা মহাকপু শিনবা হুন্দোক্লম্মী। অচুগী তুংদা নুপীমচা খ্বাইগী অহলচুনা মহাক মশামক্ কৈন্যা অমগুম্না ফিজোল শেংচিল্লম্মী অমসুং কোন্নুংদা চৎলম্মী।

নিংথৌ মচানুপাদু মহাক (কৈন্যাদু) করিগীদমক, য়াম্না চম্না উরিবনো খঙ্‌বা ওম্নমদে তৌইগুম্বসুং খ্বাইদগী অতোনবীদুগা হাইফেং মান্নবদুদা মহাক করিমত্তা হায়রমদে।

মতমসিদা মখুৎ অমসুং মমিং য়াওদ্রবা মনাওনুপী অতোনবীদু শিরমদে। শগোল গাড়ী থৌবা নুপা অমা লম্বী অদোমদা লাক্লম্মী অমসুং মরাইবক, থিরবী নুপীমচাদুগীদমক, নুংঙায়রমদে। নুপী-মচাদুবু মহাক্না ময়ুমদা পুনবা মাগী শগোলদা ফমহল্লম্মী। নুপী-মচাদুনা মঙোন্দা মহাক্না ফম্নম্বা অমসুং কপ্লম্বা মফম্‌দুগী লৈমায়দা য়েংনবা হায়রম্মী। শগোল গাড়ী থৌবা নুপাদুনা লৈমায়দা য়েংবদা মণিমুক্তা অমসুং লুপানা পূম্‌লং লংবদু উরম্মী। মখোয়শিংদু মরাইবক, থিরবী নুপীমচাদুদগী তাখিবা পিশিংদুনি। শগোল গাড়ী থৌবা নুপাদুনা মদু লোইনা খোমজিল্লম্মী অমসুং পৈশা য়াম্না ফংনা য়োল্লম্মী। মহাক য়াম্না নুংঙায়রম্মী অমসুং মঙোন্দা লাইবক্ ফবা পীবিরিবা মরাইবক্ থিরবী নুপীমচাদুবু মতেং পাঙ্‌লম্মী।

নোংমা মমিং তাঙবী নুপীমচাসিনা ফন্নিতৈদা লিল্ অমা মাগী মনাক্ অদুরাইদা লৈবদু খঙ্‌লম্মী অমসুং মঙোন্দা মিত্রংগী শক্তি অদুম পীরম্বা লিল্‌দুমক্নি হায়বা খঙ্‌লক্লম্মী। লিল্‌দুনা মঙোন্দা মহাক্না মচে অহলদু নিংথৌ মচানুপাগা লুহোংলে অমসুং নিংথৌদু শিরবা মতুংদা নিংথৌ মচানুপাদুনা নিংথৌ ওইরে অদুগা মচেদুনা মহারাণী ওইরে হায়রম্মী। লিল্‌দুনা মঙোন্দা সিমসু হায়রম্মী মদুদি মহারাণীদু মচা পোক্নদৌরে অদুগা মাদি থৈবোং য়াম্না পাম্মী।

মথংগী নুমিত্তা শগোল গাড়ী থৌবা নুপাদুদা মহাক্না মাগী শগোল গাড়ীদু থৈবোং থন্না হাপ্পবা অমসুং মহারাণীগীদা পুনবা হায়রম্মী। শগোল গাড়ী থৌবা নুপাদু ওক্লম্মী অমসুং মঙোন্দা নিং-থমথাদদি থৈবোং ফংদে হায়রম্মী। নুপীমচাদুনা মঙোন্দা মফম তাক্লুনা ইখোলদা চংনবা অমসুং মফমদুদা মহাক থৈবোং ফংগনি

হায়রম্মী। শগোল গাড়ী থোবা নুপাহুনা ইখোলদা চৎপদদি থৈবোং পাম্বীহু মহৈ পাল্লম্বা উবহুদা মহাক ঙক্লম্মী। মহাক্না পোলাং অনী পীক্ থন্না হেক্লম্মী অহুগা মাগী শগোল গাড়ীদা হাপ্লম্মী অমসুং নুপীমচাহুদা মহাক্না থৈবোংশিংহুগী মমল্ কয়াম লৌরকদগে হঙ্লম্মী। নুপীমচাহুনা মঙোন্দা থৈবোংশিংহু মিৎ জুরা অমগী-দমক্ য়োন্নবা হায়রম্মী।

কোন্নুং য়ৌরকান্দা শগোল গাড়ী থোবা নুপাহুনা থৈবোং-শিংহু য়োল্লম্মী অমসুং মহুগীদমক্ মিৎ জুরা অমা তাল্লম্মী। মচিন-মনাওহুনা মতম্ খরগী মমাংদা কোৎথোকহৌবা মনাওনুপীগী মমিতু পীনবা লেপ্লম্মী।

শগোল গাড়ী থোবা নুপাহু লৈশাবীহুগী মনাক্তা মিৎ জুরাহু পুহুনা হল্লক্লম্মী। অহুদগী নুপীমচাহুনা মখোয়গী মফমদা অমুক্ হাপচিল্লম্মী অমসুং অমুক্ হন্না উবা ঙম্লম্মী।

নোংমা নিংথৌনা শগোল গাড়ী থোবা নুপাহুদা মী থারক্নুনা মহারাণীনা মতম্ নত্তবা উহৈ চুম্বে চানীংই মহু মঙোন্দা পুরক্নবা হায়রম্মী। শগোল গাড়ী থোবা নুপাহুনা অমুক্ নুপীমচাহুদা হায়-রম্মী। মথংগী অয়ুক্তা মহাক্না ইখোলদা চৎপদা চুম্বে পাম্বীহু মহৈ পানবা উরম্মী। মহাক্না মহু নিংথৌদা পুরম্মী অমসুং মহুগী মমল্ ওইনা খুৎ জুরা অমা পীয়ু হায়রম্মী। অমুক্ হন্না মচিন-মনাওহুনা মখোয়গী মনাওনুপী অতোনবীগী মথুৎশিংহু মঙোন্দা পীনবা লেপ্লম্মী। নুপাহু খুৎ জুরাহু পুরহুনা হল্লক্লম্মী অমসুং মহু নুপীমচাহুদা পীরম্মী। মহাক্না মখোয়হুবু মহাক্কী পাম্বোমদা শমজিল্লম্মী অমসুং হান্নদৌনা তৌরম্মী। মতম্ খরগী তুংদা মহারাণীহু মচা বৃশচীক্ অমা পোক্লম্মী। অহুমুওইনমক্ নিংথৌহু মচাহুগীদমক্ পার্টি তৌরম্মী অমসুং মীপুম্ খুদীংমক্ বার্ত্তোন তৌরম্মী। লৌউবা নুপাহুগী মচানুপী অতোনবীহুসু কৈন্যা অমগুম্ ফিজোল শেৎলম্মী অমসুং

পার্টিদু য়াওবা চৎলম্মী। মরুমদুদা মহাক মীৎ থূদীংমক্কী পূক্কীং চিংশিনফম, ওইরম্মী। মহাকপু উবদা নিংথৌদু মহাক মহাক্কী অশেংবা কৈন্থানি হায়বা খঙ্লম্মী। মহাক্না নিংথৌদা মহাক্কী রাজ্যীদু মকোক্তগী লিরম্মী। নিংথৌদু য়াম্না শাওরম্মী অমসুং মচিন-মনাও অনীদুবু মৈ থাদোক্কবা য়াথং পীরম্মী। অসুম্না ফক্রবী মচে অনীদু মপুন্সি লোইখিরম্মী।

লৌউবদুগী অহুমশুবী মচানুপীদু নিংথৌনা মহাক্কী পুন্সিদগী হেন্না নুংশিজবা মহারাণী ওইরম্মী। মখোয় চহী কয়ামরুম য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। ●

# লল্-থুম ফংবা

আফ্গনিষ্টানগী ফুঙ্গারারী

মতম্ অমদা আফ্গনিষ্টান্গী অরাং ইথং থংবদা লৈবা খান-বাদ হায়বা খুঙ্গংতুদা নুর মোহম্মদ কৌবা লৌউবা মুপা অমা লৈরম্মী। মহাক লাইররম্মী অমসুং ঈশ্বরবু কিজরম্মী; চরা অনী ফংনবা থবক্ কন্না শুরম্মী তৌইগুম্বসুং মতুনা নোংজুথাগীদমক্ তুংশিন্বা ঙম্লোইদৌরম্মী। মহাক্না মাগী পুন্সি চুপ্পা হুমাং তাজরবসু চর্চকী উচীদৌনা মহাক লাইররম্মী।

নোংমা মহাক্না অয়ুকী নমাজ কৎলতুনা লাই খুরুম্লম্মী, "অল্লাহ! থৌজাল হৈবা নঙগী থৌজালদি য়াম্না চাউবদাই। ঐগী পুন্সিচুপ্পা খুরুমজল্লিবসিগী ঐঙোন্দা থৌজাল ফংহনবীয়ু। মমৈথংদা ঐহাক ইনাক্ খুল্লবদি মতু নঙগী থৌজালনা খুলহনবনি, অল্লাহ! ঐগী চাকশংসিমক্ ইনাক্ খুলহন্বীয়ু।"

নমাজ কৎপা লোইরতুনা নুর মোহম্মদ মহাক্কী মুংতিগী থবক্ ইনখাংতু তৌরম্মী। মুমিৎ খুদীংগী ওইনা মহাক্ মুংথিলগী নমাজ তৌবা মতম্ য়ৌদ্রিফাওবা হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ লাই খুরুম্লম্মী। মহাক্ ইনাক্ খুন্নবগীদমক্ অল্লাহগী থৌজালতবু নীংশিংতুনা চপ্ য়ুঙ্না খন্দুনা লৈরম্মী। "অল্লাহ, ঐবু ইনাক্ খুলহন্বীয়ু ঐহাক্কী চাক-শংসিমক্কুদা" কয়ারক্ হন্না অল্লাহদা হায়তুনা অয়ুক মুমিদাং খুদীংগী মাগী লাইশোল ওইরম্মী।

নোংমা মুর মোহম্মদনা লবুক্তা লৈবাক্ তৌরিঙৈদা মাগী মফিতু তিম্খংদা পন্দুনা শেগায়রম্মী। মতুদা মহাক মুংঙায়রমদে অমসুং মহাক্না অতুম্মাইনা অমুক্ থোকহল্লরোই হায়না খল্লম্মী।

মহাক্না মোংশোং মনাক্তা অহোবা অমা তৌরম্মী অমসুং লৈমায়-তুদগী হৈজামপেং চিংখৎলক্লম্মী। মাগী কুইরবা য়োৎপাক্তুনা চহী য়াম্মন্দুনা মুশিল্লবা চাউরবা লৈবাক্কী পাত্র অমগী মথুমদা থেঙ্‌লম্মী। পাত্রদু কায়দনবা হায়দুনা মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না তৌরম্মী। মচিন্দা অল্লাহ শোল্লদুনা নুর মোহম্মদনা পাত্রদু মথুম্‌ হাঙদোক্‌পদা পাত্রদু মঙক্‌ য়োৌনা সনা ময়েক্‌ পীক্‌ থন্না য়াওরম্বদুদা য়াম্না নুংঙায়রম্মী।

নুর মোহম্মদনা অল্লাহদা নুংতিগী খুরুম্বদু খন্‌বদা মহাক্কী নুংঙায়বদু হক্‌চিন্‌বা রাখল ওনখিরম্মী। মিকুপ্‌ খর থল্লগা মহাক্না হায়রম্মী, "অল্লাহ, ঐদি নঙোন্দা অম্তুম্না ইনাক্‌ খুন্‌বসে ঐগী চাক-শংদা ওইহন্‌বীয়ু হায়দুনা কয়ারক্‌ হন্না নিজখিবনি। ঐহাক্তি মতুবু লবুক্‌সিদা ওইনা ফংলে। ঐহাক্‌ মখোয়শিংসি লৌরোই। নহাক্না ঐবু ইনাক্‌ খুলহন্‌বীনিংলবদি মসিগী লল্‌-থুমসে ঐহাক্কী চাকশংমক্তদা থাবীরক্লমগদবনি। মতুনি ঐগী লাইশোলদি। মসিগী লল্‌-থুমসিদি ঐহাক্কী হক্‌ লৈতে হায়না খল্লি।"

অতুম্মাইনা মথন্তা ঙাঙজরগা নুর মোহম্মদনা পাত্রদু মথুম্‌ খুমজিল্লম্মী অমসুং শাওনীংনা চৎলম্মী। ময়ুম্‌ য়োৌরকান্দা মহাক্না মাগী নুপীদা মহাক্না থেঙ্‌নবদু অমসুং করম্না মানা লল্‌-থুমদু হুন্দোক্লম্বা হায়বদু তম্লম্মী। মাগী নুপীনা মঙোন্দা শাওনা হায়রম্মী, "অপঙ্‌বা, অল্লাহনা লল্‌-থুম পীরবফাওবদা নঙনা নথুৎ হাঙনা লাক্লে! তশেংনমক্‌ নঙগুম্বা অপঙ্‌বা রাখল্‌ য়াওদবা অমত্তা লৈতে।

শাওনীংমন্দুনা মহাক্না পীজনীংদ পীজনীংদ মহাকপু চাক্‌ পীজ-রম্মী। মহাক্না লল্‌-থুমদুবু অমুক্‌ থিনবা থোৌরাং অমা খল্লম্মী। অদুদগী মাগী খুদোংচাবা য়েংনবা নুপাদু তুমখিবা ঙায়রম্মী। নুর মোহম্মদতু চোকথরম্মী অমসুং মথায় নুংঙায়রমদে অদুনা ঙন্না তুম্বা চঙ্‌খিরম্মী।

নুর মোহম্মদনা নাখোকপা তারহুনা মাগী নুপীনা মখোয়গী য়ুম্নোন্নবা জান মোহম্মদগী ময়ুমদা চৎলম্মী। জান মোহম্মদ অমস্থুং মাগী নুপীহু মহাক্না মখোয়গী য়ুমদা য়াম্না থেঙনা লাক্পহুদা ঙক্লম্মী তৌইগুম্বস্থুং মখোয়না মহাকপু ইমুংদা চঙ্লক্লবা হায়রম্মী অমসুং চা পীথক্লম্মী।

মহাক্না জান মোহম্মদগী নুপীদা মতৌ করমতৌনা মাগী নুপানা লবুক্তা উপাম্বী অকোনবা অমগী মনাক্তা লল্-থুম ফংবা অমস্থুং মাগী নুপা অপঙ্বহুনা মহুবু অল্লাহনা মখোয়গী চাকশংমক্তদা থারক্পা নত্তে হায়হুনা হুন্দোক্লম্বহুগী মরম্দা হায়রম্মী। মহাক্না মখা তারম্মী "তাদ জান মোহম্মদ, চানবীহুনা লল্-থুমহু লৌবা চৎপীরো ঐখোয় মহু মনা মনিল নাইদনা য়েন্নসি।" জান মোহম্মদস্থু হায়রিবহুদা য়ারম্মী অমস্থুং অহীংহুদা লবুক্তা চৎখিরম্মী।

জান মোহম্মদনা খোঙথাঙ্ য়াংনা অমস্থুং থোক্লগদৌরিবহু খন্দুনা উপাম্বীহু তম্না লাক্পদা মহাক তশেংনা নুংঙায়রম্মী। মহাক্না ফংগদৌরিবা অকে-অমৌ ময়াম অহুনা তৌগদৌবা ময়াম অমস্থু খল্লম্মী। মঙোন্দা তাক্লক্পা মফমহু উরম্মী। অমস্থুং পূর্ণিমাগী থাবু থাগৎলম্মী।

লৈবাক্কী পাত্রহু অহোবা তৌথোকপা অমস্থুং ফুক্তৎলবা হৈজামপেৎ মনাক্তুদা লৈরম্মী। মহাক্না লুম্নবা পাত্রহুবু লৈমায়দা থাঙ্গৎলম্মী। পাত্রহুগী মথুম্ হাঙদোক্পদা মহাক্কী খ্বাইদগী চাউবা খঞ্জবা মিকুপ্ ওইরম্মী। অহুবু মহাক্না য়েংবদদি মহু হু য়াম্না চেন্বা লিল্শিংনা পীক্ থন্বা পাত্র ওইরম্মী। মহাক্ মথম্মোয় কায়হুনা মথুমহু মশা কঞ্জনবা য়াম্না থুনা থুমজিল্লম্মী।

জান মোহম্মদনা মঙোন্দা নুর মোহম্মদগী নুপীনা য়াম্না পূকচেল পীক্পা মীনম্বা শান্নবনি হায়না খল্লম্মী। তশেংনা মানা মাগী মথুত্তু মহু চেল্লবা লিল্না থল্লবা পাত্রহুদা থিঙজিল্লুরসন্থু অমস্থুং হুহুনা মরম্ ওইহুনা শিরসন্থু হায়না খল্লম্মী। মহাক্কী মচা-মশু অমত্তা

লৈত্তবত্তুদা মাগা (নুর মোহম্মদগী মুপী) মাগী মুপাগনা মাগী লৈজবশিংদা মীৎয়েং চঙ্‌বনি শোয়দ্রে। "ফৈ, খঙ্‌নিদনা, নুর মোহম্মদ অমসুং মহাক্কী থোৗরাংলিবী মুপীদা ঐনা মসিবু অমুক্ হন্না পীগনি" হায়না জান মোহম্মদনা মথন্তা হরাওনা খঞ্জরম্মী।

জান মোহম্মদনা মাবু কনামত্তনা উদনবা লুম্নবা পাত্রত্তু পুন্থনা চিল্লবা থুঙ্গংত্তুদা লোন্না চৎলম্মী। নুর মোহম্মদগী ময়ুম, য়ৌরত্তুনা মহাক্না মী লোইনা তুম্নথ্রবরা হায়না য়েংলম্মী। অত্তুদগী মহাক্না য়ুমথক্তা কারম্মী অমসুং মখোয়গী চাকশংদা লোইনা তানবা লিলশিংত্তু চাকশংগী চিম্নীত্তুদা হৈথরম্মী।

নুর মোহম্মদনা ভস্তা হৌগত্তুনা নমাজ তৌনবা মখোঙ মখুৎ হামদোক্লম্মী। ইরুজরবা মতুংদা চাকশংদা লারুম্মী অমসুং আফগানগী ফিদাত্তু লাই খুরুম্নবা শন্দোক্লম্মী। মহাক্না করিগুম্বা অঙকপা অমা উরক্লম্মী। মত্তুদি লবুক্তা মানা পাত্রদা উখিবা সনা ময়েকশিংত্তু চাকশংত্তুদা পুমচায় চায়রম্মী।

নুর মোহম্মদনা তৌরিবত্তু মশা মথন্তা থাজজরমদে। মহাক্না লাই খুরুম্‌খুরুম্না মখুত্তু রাংনা থাঙত্তুনা হায়রম্মী, অল্লাহ, হৌজিক্তি ইরলসি লৌজরগে। হৌজিক্তি খঙ্‌লে নঙনা ঐবু ললসি ফংহন্নীংলে। ঐনা নিজবত্তুদা নঙগী মপাল নাইদ্রবা থৌজালনা মখোয়সিবু ঐগী চাকশংদা থম্বীররে, ঐহাক তশেংনা তৌবীমল্‌ খঙ্‌বা উচ্চরি।

অত্তুগী মতুংদা নুর মোহম্মদ অমসুং মহাক্কী মুপীত্তু ইনাক্‌ কৈরাক্‌ খুন্দুনা য়াম্না মুংঙায়না লৈরম্মী। ●

# সনাগী নোংশা

ইরানগী ফুঙ্গাৱারী

মমাংঙৈদা সোরায়া কৌবী ইসফান লৈবাক্তী নিংথৌগী অমত্তা পোকচবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মশক, অদু অমুক্কী মতিক, মুংশি অদুগা মহাক্কী খোইরি খোইরিবা স্নায়চুগী মশম, অদুনা লেঙ্‌পাক্ য়ৈরম্মী। কনাগুম্বা পাখং অমনা সোরায়াবু উরুবদা হেক্তা নুংশিবা পোকই। নিংথৌমচানুপীসিবু পামজবা মীওই কয়ামরুম, লাক্লম্মী তৌইগুম্বসুং মবুক্, ফত্তবী ফত্ত লৌশিং হৈবী মহাকপু শেন্নরিবী নুপীসিনা মরম অমা নত্রগা অমা হেক্তা পীশিন্দুনা করিগুম্বা অমত্তা য়াহল্লমদে। মরম, অদুনা নিংথৌ মচানুপীদু লুহোংদনা লৈরম্মী।

নোংমদি নিংথৌ মচানুপীবু ঙাকশেন্নরিবী নুপীদুনা মহাক্কী লৌশিংদু চাং য়েংনবা তাঞ্জা অমা লাক্লম্মী। মহাক্না নিংথৌদা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ, মীওই কয়ামরুম নিংথৌ মচানুপীবু পামজদুনা লাক্কই তৌইগুম্বসুং ইনিংথৌনা ইচানুপীগীদমক্ চানবা লম্বা অদু থনবা ঙম্লোই। মরম অদুনা অসিগুম্বা খুদোংচাদবা অসি করম্না কোক্কদগে হায়বগী থৌরাং অমদি লৈরে।"

নিংথৌনা অহল ওইরবী নুপীদুগী পুক্নিংদা লৈরিবা থৌরাংদু খঙনীংবা পোক্লম্মী। মহাক্না মঙোন্দা মাগী থৌরাংদু করিনো হায়না হঙলম্মী।

নুপীদুনা হায়রম্মী "ঐখোয়না নিংথৌ মচানুপীগীদমক্ লৈবাক্ মখাদা য়ুম অমা শারসি অমসুং য়ুমদুদগী লৈকোলদা চৎননবগী লম্বেলদু শিড়ি থাক্ নাইনা শেম্লসি অদুগা মদুগী অরোইবদুদা

য়োংকী অরোনবা থোঙ অমা থম্লসি। হায়রিবা থোঙ অসি পুম্নমক্কী মথাদা লোত্তুনা লৈগদবা থোঙনি। নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা নিংথৌ মচানুপীবু থিবা ফংবা নুপাতুদা যুহোংগনি করিগুম্বা হুম্নিগুবা নুমিত্তুদা নিংথৌ মচানুপীবু ফংবা ঙমদ্রবদি মখোয়শিং অদু মঙক্ কক্তুনা অঙাং ওলহনগনি।

নিংথৌনা হায়রিবা থৌরাং অদু য়ারম্মী। ঙাকশেম্নরিবী নুপীদু য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং মাগী থৌরাং অদু হৌননবগীদমক্ উগুবা অমসুং য়ুমশাবশিং কৌখৎলম্মী। লৈনুংগী য়ুম অদু থা অমগী মনুংদা লোয়নবা হোৎনরম্মী।

খুদিংমক্ শেমশাবা লোয়রবদা উপাই লৈত্রবী নিংথৌ মচানুপী সোরায়ানা লৈনুংগী য়ুম মনুংদু য়েংদুনা লৈরম্মী।

নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা নিংথৌ মচানুপী অদুবু ফংনবা থিবা মীওই কয়ামকম্ লাক্লম্মী অমসুং অরোইবা নুমিত্তুদা মায়থিদুনা মখোয়গী মকোক্তু পীরম্মী। মঙক্ ককথ্রবা মীশিংগী কোক্কী শকনা শেম্বা অরাংবা য়ুম্বী অমা ফত্তবী নুপীদুগী লৈবম্মী।

ইসফান্ লৈবাক্কা লোন্নবদা অতোপ্পা নিংথৌ অমা লৈবাক ঙাক্তুনা পাল্লম্মী। মহাক্কী মশক্ মতৌ ফজাবা মচানুপা অদুম লৈরম্মী। নোংমা খ্বাইগী অহল নিংথৌমচা অদুনা নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লম্মী অমসুং হায়রম্মী "পাবুং, ঐহাক্না নিংথৌ মচানুপী সোরায়াবু লোৎকম্দগী ফংনবা থিগনি অমসুং মহাকপু লুহোংগনি।

নিংথৌনা অদুগুম্বা খুদোংথিবা খোঙচৎ অদুদা মচানুপাদু চত্তনবা হোৎনবম্মী। মহাক্না মচানুপাদুদা নিংথৌ মচানুপীদুবু কৈদৌঙৈদসু ফংবা ঙম্লোই মদুগী মহুত্তা মহাক্কী পুন্সিদু অরেম্বদা কান্নদনা মাঙগনি হায়রম্মী। অদুগীসু মথক্তা নঙগী নহাওইবগী মুংঙায়ববা পুন্সিত্ত মাঙগদবা পাম্মুই। অদুবু নিংথৌ মচানুপাদুনা মহাক্কী মপানা হায়রিবদু ইল্লমদে।

অশাংবা খোঙচৎকী ফিজোল শেৎলদুনা নিংথৌ মচানুপাদুনা ইসফান তম্না খোঙশাল্লম্মী। মীনাইনা মহাকপ নিংথৌগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী।

নিংথৌনা নহাওইরিবা নিংথৌ মচানুপাদুনা লৌরিবা ফিরেপুদা নুংশিবা পোক্লদুনা হায়রম্মী "ইচানুপা, নহাকী পুন্সিদা থোক্লগদৌ-রিবা খুদোংথিবদু অমুক্তা মুনা খন্থখো। ঐগী ইচানুপী অদুদি য়াম্না চেকশিন্না লোত্তুনা থমগ্রবনি। নঙনা মহাকপু নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা ফংবা ঙমদ্রবদি নহাকী নকোক্তু অরেম্বদা মাঙগনি।" অদুগা মথা তানা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐগী ইচানুপীদগী হেন্না ফজবা অতোপ্পা নুপীশিংগা লুহোংবনা ফগনি।"

নহাওইরিবা নিংথৌ মচা অদুদি মহাক্না নীংথিবদু হোঙলমদে। মহাক্না হায়রম্মী "ঐহাক্না ঐগী লাইবক্তা তম্বদু থেঙননবা শেম শারে। ঐনা নিংথৌ মচানুপীবু ফংবা ঙমদ্রবসু নীংথিবদুদি হোঙ-লরোই।"

মরম অদুনা নিংথৌ মচানুপাদুনা থিবদু হৌরম্মী। মহাক্না নুমিৎ হুম্নি চঙনা মফম খুদীংমক্তা কোইথি থিরম্মী অদুবু নিংথৌ মচানুপী সোরায়াবু থিবা ফংলমদে। নুমিৎ হুম্নি শুবগী নুমিদাং-ৱাইরমদা মহাকপু মঙক্ কক্লম্মী। মহাক শিবগী পাউ অসি মহাকী মপাগী মফমদা য়৺ৌথিরম্মী।

ময়াম্বা হাৎথিবগী অৱাবা অসিগী মথক্তা নিংথৌগী অনীশুবা মচানুপাদুনা মপাগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়রম্মী, "পাবুং, ঐহাক লোত্তুনা লৈরিবা নিংথৌ মচানুপীদু থিরুগনি অমসুং মহাকপু লুহোংগনি।" নিংথৌনা মচানুপা অদুদা হায়রম্মী, "ইবুংঙো নহাকী নয়াম্বা অদুসু ফংননবা হোৎনক্লরবনি অদুবু মাইথিদুনা মহাকী মপুন্সিদু মাঙখ্রে। নহাকসু নয়াম্বগী পুন্সিদৌনা করিগী খুদোংথিবা নঙহনগদৌরিবনো?"

ময়াম্বগী মতৌগুম্না নিংথৌ মচা অদুসু মপানা হায়রিবদু য়ারমদে। মরম্ অদুনা মমা মপাদগী কায়ন বীদায় লৌদুনা ইস-ফানগীদমক্ খোঙশাল্লম্মী।

মহাক্না সোরায়াগী মপাদা হায়রম্মী, "ঐহাক নিংথৌগী মচা-নুপানি। ঐহাক্না অদোমগী ইচানুপী লুহোংদুনা লৌবা পাম্মী।"

নিংথৌনা নহা ওইরিবা নিংথৌ মচা অদুবু উবদা নুংশিবা পোক্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ইচানুপা, নহাক্কী নয়াম্বসু মফম্ অসিদা লাক্তুনা ইচানুপীবু ফংবা ঙম্দবদগী ঐখোয়না মাগী মঙক্ কক্থ্রে। অদুনা নহাক্না লোত্তুনা লৈরিবা নিংথৌ মচানুপীবু ফংবা ঙম্লোই অমসুং নহাক্কী নয়াম্বগী মরাইবক্ অদু তাদুনা তোক্কনি।"

অদুম্ওইনমক্ নিংথৌ মচানুপা অদুনা নিংথৌনা মচানুপীবু থিদনবা হায়বা রা অদু তারমদে অমসুং চাউথোক্না হায়রম্মী; "ঐহাক নিংথৌ মচানুপীবু ফংবা নত্রগা ইকোক্ অসি কক্থৎহন-খিবদা লেপ্লে।"

নিংথৌ মচানুপা অদুনা নুমিৎ হুম্নি চঙনা নিংথৌ মচানুপীবু থিরম্মী অদুবু মাইথিরম্মী। অরাংবা য়ুম্বীদুদা মহাক্কী অকক্পা মকোক্ অদু ময়াম্বগী মনাক্তা তাদুনা লৈরম্মী।

অসিগুম্বা রাথল য়াওদবা থৌদৌ অসিদা মচানুপা অনীগী পূন্সি মাঙখিবগী পাউ অসি তাবদা নিংথৌ অদু অরাবনা লাক্হত্তুনা হেন্না অহল ওইশিল্লম্মী। মহারাণীদুনা উবা ফংলরোইদবা মচাশিং অদুগীদমক্ কল্লম্মী।

নুমিৎ কয়ানিরোম হৌখিরম্মী। নোংমা অয়ুক্ অমা খ্বাইদগী নহাওইরিবা নিংথৌ মচানুপা অতোনবা অদুনা মপাদা হায়রম্মী। "নুংশিরবা পাবুং, ঐহাক্না লোত্তুনা থম্লীবা নিংথৌ মচানুপী অদুবু থিরুগে অমসুং লুহোংদুনা লোগে হায়না খল্লি।" নিংথৌদু মাগী অহুমশুবা মচানুপা অদুগী পূন্সি অদু মাঙ্খ্রগনি হায়না খল্লবদা

অকিবা ফাওরম্মী। মহাক্না অহুগুম্বা খুদোংথিনীংঙাই ওইরবা মফম্ অদুদা চত্তনবা হায়রম্মী অদুবু চৎলগে হায়না নীংথ্রবা মচান্নুপা অহুনদি মপানা হায়রিবহু য়ারমদে। মহাকসু ইসফান তম্না অশাংবা খোঙচত্তু চৎনবা ময়ুম থাদোক্লম্মী।

লম্বেলদা নিংথৌ মচানুপা অহুনা সহরদা লৈবা স্নাশাবা অমগী তুকান্দা লেপ্লম্মী। মহাক্না স্নাশাবা নুপাহুদা স্নাগী থাউ অনী পীরম্মী। মহাক্না স্নাশাবা নুপা অহুদা চাউরবা নোংশা অমা শানবা অমসুং মহুগী মনুংদা মহাক্ লোংপা য়ানবা হায়রম্মী। মহাক্না নোংশাহু য়ারিবমথৈ থুনা শাননবা হায়রম্মী অমসুং মাগী খুৎশুমল্ ওইনা স্না থরসু পীরম্মী।

স্নাশাবা নুপা অহুনা থবক্ অহু য়াম্না কন্না শুরম্মী অমসুং মতম-চানা স্নাগী নোংশাহু শাবা লোইরম্মী।

নিংথৌ মচানুপা অহুনা স্নাশাবা অহুদা নোংশা অহু কোন্নুংদা পুনবা অমসুং নিংথৌ মচানুপীদা খুদোলপোৎ ওইনা পীনবা হায়রম্মী।

নিংথৌ মচানুপা অহু নোংশাহুগী মনুংদা লোৎলম্মী; স্নাশাবা অহুনা কোন্নুংদা খুদোলপোৎ অহু পুনবা মী নেক্লম্মী।

নিংথৌনা মচানুপীগীদমক্ খুদোলপোৎ অমা লাকই হায়বা তাবদা মহুবু মচানুপীনা লৈরিবা য়ুমহুদা থাখিনবা য়াথং তৌরম্মী।

নিংথৌগী মীনাইশিংনা স্নাগী নোংশা অহু সোরায়ানা লোত্তুনা লৈরিবা লৈবাক্ মনুংগী য়ুমহুদা পুরম্মী। মহাক্না ফজরবা খুদোল-পোৎ অমা ফংবহুদা হরাওরম্মী অমসুং মহু মাগী কাগী কাচিন অমদা থম্লম্মী।

নহা ওইরিবা নিংথৌ মচানুপাহুনা নোংশাহুগী মমিত্তুদা য়েংলম্মী। মহাক্ নিংথৌ মচানুপীগী ফজবা শক্তুদা শুঙ্কৎলম্মী।

অশাবা নোংশাহুগী মনুংদা লৈরবহু নিংথৌ মচানুপা অহুদি

অরাম থৌরাংবা ফাওরম্মী অহুবু মহাক্ করম্না চাবা ফংগদগে ?

অহুমওইনমক্ ওইথোকপা য়াবা অমদি নুমিদাং খুদীংগী নিংথৌ মচানুপীগী টেবলদা মমল্ য়াম্লবা চীঙ্গাক্ কয়ামরুম্ লৈরম্মী। নুমিৎ খরনিদি নিংথৌ মচানুপীনা অচা অথক্শিং অহু মাগী মীনাইশিংনা চাথোক্লম্গনি হায়না খল্লম্মী। অহুবু নোংমা নুমিদাং অমদি মানা হুরান্বহু ফাগে হায়না লেপ্লম্মী। মহাক্না অশাবা নোংশাহুদগী নিংথৌ মচানুপা অমা থোরক্পহু উরম্মী অমসুং অরেম্বা পোৎশিং লৈরিবা মফমহুদা চংখিরম্মী। চাবা লোইরবা মতুংদা মহাক্না নোংশাহুদা অমুক্ লোৎনবা চঙ্লক্পদা নিংথৌ মচানুপীহু থোরক-লম্মী। মখোয় অমগা অমগা মায়োক্লরম্মী। মখোয় অনীমক্কী মীৎশিংহু মীচাম্লরম্মী অমসুং অমনা অমবু নুংশিবা ফাওরম্মী। নিংথৌ মচানুপাগুম্না নিংথৌ মচানুপীহুসু নিংথৌ মচানুপাহুগী ফজ-বহুদা শুক্কৎলম্মী।

"নহাক কনানো ?" নিংথৌ মচানুপীহুনা হঙলম্মী। "ঐহাক নিংথৌ মচানুপা অমনি।" মহাক্না খুম্লম্মী। "ঐগী ইয়াম্বা অনীহুসু নহাকপু থিবদা মখোয়গী হিংবগী পূন্সি অহু মমল্ ওইনা পীগে। ঐসু নঙবু ফংনবা আসিগুম্বা থৌওং অসি য়াওবা লাক্লিবনি।"

নুংশিবগী লিপুল্ অমনা মখোয় অনীবু পুনশিল্লম্মী। সোরায়া অমসুং নিংথৌ মচানুপা অহুনা থৌরাং কয়া শেম শারম্মী মহুদি নুংথিলগী মতমদা নোংশা মনুংদা লোত্তুনা লৈরগা নুমিদাংদা নিংথৌ মচানুপী মথক্তা ঙাইরবা মতমদা মখোয় পুং কয়ামরুম্ রারী শাহুনা লৈরম্মী।

নুমিৎ কয়ানিরোম অমসুং চয়োল কয়ানিরোম হৌখিরম্মী। নোংমা নুমিদাং অমা সোরায়ানা নিংথৌ মচানুপাহুদা হায়রম্মী। "ঐখোয় নাম্থোক্লবা থৌরাং অমা তৌসি মরমদি অসুম্না ঐখোয়না মতম্ কুইনা লৈবা ঙম্লোই।" মখোয়না মুম্না রাখল্ খল্লবা মতুংদা

নিংথৌ মচানুপাদু রাখল্ অমা লাক্লম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচানুপী-দুদা হায়রম্মী, "ঐখোয় নোংশাগী মখোঙ নাম্মা থুদেক্লসি। নহাক্না মসি শেমজিন্নবা পীখ্রো। অদুগা নঙনা মসিদা লৈহৌরো।"

মথংগী সুমিত্তা সোরায়ানা মাগী স্নাগী নোংশা অদু নিংথৌদা শেম্বা দরকার ওইরে হায়না পাউ থাখিরম্মী। নিংথৌনা স্নাশাবা মুপা অদুবু কৌরম্মী অমসুং নোংশাগী মখোঙ নাম্মা তেক্পদু শেম-জিন্নবা য়াথং তৌরম্মী। স্নাশাবা মুপা অদুনা নোংশা অদু মাগী স্নাশাফমদা পুনবা হায়রম্মী।

স্নাগী নোংশা অদু স্নাশাবগী দুকান হেক্ য়ৌবগা নিংথৌ মচানুপাদু নোংশাদুগী মনুংদগী থোরক্লম্মী। নিংথৌ মচা অদুনা স্নাশাবা অদুদা নোংশা অদু অমুক্ হন্না কোনুংদা থাখিনবা হায়রম্মী। স্নাশাবা অদুনা অতেক্পা মখোঙ অদু শেমজিল্লগা থাখিরম্মী।

নোংশাদু থাগ্রবা মতুংদা নিংথৌ মচানুপা অদু কোনুংদা চুমথ্রিং লাক্লম্মী অদুগা নিংথৌদা হায়রম্মী, "ঐহাক নিংথৌ অমগী মচানু-পানি অমসুং ঐহাক্না অদোমগী ইচানুপীবু লুহোংবা পাম্মী।

নিংথৌনা মহাক্না হায়রিবদু তৌদনবা হোৎনরম্মী অদুবু নিংথৌ মচানুপা অদুদি হায়রিবদু য়ারমদে।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌ মচানুপা অদুনা থিবা হৌরম্মী। নুমিৎ নিনিরোমদি নিংথৌ মচানুপা অদুনা কাচিন-কোয়া অমসুং মথক্ মখাদা কোয়েং য়েংশিন্নরম্মী। ভুম্নিশুবা নুমিৎ অদুদদি লৈকোলদা চঙদুনা থিননবা অয়াবা য়াথং লৌরম্মী। নিংথৌ মচানুপীবু শেন্নরিবী নুপীদুনদি নিংথৌদা হায়রিবদু য়াদনবা হোৎনরম্মী অদুবু নিংথৌনা নিংথৌ মচানুপা অদুদা লৈকোলদা চঙদুনা থিরুবা য়াগনি হায়রম্মী।

নিংথৌ মচানুপা অদুনা লৈকোলদা চৎলম্মী অদুবু শেন্নরিবী নুপীদুগী মায়থোঙদদি নিংথৌ মচাদুনা তৌরিবদুদা খোইরাংবা লাংতক্লবা ফাওরম্মী। মীকুপ্ মুক্ লৈকোলদু কোয়না য়েংলগা নিংথৌদু মচানুপা অনা পুথ্রীদুদা চৎলম্মী অমসুং ঈশিংদুদা য়েংলম্মী।

মহাক্না শেন্নরিবী নুপীতুদা পৃথ্রীগী ঈশিং অতু কংহন্‌বা য়াগত্রা হঙলম্মী। নুপীতুনদি মহাক্না হায়রিবতু য়ারমদে। নিংথৌনা অরাংবা মথক্ অমদগী তৌরিবতু য়েংলম্মী অমসুং শেন্নরিবী নুপীতুনা ওংলৈ পাংলৈ তৌতুনা শান্নরিবতু খঙ্‌লম্মী। মহাক্না মীনাই অমা থাতুনা নিংথৌ মচানুপাতুনা পাম্বগী মতুংইন্না পৃথ্রী অতু কংহনবা য়াগনি হায়বগী য়াথং তৌরম্মী।

পৃথ্রীগী ঈশিং অতু চিংথোক্লবদা লৈন্নুংদা লৈরিবা য়ুমতুগী থোঙ অমা নাকল্ অমদা উরম্মী।

"থোঙ অসি হাঙদোকপা য়াগত্রা?" নিংথৌ মচানুপাতুনা হায়জরম্মী। শেন্নরিবী নুপী অতুনা মতম্ পূম্নমক্তা মসিগী শো অসি পায়শিন্দুনা থম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচানুপা অতুবু কমদৌনা মায়-থিবা পীগদগে হায়না খন্‌বা হৌরম্মী। ফত্তবী নুপীতুদা রাখল অমা লাক্লম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচা অমসুং অতোপ্পা লাকমিন্নবশিংতুদা মিনিট মঙাদং পন্থনবা হায়রম্মী। অতুগা মহাক্না য়াম্না থুনা লৈন্নুংগী য়ুম মন্নুংতুদা চঙ্‌লম্মী।

মীকুপ্‌মুক্তা মহাক্না সোরায়াবু মীনাইগী ফিজেৎ শেংহল্লম্মী অমসুং কোন্নুংগী মীনাইনুপী ময়ামতুসু কৌরগা নিংথৌ মচানুপীতুসু য়াওনা পুল্লপ্না লৈহল্লম্মী। মমৈথংদা মহাক্না নিংথৌ মচানুপাতুবু কৌরম্মী অমসুং নিংথৌ মচানুপাতুনা মীনাই নুপীশিংগী কাংবু অমা খরনা ফজবা, খরনা থিবা, খরনা রাংবা অমসুং খরনা নেম্বা থেঙ্-নরম্মী। নিংথৌ মচানুপীতু মীনাই নুপীশিংতুগী মরক্তা য়াওরম্মী। শেন্নরিবী নুপীতুনা চাউথোক্না হায়রম্মী "নহাক্না ঙম্লবদি নিংথৌ মচানুপীবু থিয়ু নত্রবদি......"

রাঙাং অসিনা নিংথৌ মচানুপা অতুদা শিঙ্‌নবা অমা পোক্লম্মী অতুবু মহাক্ শাওবদি তৌরমদে। মহাক্না খুবাম থম্না সনাগী শেল ময়েক্ ময়াম পুথোরক্লম্মী অমসুং মতু লৈমায়দা চায়খায়রম্মী।

মীনাইশিংহুনা শেল ময়েকশিংহু লাকুরম্মী তৌইগুম্বগুং মীনাই অমদি লেঙ্দনা তুমিন লেপ্পুনা লৈরম্মী অমসুং মহাক্কী পোত্তজবা অহু মঙোন্দসু শরুক্ য়ারম্মী। নিংথৌ মচানুপা অহুনা মঙোন তম্না চঙশিল্লম্মী অমসুং মাগী খুদাং পায়রহুনা নিংথৌগী মমাংদা পুরম্মী। নিংথৌহু য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং মখোয় অনীমক্তা আশার্ব্বাদ পীরম্মী।

মমৈথংদা ইসফানগী নিংথৌনা শেন্নরিবী মুপী অহুবু থৌদৌহুগী তমথিবা মী অমনি হায়বা খঙ্লক্লম্মী। মহাক্না মরম ওইহুনা নহা-ওইরিবা নিংথৌ মচা কয়া শিখ্রে। মহাক্না শেন্নরিবী মুপী অহুবু মডক্ কক্লবা য়াথং তৌরম্মী। শরু ময়ামগী অৱাংবা য়ুম্বী অহু মপুং ফাননবগীদমক্ অতোপ্পা কোক্কী শরু অমা দরকার ওইরম্মী। মহাক্কী শরুহুনা মহুবু কোইশিল্লম্মী অমসুং অৱাংবা মফম্ অহুদা থম্নম্মী।

নিংথৌ মচানুপাহুগী লুহোংবা অহুগীদমক্ মমা মপাহু বার্ত্তন তৌরম্মী। মফম অহুদা মখোয়না হরাও কুম্মৈ তৌহুনা মতম্ খর লৈরম্মী। নিংথৌ মচানুপা অমসুং নিংথৌ মচানুপীহুগী তুংগী পুন্সি অহু য়াম্না নুংঙায়না লৈমিন্নরম্মী। ●

# অতনবী নুপী

পোলেণ্ডগী ফুঙ্গাৰাৰী

কসিয়া চহি কুন (২০) ৰোম শুরবী নুপীমচা অমনি। মহাক মশক ফজে অহুবু অস্নুক্কী মতিক তল্লি। খাংপোক অমদা মমা মচাদমক লৈমিন্নরম্মী অদুগা মহাক্তি ফুনাক মপান্দা নুমিংচুপ্পা তুমহুনতা লৈরম্মী। মহাক অস্নুক্কী মতিক তনমন্দুনা মমাই ফাওবা ইনথি নুংঙাইনা তারমদে অদুগা শমজেৎ ফাওবা হাৎলমদে। ইমুংগী ৱাইশিং ৱাইরম, কোল্লিক ফেংদোক ফেংজিন অমদি ইমুংগী কুপনোম পুন্নমক মমানা লোয়নমক তৌই।

"কসিয়া যোগংলো, থবক খরা তৌনে নত্রবদি নঙবু নুপা অমত্তনা লুহোংবা পাম্নরোইনে, লৌউবা নুপা অমনা নঙবু লৌবা তারবদি নঙ শোয়দনা থবক শুদবা য়ারোইনে" মমানা হায়রম্মী।

কসিয়ানা মমানা হায়রিবহুগী পাওখুম অমত্তা পীরমদে। মহাক য়াওন্দুনা অহুমক তুম্নম্মী।

মহাক্কা হৌমিন কানিন্নবা মমান্নবীশিংদি লোয়নমক লুহোংখ্রে অদুবু মহাক্তি মতম পুন্নমত্তা থবক অমত্তা তৌদে হায়বহু খঙবনিনা কনামত্তনা হায়বা লাক্লমদে।

অদুবু কসিয়ানদি থৌদোক অমগী মমাবু উন্নবা লাক্লম্বা ফোরেষ্টর অদুবু পামজরম্মী। অদুনা মহাক মশামক্কা তৌগদবা থৌরাং লেপ্লম্মী। নোংমা অহিং অমা মমানা তুম্লিঙৈদা মহাক্কা অঙৌবা ফিরোল শেৎচিল্লহুনা খাঙপোক শঙ অহুদগী লোন্না লাক্লম্মী। অশিবগী ফিজোল শেৎলহুনা মহাক্কা ফোরেষ্টর অদুগী খাঙপোক

শঙতু য়েৌরম্মী। মহাক্না ইশি শিন। তুম্নীবা মীতুগী মরেংজুম নিঙ্গনা হৌদোক্লম্মী।

"নঙ ......... নঙ কনানো ?"

"ঐ অশিবনি। ঈশ্বরনা ঐহাক্পু নঙোন্দা পাউ অমা হায়রুনবা থারকপনি। কসিয়া কৌবী অতনবী মুপীতু লুহোংঙ নত্রবদি নঙগী অফবা ওইরোই। অসি হায়রতুনা মহাক্না থাংগোকশঙ অতুদগী চেম্মোকখিরম্মী অমসুং মাংখিরম্মী।

ফোরেষ্টর অতু অহিংচুপ্নতুম রাখলনা তুম্বা যারমদে। ওস্তানা হৌগৎলম্মী অতুগা মফি শেৎচিন্দুনা কসিয়াগী য়ুমদা লাক্লম্মী। কসিয়াতু মশা মউ তনান তনাম্না মৈনাক্তা ফম্লম্মী অমসুং মঙোন্দা নোকফেং তৌরক্লম্মী। মুপীতুনা মহাকপু পামই হায়বতু খঙলম্মী অমসুং মুপীতু পংথি থিবা নত্তে হায়না খল্লম্মী অতুবু মহাক্না লুহোংবগী রাফম অতুদি হৌদোক্লমদে। মহাক ঙাইহাক ফম্লগা হল্লক্লম্মী।

কসিয়ানা মানা পামজারিবা থৌরাংতু অমুকসু তৌননবা লেপ্লম্মী। মহাক্না অশিবগী ফিজোলতু শেৎচিল্লতুনা অমুক হন্না ফোরেষ্টরতুগী য়ুমদা চৎলম্মী।

মহাক্না হায়রম্মী "ঐনা নঙোন্দা অমুক্না হন্না খঙহল্লিবসিনি নহাক্না কসিয়াবু লুহোংতুনা লৌগদবনি।"

মথংগী অয়ুক্তা ফোরেষ্টর অতুনা কসিয়াগী য়ুমদা লাক্লম্মী। মহাক্না ফজবা ফিরোল শেৎলবা মুপীতু তশেংনা ফজে হায়বতু খঙলম্মী। মঙোন্দা পুক্নিং চিংশিল্লম্মী অমসুং অশিবনা মঙোন্দা খঙহল্লকপতু য়ানিংলম্মী। মহাক্না কসিয়াগী মমাদা লুহোংনবা হায়রম্মী।

মমাতুনা যারম্মী অতুবু মহাক্না মচানুপীতুবু ফুবিদনবা হায়রম্মী, মহাক্না মসিগীদমক কিরম্মী। ফোরেষ্টর অতুনা ফুরোই হায়না রাশক্লম্মী অমসুং মথোয় অনী লুহোংলম্মী।

লুহোংলবা মতুংদা মুপাতুনা মাগী অশোয়বতু খঙলম্মী। মহাক্না

উমংদা চংলবা ফাওবদা কসিয়াদি অদুমক তুমহুনা লৈরম্মী। মহাক্না চান-থক্নবা থোং থাক্লম্মী অদুগা ওফিস চংলম্মী। মহাক্না হল্লকপা মতমদা ইমুংহু ইমোং মোংনা লৈরম্মী অদুগা শা-ষণশিংহুনা চরাম চাদংননা লৈরম্মী। মহাক্না মখোয়শিংহু শজিক পীজরম্মী অদুগা কোল্লিক ব্রাইরম শেংদোক্নুনা তনান, তনান, থম্নম্মী। অম্নুম্না মুমীং কয়ানিমুক তৌরম্মী।

মহাক্না ফনা শাওনিংলবস্নু মাগী মুপীবু ফুবা তৌরমদে মরমদি মহাক্না মনেম্নবোক্তা ব্রাশক্‌খিবা অদু কাওরমদে। অদুমওইনমক মহাক্না থৌরাং অমা তৌবা হৌরম্মী।

মহাক্না অমনবা বেগ অমা লৌথোরক্লম্মী অদুগা য়ান্দুনা থম্নম্মী। মহাক্না মাগী মুপীহু তাননবা বেগতুদা হায়রম্মী "ঐ থবক চংলে। ঐনা হল্লকপদা চাক ঈশিং থোংহুনা ইমুং তরু তনাম্না থবক পুম্নমক লোয়শিন্দুনা লৈরম্মু নত্রবদি ফুগনি।"

কসিয়ানা হায়রিবশিংহু তারম্মী অদুগা নোকফেং তৌরম্মী। মহাক্না মুমীংচুপ্লহুমা পোংথাহুনা লৈরম্মী অদুগা বেগতুদা য়েংহুনা থবক তৌরকপা ঙাইরম্মী। অদুবু বেগতুদি অদুমক য়ান্দুনা ারম্মী।

মহাক্না হায়রম্মী,— "লাকও অমনবা বেগ। থবকশিংহু তৌ-থোক্লয়ো নত্রবদি হৌরেল হল্লকপদা মহাকপু শোয়দনা ফুরনি। অদুমওইনমক অমনবা বেগতুদি মচি লেংলমদে।

মপুরোইবনা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা থবক অমত্তা তৌরমদবহুদা লাও থোঙলহুনা বেগতুদা ওনশিল্লগা হায়রম্মী, "ঐনা হায়রম্বা ব্রাশিংহু অমত্তা তৌরমদবগীদমক ঐনা নওবু পাড়া অমা তম্নীগনি।"

অদুদগী মাগী মুপীদা ওনশিল্লহুনা "ঐনা মাবু ফুননবা বেগসি নতুংদা থম্মূ।"

কসিয়ানা বেগতু থম্লবদা নোক্লম্মী অদুবু মপুরোইবনা বেগতুদা

চৈনা ফুরকপদা লাওরম্মী। অদুবু মপুরোইবনদি বেগতুদমক ফুরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা ফোরেষ্টর অদুনা বেগতুদা হায়রম্মী, "ঙসিসু নহাক্না থবকশিং অদু অমত্তা তৌরমদ্রবদি ঐনা নঙবু অমুক্কা হন্না ফুগনি।"

মহাক্না হেক চংখিবগা কসিয়ানা হৌগৎলম্মী অমসুং থবকশিংদু তৌবা হৌরম্মী। মহাক্না ইমুংগী থবকশিংদু ফজনা লোইশিল্লম্মী অমসুং মপুরোইবনা হল্লকপদা চাননবশিংদু থোংদুনা থম্লম্মী।

মপুরোইবনা হল্লকপদা তৌরম্লিবশিং অদু উবদা পেল্লরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ঙসিদি ঐহাক্না বেগ অসি পাড়া তম্বীবগী দরকার লৈতরে।" কসিয়ানা হায়রিবদু য়াজরম্মী।

বেগলোমদা ওনশিল্লদুনা মহাক্না হায়রম্মী, "থবক তৌরবদি ঐনা কৈদৌঙৈদসু ঐগী চৈসিনা ফুরোই।"

কসিয়ানা অয়ুক ঙন্না ঙন্না হৌগত্তুনা থবক তৌরম্মী। মহাক্না ইমুংগী থবক খুদিংমক তৌরম্মী। শাশিংদুসু শজিক পীজরম্মী। অমনবা বেগ অমসুং চৈগী রাফমদু কাওরম্মী।

নোংমা কসিয়াগী মমানা মচানুপীদুবু কমদৌনা লৈরিবগে হায়দুনা য়েংবা লাক্লম্মী। য়ুমদু য়াম্না মওং তানা লৈরম্বদুদা মহাক ঙক্লম্মী। মহাক্কী অতনবী মচানুপীদু য়াম্না অফবা য়ুমগী নুপী অমা ওইরম্লে। মহাক্না মচানুপীদা হংলম্মী, "করম্না অহোংবা অসি লাক্লি-বনো? নহাকপু য়াম্না ফুবিরবরা?"

"ফুদে ইমা। মহাক্না অমুকথক অমনবা বেগতা ফুখি অদুবু মতুংদদি অমুক ফুবগী মথৌ তাদ্রে।"

মহাক্কী মমাদু য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না মচানুপীনা নুমিদাংগী চাক থোংলিবদু য়েংলম্মী। কসিয়ানা মমাদা ওনশিন্দুনা হায়রম্মী, "ইমা উমংদা চৎলগা শিং থরা লৌবিরু। ইমুং অসিদদি কনামত্তনা মখুৎ হাংনা চরা অমা চাদে।"

# মমাগী নুংশিবা

ইষ্ট আফ্রিকাগী ফুঙ্গাৱারী

কুইববগী মমাংদা অহল ওইরবী লুখ্রাবী অমা লৈবম্মী। মহাক্কী মচানুপা অনী লৈবম্মী। মখোয় লুহোংবা হেন্দোক্লা যাবম্মী অহুবু লাইববী লুখ্রাবী অহুগী লুহোংননবগীদমক কৈন্যাগী পৈশা পীনিংঙাই অমত্তা লৈবমদে। মচাশিং অহুবু মপা অমা ওইনা য়েংশিনবিগদবা মাগী মখুডা মতোন ক্নামত্তা লৈবমদে।

মখোযগী চৎনবী অমা ওইনা কৈন্যাগী পৈশা অসি য়াম্না ৱাং-লম্মী। কৈন্যা অমদা পীগদবা পোৎ অসি যগ মঙা অমস্থুং হামেং তরুক ওইরম্মী। অহল্ ওইববা নুপীতুগীদি মতু তৌননবা কবিস্থু লৈরমদে। মীঙোংদগী পুরুববস্থ শিংনিংঙাই লৈতবনিনা উপায় লৈতে অতুনা মহাক নুংশিববা মচাশিংগীদমক কবি তৌগদগে হায়না খল্লম্মী।'

কব্রিস্থু তৌবা ঙমদনা নুমিৎ কযানিমুক খৌখিবম্মী। অহুবু নোংমদি ৱাথল অমা লাক্লম্মী, "ঐনা কবোকৈগী মউন অসি শৎলগা কবোকৈ শাতুনা হামেং শেন্নবশিংনা হামেংশিংতু হোযরতুনা লাক্কদবা লম্বেলদা ঐনা লৈববদি হামেংশিংতুনা ঐবু কবোকৈ ওইববোই নিংতুনা মাইকৈ শলাই খঙদনা কোইচেন চেনগনি মতৌ অসিদা হামেংশেন্নবশিংতুনা ঐবু কোইশিন্দুনা হাৎকনি অমস্থুং হাৎলবা মতুংদা কবোকৈ ওইরমদতুনা মী ওইবল্লবদ। থৌদোকসিগীদমক ঐগী ইচাশিংদা মখোয়না মমলা ওইনা যগ পীগনি। অতু ওইববদি ঐহাক শিঞ্জরবস্থ ঐগী ইচাশিংতু লাইৱবগী চৈনানা লুহোংদনা নৈবতু তৌররোই। মসিনা খ্বাইদগী ফবে।"

থৌরাং অসি তৌরদুনা নোংমা লুপ্রাবীদুনা কবোকৈগী মঙন অদু শেংচিল্লম্মী। মুমিদাংরাইরম ওইরক্লবদা হামেং শেন্নবশিংনা লাক্কদবা লম্বেলদুদা মহাক্না চৎলম্মী। হামেং শঙ্গু শঙ্গু লাকপদুদা লোত্তুনা লৈরম্বদগী মুপীদুনা মখোয়গী মরক্তা ফন লাওনা চোংশিল্লম্মী। হামেংশিংদুনা কবোকৈ মানবা শাদু উবদা কিরদুনা চেল্লম্মী।

হামেংশেন্নবা অনীদুদি হামেংশিংদু শেন্নদুনা অদুমক লাকপনি। মখোয়না শাদু করম্বা শানো হায়বদু কন্নিমক্তা খঙবা তৌদনা হামেংশিংদুনা চেনবদু উবদা হামেং শেন্নবা অমনা লৈজবী থাদুনা মাগী তাদু লংলম্মী। তা অদুনা মুপীদুগী মশাদা পাল্লম্মী। মহাক্না শিরমদাইদা লাউরম্মী, "ঐনা ঐগী ইচাশিংবু কন্নবগীদমক ঐহাক শিরে।"

লাউরম্লগা তুমিন্না লৈপ্রবদা হামেংশেন্নবা অনীদু কিরম্মী। মখোয়না কবোকৈগী মঙন অদু হায়দোক্লবদা মখোয়না খঙবা অহল ওইরবী লুপ্রাবীদু ওইরম্মী। কিরদুনা মুপামচা অনীদুনা লাউরম্মী। অতাবা কাংবুনা মুপামচাশিং অদুনা লমলক্কী শা থেংনরমাল্লে হায়না খল্লম্মী।

মীকুপমুক্কী মতুংদা নহাশিংনা মখুত্তা খুৎশু খুৎলায় পায়দুনা মফমদুদা লাক্লম্মী। মফমদু য়োরবদা মী খুদিংমক্না মুপামচা অনীদুদা কমদৌনা মুপীদু হাৎলিবনো হায়না হংলম্মী। মুপামচা অনীদুনা থোকখিবা রারীদু লিরম্মী অদুবু রারীশিং অদুনা মীয়ামদুবু থাজহনবা ঙম্মদে। অমরোমদা মুপামচা অনীদুবুদি থাজনিংঙাই ওইবা মীনি। অদুবু মুপীদুগী শিরমদাইগী রাঙাং অদুনা পূম্নমকপু চমমনহল্লম্মী। মুপীদুনা করি খনবা লৈদুনা রাগৈশিং অসি হায়রিবনো?

মুমিৎ থরনিগী মতুংদা মুপামচা অনীদুবু মীহাৎপগী কেস অসিগীদমক জুরিদা পুথোক্লম্মী। মসিনা মখোয়বু অচুম্বদু পুথোক্লবগী

খুদোংচাব্বা অমা ফংলগনি। অমমমতা ওইনা রাহং পাউহংলম্মী। মখোয়না খুমলিবা পাউখুম অস্থ হান্না মীযামদা পীখিবা পাউখুম অদুগা চপ মান্নরম্মী। জুরিদা য়াওবা অহল ওইরবা মুপাশিংদুনা মুপামচা অনীদুনা হাযবিবদু চেকশিন্না তারম্মী অমস্তুং কুপ্পা খল্লম্মী। মমৈথংদা মখোয়না অহল ওইববা মমাদুনা মচাশিংগীদমক তুংগী পূন্সিদা করি খল্লম্নগে হায়বদু খঙনবগীদমক মুপীদুগী মচাশিং অদু কৌননবা লেপ্লম্মী। ময়াম্না খল্ল-নৈনরিবা পূন্নমক্তু তারবা মতুংদা অশিংবা অহল ওইরবা অমনা জুরিগী রাবেপ অদু লাউথোক্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ঐখোয়না থৌদোক অসিগী দায়ত্ব কনানা লৌগ-নগে হায়বদু কুপ্পা খল্ল-নৈনরবা মতুংদা মুপামচা অনীসিনা মুপীসিব্ থওইনা হাংকে হায়না হাংপা নত্তে হায়বদু খঙলে। মখোয়না খরা লাপ্পা লৈবা অদুদা কবোকৈ ওইরবোই নিংদুনা মখোয় অনীগী মন্নুংদা অমনা তানা লংদুনা হাংপনি।

মসি তাবদা মবাল লৈবব মুপামচা অনীদু শুর খবা হোন্দোক-চরম্মী। মুপাদুনা মথাতানা মহাক্কী বায়দু হাযরম্মী, "মী হাংলু-রিবা অসিগী মরালগীদমক অরাব। তাববা মচাদুদা যণ অহুম মতেং ওইনা পীগদবনি। যণ অহুমদুগী মন্নুংদা অনীদি যণ হাতম ওইগ-দবনি অদুগা অমনা যণ লাবা ওইগদবনি। অদুগা বীচাব তৌরিবা অহল অসিদনা হামেং লাবা অমা পীগদবনি।

বীচার লোইরবা মতুংদা মীশিংদু চৎনখিরম্মী। ইকুই কুইদনা যণশিং অদু মচাশিংদুদা পীবম্মী। মচাশিংদু মখোয়গী কৈন্থাশিংদা পীগদবা যণশিং মতিক চানা লৈরম্মী।

মমাগী নুংশিবা অদুনা মশামক্কী পূন্সিবু মমল ওইনা পীদুনা মচাশিংত লহোংত্রনা লল-থমগী মপ ওইবা ঙমখি।

# মিত্রংগী মিংশেল্

টাকগী ফুঙ্গারারী

মতম্ অমদা মচা লৈতবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মহাক্না মাগী মমিং লৈহৌনবা মচানুপা অমা পাম্লম্মী। অদুনা মহাক অমুক্ হন্না লুহোংলম্মী। থা খরগী মনুংদা মাগী নুপীদু মীরোল্লম্মী।

অঙাং উন্নবগী মতম্ য়ৌরক্লদুনা অচৌবা থৌদোক্কুগীদমক্ কো-নুংদা শেম-শারম্মী। অদুম্ ওইনমক্ নিংথৌদু রাখল্ নুংঙায়রমদে। মহাক্না মহারাণীদা হায়রম্মী "অল্লাহদা নচানুপা পোক্লবা খুরুম্মু, কারণদ্বা নুপী পোক্লবদি ঐহাক্না খুদক্তা মীহাৎপশিংদুদা নকোক্তু (প্লেটতা) পুরক্লবা হায়গনি।"

হায়রিবা রাসি মরাইবক্ থিরবী মহারাণীদুদা যাম্না মযেক্ শেংলম্মী। মচানুপী পোকদৌরিবরা নুপা পোকদৌরিবরা হায়বগী চমন্নবদা মহাক অহীং তুম্বা যারমদে। মমৈথংদা অঙাং উনবগী পুংজাদু লাক্লম্মী। অঙাংদু নুপীনি হায়বা খঙ্বদা মরাইবক্ থিরবী মহারাণীদু পৃথিবীসিদা খ্বাইদগী নুংঙায়তবা মীশক্ হায়বদু ওইরম্মী। মহাক্ মখোন শিবমথৈ কপ্লম্মী।

মহারাণীগী থাজফম্ ওইরিবা নর্সতুনা মহাকী নুংঙায়ত্রিবদুগী মরম্ হঙলম্মী। ফমুংদা ফম্লগা মরাইবক্তা খুৎপাক্না থারদুনা মহা-রাণীদু তেংথারম্মী, "করি তৌবগী কপ্লোইদৌরিবনো মরুপ? ইচানুপী পোক্লবদি নিংথৌনা ঐহাকপু কোক কক্কনি হায়।"

নর্সতু হৈশিংবা অমসুং পাইরক্কী লৌশিং লৈবী ওইরম্মী। মমাদুবু ঙকহন্দুনা মহাক্না অঙাংদুবু নুপামচা অমগী ফিজোল শেৎ-চিল্লম্মী। মমিং খংলদুনা মমাদুদা "মতুং তাবদি ঐনা থোকপা

তৌরগে" হায়রম্মী। মহারাণীহু মচানুপা অমা পোক্লে হায়হুনা নিংথৌদা পাউ থারম্মী।

নিংথৌহু হরাওরম্মী। নর্সতুদা অমসুং য়াইফকোলগী মীশিংহুদা খুদোলপোৎ পীরম্মী অমসুং অতৈ অকোয়বদসু য়েল্লম্মী। অহীংদা কোনুংহু থাউমৈনা পুমঙাল ঙাল্লম্মী অমসুং পোৎ চৈশিংহুসু লৈতেং তৌহুনা মখোয়গী ময়ুমশিংহু থাউমৈ অমসুং মৈগী কুম্মৈনা ঙালহল্লম্মী।

মতম্ হৌখিরম্মী। থা কয়া লানখিহুনা চহীশিং লাক্লম্মী। অঙাং মুপীমচাহুনা চাউখৎলিবমখৈ মমাহু রারম্মী। নর্সতু নত্তনা কনামত্তনা মহাক্ করিগী থরায় রানা খুদোংথিবদা খল্লিবনো হায়বহু খঙ্লমদে। অশেংবা মুপীমচা অমবু নিংথৌ মচানুপাদৌনা ফিজোল শেংপহু খঙখিগদ্রা হায়বগী রাবহুনি।

"নিংথৌ মচানুপাহু" চহি ১৬ শুগদৌরম্মী। নিংথৌহুনা মহারাণীদা নোংমা হায়রম্মী "ঐহাক অহল ওইশিল্লক্লে। ঐহাক্না শিজ্রিবৈদা ইচানু শাসি লুহোংনবা হায়ন শিংনবা পামই।" মহারাণীহু করিমত্তা হায়রমদে। মহাক্ করি তৌগদগে খঙ্দহুনা ঙক্চান্নরম্মী।

মুপীমচাহুনা মমাদা হায়রম্মী, "ইমা, করিগী নঙনা অস্থক্ য়াম্না মুংনাংলিবনো? মরমহু ঐঙোন্দা হায়য়্।"

মহারাণীহুনা চহী চুপ্পসিমা করিনা মহাকপু রাহল্লিবনো। হায়বহু মচানুপীহুদা হায়বা মতম্ লাক্লে হায়না খল্লম্মী। অতুগীসু মথক্তা মুপীমচাহু মপুঙ্-মরৈ ফারক্পগী খুদম্ উৎলম্মী অমসুং ময়াম্না মহাক্কী অশেংবা মশক্ খঙলক্কদবহু ইকুই কুইররোই। মহারাণীনা হায়রিবা মুমিংসিনি খ্বাইদগী কিজরিবসি।

মহারাণীহু মপূক্নীং ফাজিল্লম্মী অমসুং মুপীমচাহুদা হায়রম্মী "ইবেম্মা, নঙনা হেক্ পোক্পদগী নিংথৌ মচানুপাদৌনা শেং-চারিবসি করিগীনো হায়বা নহাক্না খঙলিবহুঙোই। নঙগী নপাইবুংঙো নিংথৌসিনদি নহাকপু মহাক্কী মচানুপানি হায়না থাজরি। নহাক্

পোক্ত্রিভৈদা মহাক্না ঐবু নঙনা নুপী ওইরক্লবদি ঐবু হাংকনি হায়রম্মী। নঙনা খঙলিবা থাজনীংঙাই ওইরবা নর্সতুননি নঙবু নুপামচা মালহলদুনা সুম্মাইনা সুম তৌরিবসি। হৌজিক্তি ৱাসি লুশিল্লক্লে। নিংথৌনা হৌজিক্তি নঙবু লুহোংনবা হায়ন শিংন-নীংলে। অদুনা মানা নঙ অশেংবা নুপীমচানি হায়বা খঙলকলবদি মদুনা ঐগী অরোয়বা ওইরবনি।

নিংথৌ মচানুপীদুনা মমাবু কোল্লম্মী অমসুং মহাকপু থেমজিন্দুনা চুপ্লদুনা থৌনা ফনা খুল্লম্মী, "করিসু খল্লুনু নুংশিরবী ইমা। ইমানা হান্ননা ঐঙোন্দা অরোনবা ওইনা থম্নবা হায়দ্রবসু ঐনা নিংথৌ মচানুপাদৌনা শেৎ-চারিবা অমসুং চৎলিবসি মসিগী নুমিৎসি লাক্কনি হায়বদি ঐহাক ইশানা খঙজৈ। লুহোংনবা হায়ন-শিংনবদো শিঞ্জ-লাংজসনু। চাকলেন্দু শেম-শারবদা ঐহাক্না পাবুংদা লৈ-কোলগী পৃথ্রীদা ঈশিং থক্চনবা ঐহাক্কী শগোলসি পুনবা হায়জ-গনি। শগোলসিনা ঐহাকপু চীংশিংগী ৱাংমদা কনামত্তনা তান্নবা ফংদবা মফমদুদা পুগনি। অদুদগী অল্লাহনা থৌজানবীরবদি ঐহাক্ নোংমদি হল্লক্কনি।"

হায়রিবা থৌরমসিগী চাক্লেনদুগী মমাংদা নিংথৌ মচানুপীদুনা মনাদা মাগী কাদা মপি তানা কায়নবা বিদায় লৌরম্মী। থাজরবা নর্সতুদসু মহাক্না থাগংলম্মী। মপান্দা চাক্লেনদুগীদমক্ যন্ত্রখোঙব-শিংগী ঈশৈ মরক্তা ফম্বা অতিথীশিংনা কোন্নুংদু পীক থল্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপাদু থোরক্লবকান্দা নিংথৌদুনা হায়রম্মী "ঐগী নুংশিরবা ইচানুপা মসি ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী চাউথোকচনীংঙাই ওইবা নুমিৎনি। ঐহাক্না টর্কিগী খ্বাইদগী থাক্ ৱাংবা ইমুং-মনুংদগী নঙগীদমক্ খনবা নুপীমচাসিগা লোয়ননা নঙনা মতম্ চুপ্পদা নুংঙায়-গনি হায়বসি ঐহাক্কী লুনা নীংজবা আশা অমসুং লাইনীংনি।"

মহাক্কী হায়জনবা অশেংবা তাঞ্জানি হায়বা খঙলদুনা "নিংথৌ

মচানুপা।" তুনা হায়রম্মী "পাবুং, ঐহাকস্থু নুংঙায়জে। লৈকোলগী পুথ্রীদা নুংথিলগী শাংলবা চথরক্কদবা থোৗরমতুগী মমাংদা ঐহাক ইশাস্থু তেক্‌থৎনবা তোর্ব্বান্দা শগোল তোঙ্‌লুনবা ঐহাক্কী শগোলসি পুবা য়াগদ্রা ?"

"ইচানুপা নঙনা তৌনীংবা তৌজরুচো" নিংথৌনা হায়রম্মী।

শগোলশঙদা চংলতুনা নিংথৌ মচানুপীতু শগোলতু খুৰ্জী থাঙ-লম্মী অতুগা কপ্লম্মী। শগোলতুনা মঙোন্দা মীনুংশি পোক্লম্মী অমস্থুং মহাকপু থেমজিল্লতুনা হায়রম্মী, "শগোলশিংগী খঙ্‌জবা জ্ঞান্দুনা ঐহাক লোইনমক্‌ ভাব তাই। ঐহাক নহাক্কী খুদোংথিবতু খঙই। ৱাখল ফাজিল্লু। ঐহাক্না নঙবু নহাক্না চংনীংবা মফমদা নুংশিংতৌনা থুনা য়াঙ্‌না পুগনি।"

শগোলতুগী মশোংতু নুংশিনা নানবীরতুনা নিংথৌ মচানুপীতুনা মাবু হৌগৎহল্লগা পুথ্রীতুগী অকোয়বদা ঙহাক্‌ চংহল্লম্মী। অতুদগী নিংথৌ মচানুপীতুগী ইঙ্গিংতা থৌনাফরবা শগোলতু চেক্‌পল্‌ চোঙ-লম্মী অমস্থুং মখোয় শগোল থৌতুনা চংখিরম্মী। নিংথৌগী ঙাক-শেন্‌বশিংতুনা মখোয়বু তান্নরম্মী তৌইগুম্বস্থুং শগোলতু মখোয়দগীদি য়াম্না য়াঙলম্মী।

নিংথৌ মচানুপীতু অপাকপা লম্ফাং অমা য়ৌদ্রিফাওবা চীং অমস্থুং তম্পাক্‌ কয়া লান্দুনা অঙাওবদৌনা শগোল থৌরম্মী। শগোলতুনা অকোয়বতু হৈশিংনা খঙদোক্লম্মী অমস্থুং নিংথৌ মচানু-পীতুদা হায়রম্মী, "ঐহাক্না নঙবু ঐনা ঙমজবমখৈ থাপ্পা পুরক্লে। হৌজিক্তি ঐহাক হল্লগে। নঙ ইরাপ লাপ্তুনা মৈঙালসি উরেদনা। অসিদা চঙশিল্লো অতুগা নঙ-নশাগী ওইনা য়েংজরুরো।" অতুদগী অমুক্‌ খঙ্‌গল্লবা শগোলতুনা হায়রম্মী, "ঐহাক্কী শম্‌ তরেৎসি লৈ-রেসে। নঙগী শেঙ্গাওদা চেকশিন্না হাপ্তুনা থমজিল্লু। নঙনা ঐহাকপু দরকার ওইরকপা মতমদা মখোয়বু নাল্লু অমস্থুং ঐহাক শোয়দনা

লাক্কনি। নঙগী থরায় হকচাং শেংবনিনা অল্লাহনা নঙবু শোয়দনা য়েংশিনবীগনি"।

মহাক্কী তোঙ্নবা থাজনীংঙাই ওইরবা শগোলদুগা কায়নবদা নিংথৌ মচানুপীদু রারম্মী তৌইগুম্বসুং অতৈ উপাই লৈরমদে। মহাক্না মৈঙাল উরিবা চাউরবা য়ুমদুদা থুনমক্ চঙশিল্লম্মী। মহাক্না থোঙদা থিল্লম্মী। করি তৌজোগে হায়না হঙ্লদুনা নুপা অমনা খুয়ল্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপীদুনা অরাবা রারী অমা লিরদুনা হায়রম্মী "ঐহাকপু নুংশিবীয়ু পুক্ফবা ইবুংঙো। নঙগী য়ুমসিদা ঐহাক মীনাই ওইজগে।"

নুপাদু মহাক্কী রারীদুদা নুংশিরদুনা য়ারম্মী অমসুং মহাকপু চাকথোঙবা নুপামচা ওইনা থবক্ পীবম্মী। নিংথৌ মচানুপীনা থবক্তু য়াম্না ফজনা তৌরম্মী মতুদি মহাক ইকুই কুইদনা পুজারী মকোক্ হাপ্লম্মী।

পাকচাউরবা য়ুমদু তশেংবদি কোনুং অমনি। নিংথৌ মচানু-পীদুদি খঙদনা মহাক্না পাগ্রা ওইরবা নিংথৌ মচানুপা অমগী চরাশিং থোঙলম্মী। অনৌবা পুজারিদুনা থোঙবা চাক-য়েঙ্গাংদু মহাক্না পায়ম্মী। নোংমদি "ঐহাক্কী চাক থোঙলিবা মীদু ইনাক্তা থারক্ত" হায়দুনা পাউ থারম্মী।

নিংথৌ মচানুপীনা নুপামচা পুজারী ওইনা উনবা মহাক্না হেক্ ঙম্বমখৈ ফজনা লুনা মাগী ফিজোলদু শেম্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপাদু মশক্ মতৌ ফজরবা পুজারীদু উবদা নুংঙায়-রম্মী অমসুং হায়রম্মী, "নুপামচা, নঙগী চহী মতাংদুদা পুজারীসি নঙ্ তাঙ্না ফংবনি। নহাক কদায়দগী লাকপনো?

মহাক্কী অরাবা রারী লিদুনা নিংথৌ মচানুপীদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক হিথাঙ্ফমদগী পোং-চৈ মহাক্কী লৈবাক্তা থাদোক-থাজিন্

তৌবা ইনাকখুন্‌বা লল্লোনবা নুপা অমগী মচানুপানি। মরুভূমীদা ঐহাক্‌ খোঙলোয়শিংগী খোঙ্গুল মাঙ্‌লম্মী অমসুং উপাই লৈতহ্রুনা নহাক্কী কোন্নুংসিদা লম্বী ফংলম্মী।"

নিংথৌ মচানুপাহ্রুনা হায়রম্মী, "নহাক্না অসুম্না তৌবহ্রুনা ফরে। ঐহাক্না নঙবু অহানবা উবমক্তদা নঙগী নতৌহ্রদগী নহাক অচৌ-অশাংলক্তগী লাকপনি হায়বা ঐহাক খঙ্‌ই।" ঙহাক লেপ্লবা মতুংদা নহাহ্রবু থক্‌-খা য়েংলহ্রুনা নিংথৌ মচানুপাহ্রুনা হায়রম্মী, "নহাক পুজারী ওইনবা পোকপা নত্তে। নঙ হেন্না ফবা পুন্সিনা মতীক্‌ চায় অমসুং মহ্র নঙগী ওইদোরবনি। ঐহাক্কী ইচানুপী অহুম্‌ লৈ; নহাক্কী অপাম্বা খল্লু নঙনা খন্‌বা অপাম্বহ্র নঙ লুহোংবা য়াগনি। নীংশিংগদবা অমনা খ্বাইদগী অতোনবীহ্র খর মঙাও থিবনি।"

মশক্‌ লোৎলিবা নিংথৌ মচানুপীহ্রনা নুপীমচা অহুমহ্রবু উরম্মী। পুক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা খ্বাইগী অতোনবীহ্রগী ফাগী জুগাইদা শুন্দ্রৎলম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচানুপাহ্রদা মহাক অতোনবীহ্র পাম্মী হায়রম্মী "ফরে ইচানুপা, নঙনা ঐহাক্কী খ্বাইদগী মঙক্‌কনবী ইচা-নুপীবু খল্লে। ঐ য়েংখিগে। অহ্রগা ঐহাক নঙোন্দা অমুক্‌ রা হায়খিগে।"

মহাক্না মচানুপীশিংহ্রদা য়ারী শারম্মী অমসুং মখোয়দা নহাহ্রুনা মচানুপী অতোনবীহ্র খল্লে হায়রম্মী। মচানুপী অতোনবীহ্র উথো-ক্রবসু ঙক্‌চান্নরম্মী অহ্রবু হায়রম্মী, "পাবুং, ঐহাক অহীংসিমা মহ্র খনখিগে। ঐগী পাউখুম করি ওইগদগে হায়বহ্র হয়েং হায়রগে।"

নিংথৌ মচানুপাহ্রগী পাউখুমহ্রদা পেন্দ্রহ্রুনা শকলোৎলিবা নিংথৌ মচানুপীহ্রুনা অহীংদা অহুমগুবী মচানুপীহ্রগী কাদা চংলম্মী অমসুং শো মথুল্‌ অহোবদা য়েংলম্মী। নিংথৌ মচানুপীহ্র ফমুংদগী হৌগৎলম্মী অমসুং ঈশিংগী পাত্র অমা থোঙনাও ময়াদা থম্লম্মী।

মিনিট খরগী মতুংদা খুনু অমা কাহুদা পাইরক্লম্মী। নুপীমচাহুনা খুনুহুগী মকোক্তা ঈশিং খর থিক্লম্মী। খুনুহু মশক্ মতৌ ফজরবা নুপা অমা ওল্লম্মী। মঙোন্দা নুপীমচাহুনা হায়রম্মী, "ঐহাক্ তৌফম্ খঙ্ দরে। কদাইদগীনো খঙহৌদনা লাকপা থুনা লল্ ফংগন্ বা অমনা ঐহাকপু লুহোংনবা হায়ররে। ঐহাক্না হৌজিক্ ফাওবদি পাউখুম্ পীদ্রি। ঐহাক করি তৌগদবনো খঙদ্রি।"

নুপাহুনা হায়রম্মী, "নঙগী অকিবহু থাদোকউ। ঐখোয়না খুরৌ ওইরিবা নুপাহু ইরাই লাইনা লোইশিনবা য়াই। নঙগী পাবুংদা হায়রিবা নুপাহুবু পৃথিবীসিদা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা মিংশেল নঙগীদমক্ পুরক্কদবনি হায়য়ু। হায়রিবা তাঙ্লবা মিংশেলসি লৈকোল অমদা হিংচাবা অমনা ঙাক-শেন্দুনা লৈ। নুপাসিনা মিংশেলহুবু লৌনবা হোৎনবদা তমথিরবা হিংচাবহুনা মহাকপু হাৎ-খ্রগনি অমসুং নঙ পাম্দবা নুপাহুদগী লায়না নান্থোক্লগনি।"

মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌ মচানুপীহুনা মহাক্কী মপা নিংথৌ মচানু-পাহুদা মহাক পৃথিবীসিদা খ্বাইদগী ফজরবা মিংশেল পাম্মী হায়রম্মী। নহাহুনা মহুবু মাগীদমক্ ফংহল্লবদি মহাক্না মহাকপু লুহোংগনি হায়রম্মী।

নিংথৌ মচানুপাহু হরাওরম্মী। মহাক্কী হায়নীং-ঙাংনীংবতা ঙাংবী মচানুপীহু মহাক্কী শক্তমহুগা চুন্নরে। মহাক্না মশক্ লোৎলিবা নিংথৌ মচানুপী পুজারী মকোক্তু কৌরম্মী অমসুং মঙোন্দা মহাক্কী মচানুপীনা পৃথিবীসিদা খ্বাইদগী ফজবা মিংশেল্ পাম্মী হায়রম্মী অমসুং মহুনা মহাকপু মঙোন্দা লুহোংনবগী ফিভমসুনি। নঙসু খঙ-লেদনা ইচানুপা হায়নীং ঙাংনীংবতা ঙাংবী নুপীমচানি। মহাক্কী অপাম্বসি থুঙ্হনবা তাই।"

শকলোৎপা নিংথৌ মচানুপীহুনা পাউখুম্ পীরম্মী, "নুংনাংবা তৌবীগনু। নহাক্কী অমসুং অল্লাহগী থৌজালনা ঐহাক মিংশেলহু শোয়দনা পুরক্কনি।"

অতুদগী নিংথৌ মচানুপীতু খোঙচৎতুগীদমক্ চৎনবা অয়াবা লৌরম্মী। মহাক্না শগোলতুগী মশমশিংতু নাল্লম্মী অমসুং খুদক্তা শগোলতু লাক্লম্মী। মহাক্না শগোলদা মহাক্কী ৱাথোক্তু হায়রম্মী।

"তৌগদৌৱিবা থবক্সি পাঙথোকপা ইৱাই লাইবা নত্তে," শগোলদুনা হায়রম্মী, "তৌইগুম্বসুং ঐখোয় অল্লাহগী থৌজালগীদমক্ খুরুমসি।"

মহাক্না শগোলতু থৌরম্মী অমসুং মখোয়না হিংচাবদুনা লৈৱিবা লৈকোলতু য়ৌদ্রিফাওবা থুরুপ্ থারম্মী। লোইনা খঙ্লবা শগোলদুনা নিংথৌ মচানুপীতুদা মানা লৈকোলতু চঙদ্রিৱৈদা মরুওইবা ৱারম্ খর তাক্লম্মী। "নহাক্না থোঙ্গালদগী ইৱাপ লাপ্তুনা নোংশা অমগা য়াও অমগা থেঙ্নগনি। নহাক্না নোংশাতুগী মমাংদা শজিক্ মপুন্ অমা থেঙ্নগনি; মতু নঙনা লৌথোক্লগা য়াওতুগী মমাংদা থম্গদবনি। য়াওতুগী মমাংদা লৈবা শাতুনা নোংশাতুগী মমাংদা থম্গদবনি। খর চঙ্শিল্লগা নঙ্ হিংচাবতু থেঙ্নরগনি। নঙবু উবদা মহাক্না "ঐহাক য়েঙ্থাং মহী (সুপ) খর শেমগদৌৱিবনি।" হায়রক্কনি। তশেংবদি মহাক্ নঙবু মাগী চারা ওইনবা মাগী কাদা মহাক্কী ময়াতু থৌহন্বা চঙ্গনি। মহাক্না মাঙখিবা মিকুপ্তুদা নঙনা মিংশেলতু লৌরকউ অতুগা লৈকোলগী চেক্পলতু কারগা চেল্লকউ। ঐহাক্ নঙবু ঙায়রম্গনি।"

মপা লৈতনা খঙ্লবা শগোলতুনা হায়বতু লোইনা শেংনা থোক্লম্মী। কুইদনা হিংচাবতুনা মহাক মাগী য়েঙ্থাং মহী (সুপ্) শেম্বা চংলে হায়রম্মী অতুদগী নিংথৌ মচানুপীতুনা মিংশেল্তু হাপ-ফম্দগী লৌথোক্লম্মী অমসুং লৈকোলতুগী অকোয়বা ওইৱিবা ঈশিংখোঙতু চোঙ্লতুনা চেক্পল্তু কারগা থুনা চৎখিতুনা মাঙখিরম্মী।

মিংশেল মাঙখিবতু খঙ্লক্লতুনা হিংচাবতুনা নিংথৌ মচানুপীতুবু

তান্নরম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক্তি হান্ননা ঈশিংখোঙতু লাম্থোকখিরম্মী। হিংচাবতুনা য়াওতুদা "মরাল লৈরবতু ফাও" হায়তুনা য়াথং তৌরম্মী।

য়াওতুনা পাউখুম, পীরম্মী, "ঐহাক্না খোজাল লৈরবা মীওইবা অসিবু করিগী খুদোংথিহন্‌গদৌরিবনো? মহাক্না ঐঙোন্দা চানবা নাপী পীরম্মী। নঙনদি ইমাংদা চীঞ্জাক্‌ ওন্ননা থম্বী।"

হিংচাবতুনা নোংশাতুদা মরাল লৈবতু থাম্নবা হায়বদসু মানা হায়বা ইন্দনা চপ্‌ মান্নবা পাউখুম্‌ পীরম্মী।

শাওবনা লোইরবা হিংচাবতুনা মরাল লৈবতু লমন্‌ খুম্নবগী দথি ওইনা "নঙনা নুপামচা ওইরবদি ঐহাক্কী শাপসিনা নহাক নুপীমচা ওন্‌গনি অমসুং নঙনা নুপীমচা ওইরগনা নহাক্‌ মিকুপসিদা নুপামচা ওন্‌গনি" হায়না লাউরম্মী।

খুদক্তা শাপতু থুঙ্‌লম্মী, নিংথৌ মচানুপীতু নুপা ওল্লম্মী। হিংচাবতুদি খঙ্‌দনা নিংথৌ মচানুপীতুদি অওন্‌বতুদা পৃথিবীসিদা খ্বাইদগী নুংঙায়বা মীশক্‌ ওইরম্মী।

নিংথৌ মচানুপীতুবু (হৌজিক্না নিংথৌ মচানুপা ওল্লবা) ঙায়রিবা থাজরবা শগোলতুসু থোক্লিবা থৌদোক্তুদা নুংঙায়রম্মী অমসুং নিংথৌ মচানুপাতুবু কোন্নুংগী মপান্দা লৈবা লৈকোলতুদা পুরক্লম্মী।

খুনু ওনবা নুপাতুনা কোন্নুংদা হল্লক্লিবা নিংথৌ মচানুপাতুবু অরাপ্পদগী উরম্মী অমসুং মহাক্কী থৌরাংতু মাইথিরে হায়বা খঙ্‌-লম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচানুপীতুগী মনাক্তা পাইরক্লগা হায়রম্মী, "ঐখোয়না সিগুম্বা থৌনা ফরবা নিংথৌ মচানুপাসিগী অথোই-অহেন্‌বতু খঙলে। নহাক ঐহাক্কী ওইরম্মী তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি ঐহাক নহাক্‌পু মঙোন্দা পীথোক্লবনি।" লৈবাক ঙাক্লিবা নিংথৌ মচানুপাতুনা ওক্লিবা নিংথৌ মচানুপাতু কোন্নুংদা মাই পাক্‌পগী হরাও নুংঙায়না চঙলক্লিবৈগী মমাংদা খুনুতু নিংথৌ মচানুপীতুগী খোঙনাওদগী পাইখিরম্মী।

মপানা মচানুপী অতোনবীতুবু কৌরম্মী অমসুং মঙোন্দা পৃথিবীদা থ্বাইদগী ফজবা মিংশেলতু পীরম্মী। নুমিৎ কয়ানিরোম চখবা চাক্লেন্দুগী মতুংদা পাঙথোকপা লুহোংবতু মহাক্ য়ারম্মী।

নুপা ওল্লবা নিংথৌ মচানুপাতুনা মহাক্কী নুপীতু পুতুনা মশাগী লৈবাক্তুদা লাক্লম্মী। চহী য়াম্লক্লবা নিংথৌ মচানুপাতুগী মপানা মখোয়বু হরাও তয়াম্না ওক্লম্মী। চহী কয়া চুপ্পসিমা মহারাণীতু মমিং হেক্ তাঙগদবমখৈ কপ্লম্মী। মহাক মহাক্কী নিংথৌ মচানুপা ওল্লবা অমত্তা ঙাইরবা মচাতু উন্নবদা নুংঙায়রম্মী। অহল ওইরবা নিংথৌতুনা লৈবাক্তু মহাক্কী মচানুপাদা শিন্নরম্মী অমসুং মখোয় লোইনমক্ চহী কয়া চুপ্পা নুংঙায়না লৈরম্মী।

# লাইবক্ ফবা নিংথৌ মচানুপা

ভারতকী ফুঙ্গারারী

মতম অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী নুপী অনী লৈরম্মী। তৌইগুমস্সু মহাক্কী মচা অমত্তা লৈরমদে। সহর অসিদা লাইরবা ব্রাহ্মন অমগী মশক মতৌ ফজরবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মমিং কনকা কৌরম্মী। নিংথৌনা মহাকপু হরাও কুম্মে নুমিৎ অমদা লাইশঙদা উরম্মী। মহাক্কী ফজবত্থনা নিংথৌত্থ শুঙ্কাৎ-লম্মী অমসুং মহাকপু লুহোংহনা লৌরম্মী।

মতম খরা লৈরগা নিংথৌত্থ মাগী য়েরুবশিংগা লাম্থেংনবা চৎলম্মী। মহাক্কা চংখ্রিঙৈদা নুপী ইতোন তোনবী অত্থ লৈবাক্তুগী তুংগী নিংথৌমচা ওইরগদবা অঙাং নুপা অমা পোক্লম্মী। মত্থ পোক্পদা লোন্নবী মচে অনীত্থনা কনকাবু য়াম্না কল্লক্লম্মী। মখোয়না অঙাংত্থবু য়াম্না লাপ্পা মফম্ অমদা থাদোকউনবা নুপী অমবু পৈশা পীত্থনা নেক্লম্মী। নুপীত্থ য়াম্না ফবা অমসুং মীনুংশি চাউবা নুপী অমা ওইবা মরম্না অঙাংত্থ মন্দিরগী লৈকোল অমদা থম্নম্মী।

তাঙ্গা অসিদা মীহৌচাউবী লোন্নবী নুপীশিংত্থনা নিংথৌদা কনকা অসি অঙাং পোকপগী মহুত্তা চেক্রুম (ব্রিক) অমা ওইনা পোকএ হায়রম্মী। মত্থ তাবদা শাউরবা নিংথৌত্থনা কনকাবু কোন্নুং-দগী তাম্থোক্লুনা বন্দি ওইনা থম্নবা য়াথং তৌরম্মী। তাল্লক্ অসিদা মন্দিরগী লৈকোল্দা পুরোহিতনা লৈ হেক্পদা পোকপদা ঙাইরিবা নিংথৌ মচাসি থেঙনরম্মী। পুরোহিতুগী মচা অমত্তা লৈরমদে অত্থনা মহাক্কা অঙাংত্থ ময়ুমদা য়াম্না হরাওনা পুরম্মী। মখোয়না অঙাংত্থগী মমিং কনটিরভা কৌরম্মী। পুরোহিত অমসুং মাগী নুপীনা

অঙাংদু মখোয়না হেক পোক্চবা মচাগুম্না য়োক্লম্মী। ইকুই কুইদনা পুরোহিতুসু মাগী অশেংবা মচা অমা ফংজরম্মী। অঙাং অনীদু নোংম নোংমগী চাউখৎলক্লম্মী অমসুং ম'চিন মনাওগুম্না লোয়নরম্মী।

মখোয়না পাখঙ ফারক্লবদা পুরোহিত অদুনা কনটিরভাদা মঙাক পোকপগী অচুম্বা রারীদু লিরম্মী। নিংথৌ মচানুপা অদুনা মহারাণীশিংদুদা পাড়া অমা তম্বীবা পাম্লম্মী। মহাক্না অঙাং ওই-রিবৈদা পুরোহিত অদুনা উগী শগোল অমগা রাগী শামু অমগা শাননবা পীরম্মী। নোংমা মহাক্না কোম্লুংগী লৈশাবীশিংনা ঈশিং শোকপা লাক্পদা মহাক্কী শান্নপোং অনী অদু ঈশিং শোক্ফম গুহাদা থাদরম্মী অমসুং গুহাদগী ঈশিংদু থকউ হায়রম্মী। মদু তাবদা লৈশাবীশিংদু নোক্লম্মী। নিংথৌ মচানু-পাদুনা মখোয়না নোকপদুদা হায়রম্মী, "নিংথৌগী মহারাণী অমনা অঙাং পোকপগী মহুত্তা চেক্তুম ওইনা পোক্লবদি উগী শগোল অমসুং রাগী শামুসু গুহাদগী ঈশিং থকপা ঙমগনি।"

লৈশাবীশিং অদুনা রা অদু মহারাণীদা তম্লম্মী। মদু তাবদা মহারাণীশিং অদু চিংনবা পোক্লম্মী। মখোয়না লোম্না নুপামচা অনীদুবু হাংভাক্লবা গুণ্ডা খরা পৈশা পীদুনা নেক্লম্মী। গুণ্ডাশিং অদুনা নিংথৌ মচানুপা অমসুং পুরোহিতকী মচা অদুবু ফারম্মী। মখোয়না নুপামচা অনীদু সহরগী চিদায়দা থাদোক্লম্মী। অদুম ওই-নমক মখোয়না নুপীমচা অনীদু হাংথলগা পুরক্পদি তৌরমদে। মখোয়না সুপগী থাদোক্লম্লগা মহারাণীদদি মখোয় অনীমক হাৎ-তোক্লম্লে হায়রম্মী।

নিংথৌ মচানুপা অমসুং পুরোহিতকী মচানুপাদু থাদোক-পীরম্লবা মতুংদা মখোয়না মথংগী সহর অমা য়োদ্রিবফাওবা চৎলম্মী। সহর অদুগী নিংথৌ মচানুপীনা মহাক্না শিজিন্নরবা মনম হুংশবা পাউদর খরা দুকান্দারদা পীরম্মী অদুগা হায়রম্মী, "কনাগুম্বা অমনা

পাউদর অসি নুপীশিংনা শিজিন্নরবা পাউদরনি হায়না খঙবা ঙম্লবা মুপাহুগা লোয়ননা লুহোংগনি।"

নিংথৌ মচানুপা অমম্মুং মহাক্কী মনা ঙনুপাহুনা মনম মুংশিবা পাউদর খরা পাম্লম্মী। ডুকান্দার অহুনা নিংথৌ মচানুপীনা পীরম্বা পাউদরহু পীরম্মী। নিংথৌ মচানুপাহুনা খুদক্তা হায়রম্মী, "মসিদি নুপী খরনা শিজিন্নরবা পাউদরনি।" মসি নত্তবা অতোপ্পা শিজিন্নদবা পাউদর পাম্মী। ডুকান্দার অহুনা মখোয়দা মনুংদগী লৌথোকউনবা ঙাইহাক্তুং ঙাইনবা হায়রম্লগা মহাক্না মনিংথোঙ ফাওরগা কোনুং তান্না চেল্লম্মী।

মহাক্না নিংথৌদা রাফমহু তম্লম্মী। নিংথৌনা নুপা অনীহুবু কোনুংদা লাকুবা হায়রম্মী। অহুদগী নিংথৌনা মচানুপীহুবু নিংথৌ মচানুপাহুদা লুহোঙনবা অয়াবা পীরম্মী। নিংথৌ মচানুপা অহুনা নিংথৌদা হায়রম্মী, "ঐগী ইনাওনুপা অসিগী মতিক চাবা কৈন্যা ফংদ্রিবমখৈদি ঐহাক লুহোঙ্‌বা ঙমখিরোই।" মহু তাবদগী মন্ত্রিগী মচানুপী অহু পুরোহিতকী মচানুপাহুদা লুহোঙ্‌নবগী অয়াবা পীরম্মী। অনীমক্কী লুহোঙ্‌বহু য়াম্না চাউনা পাংথোক্লম্মী।

মখোয়না মখোয়গী নুপীশিংহু পুরহুনা লমকোয়বা হৌরম্মী। মখোয়না অতোপ্পা সহর অমদা থুঙলম্মী। মফম অহুদা সহরহুগী নিংথৌ মচানুপী অহুনা মাগী চাক্তা চাম্প্রা মরু অমা থেঙনরম্মী। মহাক্না মরুহু লৈকোলদা থারম্মী অমম্মুং মরুহুনা হৌরক্লুনা অচৌবা পাম্বী অমা ওইরম্মী। নিংথৌ মচানুপীহুনা চম্প্রাহুবু 'চাক্কী চম্প্রা' কৌরম্মী।

অতোপ্পা লৈবাক্তগী মীওই কয়ামরুম সহর অহুদা লাক্লম্মী অমম্মুং নিংথৌ মচাপীহুবু লুহোঙনবা হায়রম্মী। তৌইগুম্বম্মুং নিংথৌ মচানুপীহুনদি চম্প্রাহুগী অশেঙবা মমিং খঙদবা কনাগুম্বা অমত্তগা লুহোঙবা পাম্লমদে। কনটিরভাদি চম্প্রাহু উবদা খুদক্তা অশেঙবা মমিংহু খঙলম্মী। নিংথৌহু য়াম্না হরাওরম্মী। নিংথৌ

মচানুপী অতুগী মমিং মেনকা কৌই অমসুং নিংথৌ মচানুপাতুদা লুহোঙলম্মী। মন্ত্রিগী মচানুপী শ্রীদেবীসু পুরোহিতকী মচাদা পীতুনা লুহোঙ্লম্মী।

কনটিরভানা মাগী শুস্মংনিংঙাই ওইনা ফজরবা নুপী অনীতুগা লোয়ননা মপাগী সহরদা হল্লক্লম্মী অমসুং হৌখিবা রারী পুম্বতু হায়-রম্মী। মতু তাবদা নিংথৌতু য়াম্না নুংঙায়রম্মী। নিংথৌ মচা-নুপীতুগী মমা কনকা অতু কৈশুমশঙদগী থাদোক্লম্মী। মহাক্না মশক্ মতৌ ফজরবা মচানুপাতুগী মমাঙদা নুংঙায়বগী পী তারম্মী।

মচা ফংবদা চাউথোকচরবা অহল ওইরবা নিংথৌ অতুনা মাগী সিংহাসন্দা মচানুপাতু ফমহল্লম্মী অমসুং লৈবাক্কুগী লৈঙাক শাশন্দু শিন্নরম্মী। ফত্রবা মহারাণীশিংতু লৈবাক্কুদগী তান্থোক্কুনা লোই থাদোকখিরম্মী। ●

# শেন্দ্রাং অমসুং নিংথৌ

বাঙ্গলাদেশগী ফুঙ্গারারী

নিংথৌগী কোন্নুংগী নাকন্দা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীগী মশাশিং অহুনা অয়াম্বা মতমদা কোন্নুংগী ফক্লাংদা থেঙলম্মী। পাম্বী-হুগী মশা অমদা শেন্দ্রাং অমা মকোল শারম্মী। নিংথৌ অমসুং মহারাণীনা কোন্নুংগী ভেরান্দাদা হেক্ হেক্ পোংথাবা মফম্‌সিদা শেন্দ্রাং অসিসু হেক্ হেক্ তোংলম্মী। শেন্দ্রাং অসিনা মফম্‌সিদগী পাইথোক্লমদাইদা "বাই বাই, ইয়োর ম্যাজেষ্টি" হায়রম্মী।

নোংমা কোন্নুংগী লল্-থুম পানবা নুপাহুনা নিংথৌগী সনা-লুপা অমসুং শেল'য়েক (চান্দি) শিংডু ভেরান্দাদা পুথোক্লুনা থম্লম্মী। শেন্দ্রাং অহুনা মফম অহুদা পাইথরম্মী অহুগা মচিন্না অপিক্‌পা কোরিগী শেল'য়েক অমা চিক্লহুনা মকোন্দা পাইশিনখিরম্মী। লল্‌থুম পানবা নুপাহুনা য়েংশিন্‌বা লোইরবা মতুংদা নিংথৌ অমসুং মহা-রাণীনা হান্নগী মফম্‌হুদা পোৎথারিবৈদা শেন্দ্রাং অহুনা মনাক্ অহুরাইদা তোঙলগা খোঙলহুনা হায়রম্মী, "ঐনা ঐগী ইন্নমদা (মকোল) শেল'য়েক লৈ অহুগা নিংথৌগী পৈশা থম্ফমদসু (ট্রেজুরি) পৈশা লৈ। ঐ নিংথৌগুম্না ইনাক্ খুন্দ্রবরা?" নিংথৌ অমসুং মহারাণীনা হায়রিবহু তারম্মী, মীনাইশিংনসু তারম্মী। নিংথৌনা উচেক্ অসিগী ফাগী অসি করিনো হায়বা খঙলমদে।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌনা কোর্টতা ফম্লীবৈদা অপিক্‌পা শেন্দ্রাং-হুনা ফজনা লৈতেং তৌরবা য়ুম্বী অহুদা তোঙলহুনা খোঞ্জেল হৌনা হায়রম্মী "পুক্লিং চঙনা তাউ অঙম্বশিং, ঐগী ইন্নমদা পৈশা লৈ অহুগা নিংথৌগী পৈশা থম্ফমদসু পৈশা লৈ। ঐ নিংথৌগুম্না ইনাক্

খুন্দ্রবরা ?” কোন্নুংগী অঙম্বশিংহু উচেক্কুগী ৱাহৈহু তাবদা নোক্লম্মী তৌইগুম্বসুং নিংথৌহুদি মহু তাবদা নুংঙাইত্বা অমা পোক্লম্মী অমসুং শাউনা কোর্টহু থাদোক্লম্মী।

নিংথৌনা মন্নুংগী কাদা লাক্লম্মী। মীনাইশিংনা হুমায় হুম্লম্মী অমসুং থক্লনবা পীরম্মী। মহারাণী অহলনা মাগী কাদগী থোরক্লম্মী অমসুং নিংথৌগা উন্নরম্মী। নিংথৌহু অশাউবগী ফিভম্‌দা লৈরম্মী অমসুং ক্ষম্‌থরম্মী। হায়রিবা তাঞ্জা অসিদা শেন্দ্রাংহু নিংথৌনা লৈরিবা মনাক্কুগী থোঙ্‌দা তোঙলগা হায়রম্মী, “চানবীহুনা ঐগী ৱাসি তাবিয়ু। নিংথৌগী পৈশা থম্ফমদা পৈশা লৈবগুম্না ঐগীসু লৈ। অহুওইরবদি ঐ নিংথৌগুম্না ইনাক্‌ খুন্দ্রবরা ?” নিংথৌনা শাউরহুনা মহাক্না তোঙলিবা ফেনাৎ অহুনা শেন্দ্রাংহুদা থোম্লম্মী। ফেনাৎতুনা উচেক্কুদি পান্দনা ফজরবা গ্রাস অমদা পানবদগী কায়-রম্মী। উচেক্কুনা পাইথোরক্লগা খরা লাপ্না থোঙ্‌ অমদা তোঙ-লহুনা হায়রম্মী, “তাবিয়ু, চানবীহুনা তাবিয়ু, নিংথৌনা ফেনাৎ শৎত্তোক্লগা শেন্দ্রাংদা থাবদা শেন্দ্রাংদদি পান্দনা গ্রাস থুগায়রে।” মীনাইশিংনা মহু তাবদা হৌনা নোক্নীংলম্মী অহুবু খোঞ্জেল্‌শিংহু মখোয়না ফাজিন্‌জরম্মী। শেন্দ্রাংহু পাইথোক্‌খিরম্মী। নিংথৌহু শাউবা হেনগৎলম্মী। নিংথৌনা মীনাইদা শেন্দ্রাং মহুম্‌দগী পৈশাহু লৌথোকউনবা য়াথং তৌরম্মী। মীনাইনা মহুমদগী পৈশাহু থিরম্মী অমসুং পুরক্কুনা নিংথৌদা পীরম্মী। নিংথৌনা পৈশাহু মাগী ফুরিৎখাউদা হাপ্‌চিল্লম্মী।

য়াম্না থুনা শেন্দ্রাংহুনা নিংথৌ অমসুং মহারাণীগী মনাক্তা পাইথরম্মী অহুগা হায়রম্মী, “তৌবা ঙম্লবা থৌনাফবা নিংথৌনা ঐগী পৈশা হুরানখ্রে।” মহু তাবদা নিংথৌহু বুদ্ধি চমম্লরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌনা কোর্টতা ফম্নীউৈদা শেন্দ্রাংহু পাই-রক্লম্মী অহুগা অঙম অথৌশিংনা ফম্লীবা অহুদগী ইরাপ লাপ্পনা য়ুম্বীমখোঙ অমদা তোঙলহুনা হায়রম্মী, “নিংথৌগী অঙম্বশিং ঐগী

ৱাসি তাবিয়ু। অচৌবা নিংথৌসিনা ঐগী পৈশা হুৱানথ্রে। মসিবু নিংথৌ অমগী চপচাবা ফজৱবা মগুল্লা?" কোন্নুংগী অঙম্বশিংহু মহু তাবদা বুদ্ধি চমম্নৱম্মী। নিংথৌহু নুংঙায়তবা অমা ফাওৱম্মী। মহাক্না লাম্মীশিংহুদা শেন্দ্ৰাংহুবু ফানবা য়াথং তৌৱম্মী।

লাম্মীশিংহুনা শেন্দ্ৰাংহু কোয়েং য়েংলম্মী। নুমিদাংৱাইৱম্দা শেন্দ্ৰাংহুনা মহুমদা পাইশিল্লকপদা লাম্মীশিংহুনা শেন্দ্ৰাংহু ফাৱগা নিংথৌগী মনাক্তা পুশিল্লক্লম্মী। নিংথৌহু য়াম্না হৱাওৱম্মী। মহাক্না শেন্দ্ৰাংহু মাগী মহাৱাণী অহলহুদা পীৱম্মী অহুগা য়াইথোক্লগা মাগী চাক্লেন চাবদা চাগনি হায়ৱম্মী।

নিংথৌহুগী ৱাণী কয়ামৱুম লৈৱম্মী। ৱানীশিংহুনা শেন্দ্ৰাংহু মখোয় মশেল অমদগী অমদা পীনহুনা পাইৱম্মী অহুগা মীনুংশি উৎলহুনা হায়ৱম্মী, "অপীকপা নুংশিৱবা উচেক।" ৱাণীশিংহুগী মনুংদা খ্বাইদগী ইতোন ত্তোনবী ৱাণী অহুদি খৱা থৌশা ৱাশাগন্দে অহুনা শেন্দ্ৰাংহু লৌবদা মখুত্তগী নাম্থোক্লুনা পাইখিৱম্মী। ৱানীশিংহু পাখংলম্মী। মখোয়না পাইথ্রবা শেন্দ্ৰাংহু পীবা ঙম্নৱোইদৌবনিনা য়াম্না থুনা থৌৱাং তৌৱম্মী। মখোয়না অপীকপা হঙোই অমা য়াইৱম্মী অহুগা নিংথৌগী চানবা চাক্তা হাপ্লম্মী। নিংথৌহু য়াম্না হৱাওৱম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌনা সিংহাসন্দা ফম্লীঙৈদা শেন্দ্ৰাংহুনা নিংথৌগী মনাক্তা তোংলহুনা লাউনা হায়ৱম্মী, "ঐগী ৱাসি তাবিয়ু অঙম্বশিং, নিংথৌনা ঐহাকপু য়াইথোক্লগা চাবা পাম্মী অহুবু ঐহাক চাবগী মহুত্তা হঙোই ওইনা চাথ্রে। মসিবু অচৌ অশাংগী থবক নত্তবৱা?" মসিনা নিংথৌহুবু য়াম্না শাওহল্লম্মী। শাওমনখিবনা কোর্টতু থাদোক্লম্মী অমসুং মাগী মনুংগী কাদা লাক্লম্মী অহুগা শেন্দ্ৰাংগী মহুত্তা অৱাইবা হঙোই পীজবগীদমক ৱাণী তৱেৎতুগী মনাতোন্দু কক্লবা হায়ৱম্মী। য়াথং অহু খুদক্তা পুৱক্লম্মী।

নিংথৌনা অঙংবা লৈতবহুদা শেন্দ্ৰাংহু লৈবা ঙম্নমদে।

মথংগী নুমিত্তা শেন্দ্রাংহুনা কোর্টতা লাক্লম্মী অহুগা খৱা লাপ্তক্লা লৈরম্মী। নিংথৌনা চৎলিবৈদা শেন্দ্রাংহুনা থুনা কোইনা পাইরগা হায়রম্মী, "ঐগী ৱাসি তাবিয়ু অঙম্বশিং, নিংথৌনা ঐবু চাবগী মহুত্তা অয়াইবা হঙোই চাখ্রে অহুগা মহুগীদমক মহারাণী তরেৎকী মনাতোন ককৃখ্রে।" শেন্দ্রাংহুনা অহুম্না ফাগী ওইনা করেম্নরকপহুদা অঙম্বশিংহু ৱা ঙাংবা থোক্লমদে অহুগা নিংথৌহুদি ভম্থিনা শাউরম্মী। নিংথৌনা মাগী লান্মীশিংহুদা শেন্দ্রাংহু ফাহুনা মথংগী নুমিত্তা কোর্টতা পুথোক্লবা য়াথং তৌরম্মী।

লান্মীশিংহুনা শেন্দ্রাংহু ফানবা হোৎনরম্মী অমসুং নিংথৌগী মমাংদা পুরক্লম্মী। নিংথৌনা মীনাই অমদা ঈশিং গ্লাস অমা পুরক্লবা অহুগা অতোপ্পা অমদনা থাঙ পাইরগা শেম্ শাহুনা লৈনবা য়াথং তৌরম্মী। মহাক্লা হায়রম্মী, "শেন্দ্রাং অহু ঈশিং গ্লাস অমগা লোয়ননা হিংনা চাগনি অহুগা করিগুম্বা শোয়হুনা মচিন্দগী থোরকপা তারগদি লান্মীহুনা শেন্দ্রাংহু থাঙনা কক্কদবনি।

নিংথৌনা ঈশিং খৱা থক্লবা মতুংদা শেন্দ্রাংহু মাগী চিনবান্দা থম্লম্মী। শেন্দ্রাংহুনা থুনমক নাতোনলোমদা ফাওদোরক্লম্মী। হৈশিংলবা লান্মীহুনা নিংথৌগী নাতোন্দগী শেন্দ্রাং থোরক্পহু উরম্মী অমসুং শেন্দ্রাংহু তম্না য়ান্বদা নিংথৌগী নাতোন্ ককৃখিরম্মী।

শেন্দ্রাংহুনা কোর্টহু কোয়লৈ লৈনা পাইরহুনা হায়রম্মী, "নিংথৌনা ঐগী পৈশা হুরান্বগী হৌজিক্তি করি থোক্লে। মহাক্লা ঐবু য়াইরগা চাগনি হায়বহুগী মত্তা মাগী ৱাণীনা হঙোই য়াইরগা পীজবদগী ৱাণী তরেৎকী মনাতোন্সু ককৃথৎখ্রে। ঐবুসু হিংনা চাবা পাম্বগী ফলনা মশামক্কী লান্মীনা মাগী নাতোন্সু ককৃথৎখ্রে। মীহৌচাউবা, নাতোন্ য়াওবা নিংথৌ।" কয়ারক্ হন্না ৱাহৈসি হায়র হায়রহুনা শেন্দ্রাং অহু অতোপ্পা লৈবাক্ অমদা পাইখিরম্মী।



